# মহাভারতকী মণিরত্ন

শ্রীঅনিমা শর্মা।

# মহাভারতকী মণিরত্ন

⊛ শ্রীকৃষ্ণ

⊛ যুধিষ্ঠির

⊛ অর্জ্জুন

⊛ কর্ণ

⊛ গান্ধারী

( মীওইশিংগী লমচৎ খোঙগুল লিবা )

খোঙগুল লিরুবা
ব্রজবাসিময়ুম শ্রীমণিরত্ন শর্ম্মা শাস্ত্রী, রাষ্ট্রভাষারত্ন, শিক্ষণকলা প্রবীণ
প্রধানমন্ত্রী—মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ
প্রচারমন্ত্রী—মণিপুর হিন্দী পরিষদ

# নৈবেদ্য নিবেদন

পূজ্যনীয়বর ৺চন্দ্রকেশ্বর শর্ম্মা-পাবুংগী
বর পীনহৈরবা করকমলদা
ভাগীরথীগী ঈচেলগুম
লোয়বা নাইদ্রবা
পাবুংগী থৌজাল-উরুমদা
নৌনা লিৎথৎচরক্লবা
মহাভারতকী মণিরত্ন-উনাসি
কচ্চার।

—মণিস্মা শর্ম্মা

খুদোল তমজবা

শ্রী ____________________

____________________

# ৱারী-ৱাখোঙ

মহাভারত বুদ্ধি লৌশিং কয়াগী পুক্কৈনি। নীতিনা মপুং ওই হায়বতনি, মঙোন্দা য়াওদবা য়াওদে। অন্যাগা নীনা খন্‌বদা কাচিন ইয়ৌ য়ৌঙমদ্রিবা হিরম কয়া মহাভারততা য়াওরি। করি অমুক হায়গনি? পৃথিবীগী মীওই অতৈনা ফংঙন্‌দ্রবা 'বেদ' মক্তুগীসু মানা হেল্লি হায়রি। বেদ মারগা মহাভারতকা লাইয়াম্না তুলাদা থাঙ্গত্তুনা ওন্‌বদা মহাভারতনা লুম্বা হেল্লি, অসুম্না হায়নৈ। মসিগী মরমদি অসি ওইবা তায়; বেদনা ধর্ম্ম, লৌকিক জীবন অমসুং ঈশ্বরতত্ত্বরোনদা শম্না নৈনৈ, মখোয়সিংগী ব্যাখ্যা য়াওদে। মহাভারততনা হায়খ্রিবা ৱাফম'শংসিবু য়াম্না শুগাইনা মখল মখা অয়াম্বা খুদম পীদুনা, ৱারী লীচনা ব্যাখ্যাগা লোয়নননা তাকই। সত্য হায়বসি ঈশ্বরগী মশকনি হায়না তাক্লবা মহাভারতত মশামক্না অসত্যবু পাম্বৈ ওইনা শিশিন্নবসু য়াই; মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না অসঙ্গতিসিংকসু মীওইবগী অচৌবা পান্দ্ৰৈনি হায়রি। অমুক ওন্নথ্রবা ৱাফম অনিসিবু অমুক্কা মতিক ধ.ক্রুসংগত ( নাতৈ চানা ) তাকপা ওইসি মহাভারতকুম্বা গ্রন্থতনা ডবান।

ধর্ম্ম-প্রাণ ওইরবা দর্শন শাস্ত্রশিংবু ওমথৈ লোয়না খওলবা ভারতকী গ্রন্থ–রত্নশিংগী মরক্তা মহাভারততনা খোংদোক্লিবা অচৌবা হিরম অমনা অতৈ গ্রন্থশিংদি লেখকশিংদুনা মাগী মাগী অপাম্বা [ সাম্প্রদায়িক ] বিচারদুগা মপুং ফানবা হোৎনৈ। মানা পামজবা মাইকৈদুগী মচাক ওইবা পান্থৌশিং শীজিন্নদুনা জীবতত্ত্ব, সংসারগা ফিরেপ অমসুং জীবন, কমদোনা মুক্তি ফংবগে হায়বদুবা তাকই। হিরম অসোমদা মহাভারততা য়াম্না লাইনা মীওই অপুম্বগী খোঙ কয়ানক্রম তাদোকহনা খাম্ব। মাসগী য়াম্না পোরবা খুদমাদ ভীষ্ম-পর্বদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকাখবা গীতাসনি। আসিদনতনা অতৈ পব্বদা তাক্লবা পাউতাকশিংসু অঙক্কা মতিক লাইনা চম্না তাকই মহাদ তাগদোকবা মাদুগী য়োগাতা য়েংনা মতাংদুগা চানরবা ৱারী অমা লাদুনা খুদমগা লোয়নননা পোত্ত খঙহল্ল।

মহাভারত য়াম্না চাওরবা মহাকাব্যনি। মঙোন্দা য়াওরবা মীওইশিং শাংথাদুনা লোইবা নত্তে। হুন্নিদাংৱাই হরানামচাক মশাং খিরুবগুম্বনি। নিংশিংলিবমখে চোংথোরকই। ময়ামদুগী মরক্তা গ্রন্থ আসগী চাওরবা আদর্শ পূর্ণ ওইরবা উদ্দেশ্যশিংগী মতিকচারবা পাত্রাদ শ্রীকৃষ্ণ, যুধিষ্ঠির, অর্জ্জুন, কর্ণ, গান্ধারী, দ্রৌপদী মখোয়াসনি। মখোয়গী অকনবা মতেংপাংলিবনা—ব্যাস, বিদুর, ভীষ্ম ভীম, সঞ্জয়, কুন্তীনি। মায়োক য়ানবা কাংবুদগী মকোকথোংলিবনা দুর্য্যোধন, শকুনি, কীচক আসনাচংবনি।

মহাভারতপু কনাগুম্বনা ইতিহাস, কনামনা পুরাণ অদুগা অতোপপা খরনা মহাকাব্যগী মিৎয়েংনা য়েংনৈ। ময়াম্না তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংনা য়েংলিবদুগা বিচার তৌবহ এখোয়না মতাং আসিদা থোঙ্গনা নীংলুদ্রে। তৌবমাক্তি গ্রন্থ আসিদি এখোয়গী শ্রীকৃষ্ণগুম্বনি "লৈকোলশিংদা তত্তুনা উনারবা মানা অয়ুক্কী অথন্নবা লৈতেং অমা ওইনারবা লিক্লা মারক মারকশিংগী ফাজবা শাংথাদুনা

লোয়বা নত্তে। মখোয়গী মশক মচুদি তোঙান-তোঙানবা মিৎয়েং অমদি মাইওনগী মতুংইন্না লেপনৈ।" তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়গী যুধিষ্ঠিরনদি "মহাকাব্য মহাভারত" অম্সুন্না য়ারে, ভাবোক্তস্ন মাবু মরুওইবা পাত্র অমনি হায়না লৌরে। অওইবর্মাক্ত মহাভারত আস করম্বা লাইরিক শাগৈগী মনুং চনগদগে? মাহাক আস করম্বা মতমদা পোকখিবগে হায়বা অসোমদা য়াম্না কা-হেন্না নৈনরুবাদ হৈপাল-মথাদা ফম্নগ। হৈ-শীং থিবগুম্বনি, ঐখোয়দা কান্নরিবমক্তি অমৃত-সার লৌশিনবনি, শাগৈ অমা মপোক ময়ি য়েংবা নত্তে। মাগী কাংলুপ অমাদ কাল লেপ্পা রাই হায়বগীদমক হৌজিক মহাভারতনা মীওইবগী কান্নদে, হায়বা কনানা হায়ডমগনি?

গ্রন্থ মশামক্তা অম্সুন্না হায়রি "মহাভারতকা রারীসি মমাংদস্নু লীনখ্রে, হৌজিকস্নু লীনার, তুংদস্নু লীনরকাখগান আসদস্নু নত্তনা কনাগুম্বনা মাগী রারীস য়াম্না শঙ্গোক্তা রারানৈ, কনাননা য়াম্না উপাচনস্নু লী অওইবমক্সু গ্রন্থ আস অমুক্তং হখোক্খ্রগা মপুংফারে, আস মওইরে হায়না লেপ্পবা ফেরেপ অমদা চেনা শ্লোক্ মশীং কক্লা লৈরবা লাইরক নত্তে। ব্যাস দেবনা হয়ম্নবা তুংদা খুৎশেম কয়া চংখ্রে, হায়রি। মরম অসিমক্তা মাগী রারী মপুংতুমক্তি কায়দ্রবস্নু হৌরকপগী রারা (আদি পর্ববগী অহানবা শরুক) অমস্নুং মরক মরক্তা য়াওরিবা উপাখ্যান (রারী মশা) শিংদুদা খেন্নবা উৎপা গ্রন্থ কয়া লে। আসদগীস্নু হেন্দোক্তুনা এখোয়গাসদা খোইদোক্লা নেনবা তারবা রাফম অমনা মহাভারতকা রারীস মানপুরদা নতম কয়ামরুমগী মনাংদগী নেনরকই, তানরকই। নেনারবা রারা লীব ওজাশংস য়ান্নস্নু মপুংফানা খডঙ-ঙই; অতুন্নাদ ওইরগা রারা পরাং লীবদা শুংডাইবা অমস্নুং মশা লীবদা শুংডাইবা অত্তুন্না লন্ আসদা রাফম আন চৎনরি, মস চুনস্নু চুম্মি। মাসদা এখোয়না হায়নীংবাদ রারা লীবা হায়বাস মখল অনখোকই—(১) চৈশাং ওইনা শুমৎ কনানমরুম চথরকপা অমা, (২) নোংমা নিনতগা ওইনা লীবা অমা। চৈশাং ওইনা চথরকপদাদ নডোন্দা মখল-মখা অম্রাম্বা রসাশং মাংজররকপা নখোয়দুমক্তা মীশিংগা পূক্তং চাংশিন্বা শোয়দ্রবান, তোইগুম্বস্নুং নোংমা-নিনতা লীরবা রারীদাদ হায়ারবা মখল-মখা অম্রাম্বা রসাশংদু য়াওফম লেত্তে লম্ চাল্লি। মরম আসনা রারা লীরবা মীনা খোইদোক্তা নোংমা নিনতগী লীরবা মীনা নোংম নোংমগী শুংডাইনবা হায়দুনা সমধোন কয়া কয়া হাপচাল্লি। রারা পরাংদু হেক কাওবমখৈ মশা লোংখোক্তনা নোংমদুগী মপুং ফানবা হোৎনৈ।

মথক্তা উৎলিবা মরমাশংসনা মহাভারতকী রারাদস্নু খেন্নবা কয়া লেরে অতুগীস্নু মথক্তা মাগী মীওই (পাত্র) শিংসিদস্নু অমগা অমগা খেন্নবা কয়া উার। অমগা অমগা মান্নবা লৈত্রবা পাত্রশিংদগী আসগুম্বা মীওই থরা খনগৎলদুনা মচুদ মীওইশিংদুগী পুন্সি লমশাং চৎপদু য়াওরগা খোডবু ওইরিবা মীদুগী রাখলদা স্বভাবতা কারগুম্বা অনোবা য়াওল অমা লাক্তনিডাই ওইদ্রবা অমাইকস্নুং মখল-মখেলগী থোথোকশিংনা থন্না য়াওরবা পাত্র মীওইশিংসনা মম্শিলক্রবা পুন্সি লহেলগী লৌশং-মৈরা ওইনবা মতিকচারবা পাত্র ডাক্তনা মহাভারতকী মণিরত্ন পবেং লেংখ।

অরিবা কাব্যবু অনৌবা মিৎকমনা য়েংহুনা নৈনরিবা কাংবুন থেংনরিবা অরাবা—চরিত্র শেমগৎপদা ফংলিবা "শিথিলতা-দোষ" লেখকস্থু থেংনখিদবা নত্তে। মহাভারতকী মনিরত্ন লৈরেং-বদা হোৎনজাখিবমক্তবু লৌরুরিবা মণি-রত্নশিংসিগী পুন্সিশিংদু পাস্থৈনরগা অনৌবা হায়নীংবা রা কয়া মপুং ফাহনবা, ইচম চম্বা পুন্সি রারীমকস্থু নত্তুনা, চানবা লমচৎ উৎপগী মহাও রাওত্রবা রচনা মকস্থু তাদনবা অসিনি। মহাভারত পাররবা অমস্থুং মাগী রারী নিংথিনা তারবা অনিমক্কী রাখলগী ঈপাক্তা চোঙ্গনা তারবা আদর্শশিংহু কদাইদা করি লৈবগে, করম্বা পোৎনা করম্বা মতমদা শীজিন্ন-গদগে? অমস্থুং মথোয়গী অপুনবা অত্তুনা করম্বা ফিদম্নফমনি হায়না লৌগদগে? অসিনচিংবা হিরম-শিংসি নৈনবদা মপুং ফাননবা—মহাভারতকী মণি-রত্নগী মীওইশিংগী মাংকৈ অমুন্না লেপখি—

(১) রাজনীতিদা হৈ-শীংলবা শ্রীকৃষ্ণ,

(২) ধর্ম্মচেনবশিংগী মকোকথোংলবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির।

(৩) মীওইবগী পুক্নিং-হৃকচাং অনিমক্কী পাঙ্গল মপুং ফারবা অমস্থুং মহুগী খুদমস্থু মশামকনা ওইরবা অর্জ্জুন।

(৪) মহোশা লাইরেম্বীনা তুংওইনরিবা অমদি ভাগ্য অমস্থুং পুরুষার্থ অনিগী লালথেংনফম ওইরবা কর্ণ।

(৫) মরা-মচাবু নীংজ-চাঙ্গরবী সতী গান্ধারী।

লেপখিরবা মাইকৈসিগী মহয় রানবা য়ানদবদি পাবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা খঙবিগনি, লেখক্তা কুরিম্ন হায়জবা ওমদে।

২৯ শ্রাবণ ১৮৮২
শ্রীশ্রীকৃষ্ণ জন্মাষ্টমী
১৪ আগষ্ট ১৯৬০
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

-মণিন্না শর্ম্মা



# শ্রীকৃষ্ণ

লৈকোলশিংদা ওত্তনা ঈনরিবা মানা অমুক্তী অথম্বা লৈত্তেং অমা ওইনরিবা লিক্লা মরিক মরিকশিংগী মচুংবা শীংথাহ্নুনা লোয়বা নত্তে। মখোয়গী মশক মচুদি তোঙান তোঙানবা মিংয়েং অমস্তুং মাইওংগী মতুং ইন্না লেপ্পে। পুরাণশিংদা শীংথানরিবা "ইন্দ্রণীলমনি"গী মরিদস্তু অসিমঙাই। মখোয় অসিগী মওং মতৌ অসি মওইরে হায়না পাক লেপ্পা য়াদে।

উচ্চখোল, মণশেনবা, রাসনচিংবা লীলা কয়া শান্নরিবা, খোঙদা নোপুর, খাংদা স্নাফিগে, খুত্তা বাঁশী কোকথক্তা রাহোংগী চূড়ানা লৈত্তেংবা, মথেক অহুম থেকপা মোমোন নোকপা মিনোক্লা উরুবমখৈ শুক্লাত্তনিঙাই ওইদবা লৈগী শায্যা শেমহুনা রাধানা অহিং খুদিং ঙাইরিবা শ্রীকৃষ্ণ মৈতৈ লৈবাক্কী কৃষ্ণনি। নহা অহল থাক্তনা, মুপী-অঙাং নাইদনা নীংন শোন্নরির্বসি নহা ওইরিবা নহা-পুকচেল চেল্লবা ইবুংঙো মাবুত্তনি। কবি অমুক হায়গনি—চুম্নগী চিত্রবোত্তা কাওবা মূর্ত্তিমাসি নত্তবা অমা নিরূপন তৌনীংদে।

ঐখোয়না ইতিহাসত্তা থেনবহ লৌখৎসি হায়রগা ভক্তরাজ শ্রীভাগ্যচন্দ্র অমস্তুং শ্রীমতী বিম্বাবতীমঞ্জরী ( সিজলাইরোইবী ) অনিবু খোজালবিখিবা মখোয়না মস্তুং-মপালগী মন্দির অনিমক্তা ওত্তনা পূজা তৌজবদা পেনবিরহুনা ভংচু- লৈত্তাবিখিবা শ্রীকৃষ্ণ মণিপুরগীনি।

কৃষ্ণ হায়বা মিং অসিমক্তি ঋগ্বেদ অমস্তুং ছান্দোগ্যোপনিষদতগী হৌনা তানরক্লবনি। মপুং ফানা নৈনবনা পুরাণ অমস্তুং কাব্যশিংসিদনি। ময়াম অসিগী মচৌ ওইবা রাকম অহু ঐখোয়না অস্তুম্না লৌবা য়াই— সংসার অসিবু শেম্লিবা কনাগুম্বা পরমেশ্বর অমা লৈ হায়বা খঙলিবা নত্রগা থাজনরিবা ভারতবর্ষগী মীওইশিংনা—অহুগুম্বা পরমেশ্বরহুনা সংসার লীলাসি কমদৌনা শান্নরবগে, শান্নরিবগে অমস্তুং শান্নখিগদৌরি হায়বগী খুদমশিংচু ভারতবর্ষগী অরিবা লাইরিকশিংনা শম্না শম্না সূক্ত ওইনা তারুম্বা'পূম্বা শ্রীকৃষ্ণদা য়ারিবমখৈ পানশিন্দূনা তাক্লিবনি। ময়ামসিগী মত্তিক পুমচা চারবা খুদমস্তু কৃষ্ণত্তনি।

কৃষ্ণগী অর্থ কয়াংরুম হন্দোকহুনমকপু মাগী হৌরককমদি অমত্তনি। কৃষ্ ধাতুনি, মাগী অর্থ নাচৌংবা, কৈবাক্তঃ ইরগা খোয়বা নত্রগা খোংপা হায়বনি। কর্ত্তৃবাচ্যদা অন নত্রগা ণকপ্রত্যয় তৌবনি। মসিগী অপুনবা অর্থনা— মান। চৌংশিনবা নত্রগা চৌংবা হায়বনি। মহাক্না মীওইবগী পাপ'পূম্বা চৌংখোকপি হায়বনি অত্থগা অমনা কৃষি হায়বদি সংসার ণ-না মুক্তি, অপুনবনা—মানা পাথৈ ওইহনা সংসারদগী মুক্তি ফংনৈ হায়হুনা মাবু 'কৃষ্ণ" অস্তুম্না কৌনৈ। অওইবমক্তি কৃষ্ণনা তৌরম্বা থৌম্নাম—ওইখোক্তবস্তু ওইখোকখিবা কয়া য়াওখিবা ময়ামসিমক্না মাগী অর্থ য়াম্লবা মিং অসিবু অহুম মপুং ফাহল্লি। থবক্তনা মিংবু চৌংথৎপনি।

কৃষ্ণ পরমেশ্বরনি হায়বসি নৈনবা লাইরিক কয়া লৈ। মহাভারতত্তা ভীষ্মপর্ব্বগী গীতা, শান্তি পর্ব্বদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠীরদা পীবা পাউতাক্তা অমস্তুং মরক মরক্তা ব্যাসদেবনা পীরকপা পাউতাকশিং অসিনা চিংবনা কৃষ্ণ চানবা পূর্ণব্রহ্ম পরমেশ্বরনি তাক্লি।

মহাভারত হোৌবদা থুরুম্লিবা "নারায়ণ"হ কৃষ্ণসিমক্তি, পরমেশ্বরগী মশক ওইরিবা মহাক্না থবক থরা লৈহনা মর্ত্ত্যলোকসিদা অবতার তৌবনি হায়রি। মুশিং থা নচিংবগী মঙাম্না মাবু শুকঙান ঙানহনবা ঙমদবা অহুগা মাগী মঙাননা সংসার'পুম্বসি ঙাল্লিবা ঈশ্বরহ কৃষ্ণসিনি হায়রি। করিগুম্বা ঙমজহনা মাগী মমাক অমুক্তং য়ৌথ্রবদি—মীহ অমুক হন্না মীওই মপোক্তা নত্রগা করিগুম্বা মপোব অমদস্থ পোক্রে। সংসারগী অন্না-মুংঙাইবনচিংবা হিরম 'পুম্বসি মানা শেম্বিখিবনি তৌইগুম্বস্থং মখোয়সিনা মাবু শোকলুবদি ঙমদে। বিশ্বসিমক বিশ্বাত্মা—কৃষ্ণ মাগী মশক ঙাক্তনি, মরম অহুনা অচৎ-চত্তা জীব'পুম্বগী মরক্তা থরা থরা মশক নাইবা মথৈ মাগী মশক ওইনা নীংনরি। সংসারসি মাগী করিস্থ লৈতবা শক্তি অমনা ইরাঈ লাঈনা পুরি। অসিদগীস্থ হেন্দোক্তুনা অথোইবা থাক্কী মুক্তি ফংনীংলবদি ঐঙোন্দা চংজরকউ; ঐনা মহুগী লম্বী নিংথিনা তাক্কনি হায়রি। অওই-বমক্তি কৃষ্ণসি অসিনি— অহুনি তাকপসি অস্থুক্কী মতিক লুখ্রে অহুদি তাক্লিবমথৈ ইথত মথঙনদ্রে। মাগী মঙং-মতৌ তাক্লিবা লাইরিকশিংসি অমম্বগী মৈরা, অনানবা লম্বীগী চৈশুগুম্বনি; মখোয়হ পাম্বৈনরগ: থিগদবা— থিবিনবা অমা রাংলি: থিরক্লিবা মানস্থ লোয়ঁদ্রি, মাগাকমকস্থ—ঈশিং কোঙ্গোলনা লাইজ ঈপাক্কা তিনখিবগুম্না মশাগী ফিরেপ্তু পুমথা থাদোক্তুনা তিনশিনখিগদবনি। াতনশিনফমহুবুনি ময়াম চংহনা তাক্লিবসি।

কৃষ্ণ পোকপা অমস্থং মানা নহা ওইরিঙৈগী মরিদা —মাগী অহুক হাক্লা কাম্ননিঙাই ওইদবনা মহাভারতনা নিংথিনা নৈনদে। যুধিষ্ঠিরগী রাজসুয় যজ্ঞদা—কৃষ্ণবু মরু ওইনা পুজা হান্না তৌরুবহ উরগা মাবু চৈনরকই—মাগী নহা ওইরিঙৈগী ৱারীশিং শীংথারহনা। মহাক পোকপগী ৱারীসি মহাভারত-তা মরীক চুন্না য়াওম্রবস্থ—মাগী য়াংলেন শরুগুম্লিবা মরুওইবা থৌ পুরিবসিগী হৌরক কারকপগী মরী-মথোং থরদি থিকম থোকই।

কৃষ্ণ যহু শাগৈগী শাখা বৃষ্ণিবংশগী বস্থদেব দেবকীগী নিপালশুবা মচানি। দেবকী মথুরা নিংথৌ কংসগী মচনমুপীনি। মহাক মচনমুপীসিগী নিপালস্থবা মচাহুপাগী মথুক্তা মথরাই থাগনি হায়বা "দৈববাণী" অমা বস্থদেবগা লুহোংহুনা থিল্লকপদা লম্বীদা তাখি। কংসগী পাশবিক শক্তি মাসদগী হৌনা কনথৎলকখি। "কন্যাদান" তৌথোকথ্রবহুবু মুন্ননবা লালহৌখি। মহয় য়ানখিদে। মচনমুপী মীগী ওইখি। মী ফত্তবগী হিদাক লৈতে অহুগা মী ওইবনা মুংশিজবা থরাইদগী হেনবা অমা লৈত্তে। বস্থদেব-দেবকীগী মচা তরুক কংসনা হাংখ্রে। তরেৎশুবা মচাদি বস্থদেগী চান্ন-থোইরবী—রোহিণীগী গর্ভদা মন্ত্র-শক্তিনা থৈজিন্দুনা অনন্তগী শায়োন—হলধরবলরাম ওইনা পোকখি।

অকনবা নোংমুংশিংকী পাউ লৈচিন্না পীবগুম, নোং-থাক-লাউবগী পাউ নোংথাংনা পীবগুম "দেবকীগী নিপাল মুবা মচা" হায়বা দৈববাণীনা—যুগ অহুগী অরুবা থবক কয়ামমক্লম মানা লেপ্পমক পাংথোক্লগনি হায়বগী পাউ মাংজোননা পীথ্রবনি। দৈববাণীগী চৈনাদগী জেলদা কুইনা ফাজিনবিরবা [ দেবকী ] বস্থদেবনা কংসগী মীনাই ময়ামদগী মাম্থোকখিহনা মরুপ নন্দ নিংথৌগী মনাক্তা থৈখি। যশোদামা পোকচবী "যোগমায়াব" থনা অমুক পররক্তনা—ঙশাইমথৈ শুম্নাংলিবা

কংস-মনাইশিংনা। অদুম তাক্লিরৈদা—দেবকীদা শীরৱয়ে। অদুগী মচাহুবু কংসনা মুং-পাক্তা হাঙীহৎকে থোরাংখি। মথুত্তদা নাস্তোকখিহুনা নোং-থক্তা হাইগংথ্রগা—"গোকুলদা চাওহৌরিবহুনি, নঙবু হাৎলগ-ৰনি" হায়না লাওয়ৱগা উহনখিরে। কৃষ্ণনা মানা তৌনীংলিবা থবক খুদিংমক ইফোং ফোংনা তৌই অমমুং মসিমক অচুম্বা লম্বীনি হায়বা তাঙ্গাসিদগী হৌনা উৎপা হৌখি।

থোইজি খাদা মিছল হুন্দ্রিরৈদগী হৌনা মাগী মায়য়োক্তা থবক কয়া পায়থৎলক্লবনি। মহয় অমত্তা মাপ্রি, য়াল্লোদৌরি। থাংঙমক্লিবদি— ইফোং ফোংনা অপমান তৌবিরম্বসিনি। মসিদি চানবা হিংনা শিরবনি। মাগী মরৌশিং মথোনাবা শোম্বরকপা অহুগা য়েক্লবহুনা নৌনা কনথৎলকইবা মতৌহু থল্লুবদা কংস ওাইহাক্তা তুমিন্না লৈথোকপা য়াখিদে। কৃষ্ণবু হাত্তোক্লবা খুজিল কয়া তৌখি।

থবকী অক-অক্তদি মাগী হৌরবকম অমমুং মহয় অনিহুনা থঙনৈ। মহম্মতনা থঙনরিব-সিদি করিগুম্বদা শোয়নবমু য়াওই, লোয়রবপদা মতা চারুহুনা ফরবমু ময়াওৱকই। কৃষ্ণগী মপোক অসিদি মাগী হৌরকফম অমমুং লোয়রকপা পোগোয় অনিনক পুমক ফরি। মরম অসিমক্না মহাক অরেম্বদা লাকপা নত্তে, মপুং ফারবা ফিদম থরা থনমগে লাকপনি; হায়বা তায়।

বসুদেব দেবকীনা নত্রগা নন্দ যশোদানা করিমত্তা লংজরুদনা মথোয়গী নৌজরিবা মচাহুনা ইনৌ নৌনা অৱা খুভম কয়া থেংনবা তাখি। কংসগী কল্লক-য়েংথিবতনা থোগৎলক্লবা পুতনা বকাসুর, ধেনুকাসুরনচিংবা হিংচাবা কয়া অয়ুকী মুমিৎ মঙান্দা তুমিৎ য়ুরালনা মতোমতা চাকচখিবগুম—কৃষ্ণগী অচুম্বা মঙালগী মমাংদা মতোম মতোমতা চাকুনা মাঙজখি। অসিদমু নত্তনা মশাঙ্গল ফনা ওথাক্লা মপুং ফাহুনমু কংলনা অরানবা কম্লানা শৌশানা থম্লগা শীল্লিবা "ধনুষ যজ্ঞদমু য়াত্তনা পৈহুনা লৈরিবা য়াবনবু বন চৎলকপা রামনা লাইনা জয় তৌখিবগুম্না কৃষ্ণনা লাইনা জয় তৌখি।

কংসগী অথন্নবা মলশিং লোয়রে, মাগী ধনুষ যজ্ঞগা লোয়ননা। ফত্তবা মীগী হিদাক্তি পুন্সি মৈরা মুৎপনি। কৃষ্ণনা কংসবু সিংহাসনদগী কৌথহুনা যমালয়দা থাগ্রগা কুইনা বন্দী শংদা পুন্সি চুম্না তাইরম্বা মপা উগ্রশেনবু সিংহাসনদা অমুক কাহল্লে। চুম্নী মামগী বাত্তোন ফংহুনা লাকপনি মতাংনা য়াখিদহুনা মমদা লৈরবা শাগী লমচত্তু মুথৎপা হোৎনবদা খায়দোকপা নংহৌদহুনা লোয়নথ্রবনি।

মমাকমুপা কংস হাৎখিবা হাক্তক্তগী মগধ নিংথৌ জরাসন্ধনা কৃষ্ণবু অমমুং মাগী মরিদগী যদু বংশবু অথাবা মিৎয়েংনা য়েংখি। যদু বংশনা গোকুলদগী দ্বারকাদা পুমহোং হোংখিবগী মরম অদিমু অমনি।

থোদোক কয়ামক্লমসিনা কৃষ্ণ অচুম্বগী ফিরেপ্তনা মশাগী পুন্সিগী অমুক্তগী হৌনা য়াকাঙ-রকপনি, হায়বা তায়। মতাং অসি ফাওবসি কৃষ্ণগী অহানবা নত্রগা নহা ওইবগী লীলা কয়া শাম্নখিবা পুন্সিনি। মসিগী মতুংগী পুন্সিদি চামবা পুন্সি লানফমগী হৈ শীংলবা লাম্নীনি, মহা-ভারতকী য়াজনীতিদা অম্মানবা লম্বীনা মপুং ওই মতুদা য়ারিবমথৈ ধর্ম্ম কায়দনা চৎপা ওম্নিবা

অহুদনা জয় ওই; অওইবমক্তি— ধর্ম্মনা সুক্ষম ওইবা রাজনীতিবু চানবা রাজনীতি কৌই; হায়বসি তাক্লবা ময়েক লাংবা পুন্সিনি। কৃষ্ণ মহাভারতকী অনিস্থবা পরিচালকনি। ব্যাসদেবগী ওমথংনি।

ব্যাসদেবনা অর্জ্জুননা দ্রৌপদীবু জয় তৌহুনা পুখিবা মতাং অসিদা মরুপকী সুংঙাইবদা শরুক য়াংহল্লগে হায়বগী মতা ওইনা মতম চানা কৃষ্ণবু পুথোরকই। দ্রৌপদী স্বয়ম্বর সভাহুদা কৃষ্ণসু য়াওরে। লম শাংনা চেম্হরক্লবা তুরেল ঈচেল্ল ফনা ঈরোং ফাংনা চৎনকুরবসু তাঙ্গা ফংলগা অমুক তিন্নরবগুম্না থুদক অহুমক্তদা বলরামগা লোয়নননা কৃষ্ণ কুন্তীগী মনাক য়ৌথি। মথোয়নিনা কুন্তীবু মথোঙ শোক্লা থুরুম্লগা মশাগী পরিচয় পীজখি। যুধিষ্ঠিরগী রাহং পাউথুমদা কৃষ্ণনা হায়খি—মৈবু ফিমা কুপ্পুনা কয়া কুইনা লোৎপা য়াগদগে অসিগুম্বা থোনাগী থৌদোংস পাণ্ডব নত্তুনা কনানা তৌবা ওমগদগে? চা-শং মৈ থারক্লবদগী করিসু শোক্তনা নাম্বোকহৌরিবসিমক্লা তুংগী অফবা থুভমগী রাহৌদোক্লি। অরাবা মতমসি শাংবোইদি নীংনৈ, অহু‍্য মতম থরদি মথাংবিথো; তাঙ্গা য়েংলগা থবক তৌবতনা অশিংবনি।

লুহোংবদা নহারোলনা অওং-অপা শাবা হৌনদে নীংহুদা দ্রৌপদীগী য়েংনরবা লুহোংবা মতাং অসিদদি কৃষ্ণ তুম্মিন্না লৈথোকই। ব্যাসনচংবা অহল্লশিংগী ওানা থাকই। ইচম চম্না সুংঙাইবমথৈতা ফোংদোক্লে, থুদোন-পোৎ কয়া পীরে।

উলূপী অমসুং চিত্রাঙ্গদা লুহোংহুনা অর্জ্জুননা মণিপুরদগী হনখ্রগা—সুভদ্রাবু হুহুনা লুহোংবদা কৃষ্ণনা মাগা চাম্নজরবা মরুপ্পু অমুক্কা হেন্না মরা চেংশিনবা তারে নীংহুনা হরাওনা তেংবাংখি।

মশাগী ওইজবা অমসুং অত্তোংবতা নীংলুদ্রবা নীশক্তনা য়াম্না লুরবা থৌদৌ কয়া থেংনৈ। মহুদা করিগুম্বা অরা-থুভম থোক্লকলবদসু মাশিংনা তেংবাংনীংই। কনাগুম্বনা মশাগী ওইজবত্তা থিবদা থেংনরকপা অরাব থৌদৌশিংবুদি কনানসু মিৎচিনা ফাওবা ঙম্না য়েংনীংদে। কৃষ্ণনা তৌরম্বা থবক শিংসি অয়াম্বা মীওইগী কাম্ননবতা ওইনা তৌই। যুধিষ্ঠিরনা তৌখিবা রাজসূয় যজ্ঞ মীয়ামগী কান্নবশিংগী মসুংদা অমনি। যজ্ঞনা মর্ত্যলোক অমসুং দেবলোক অনিমকপু পেলহনবা ওম্মি অহুগা মসিনা মতম অহুগী চৎনবী মতুং ইন্না থোনা লৈরবা নিংথৌ কয়া মথা পোল্লে, য়াহন্নবগী ফোংলবা থুদম অমসুনি। মসিগী মতুং ইন্না যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংবু মাইকৈ চাইনা থাখি। অহুবু লুরিবদি পাঙ্গলতনা জয় তৌফদ্রবা নিংথৌবু মথা পোলহন্নবা হোৎনবসিনি। মথোয়গী লুরবা অহুগা কৃষ্ণগীনা মহুওমহুতা ওাইরম্বা তাঙ্গা লাক্লে। ভীম অর্জ্জুন পুহুনা জরাসন্ধ জয় তৌরুনবা মাধব মগধ তাম্না যাত্রা তৌখ্রে।

মথোয়না শেংলিবা 'স্নাতক''কী ফিজোল অহুগী মথক্তা কনাগুম্বা মালী অমগীদা চংহুনা লৈ অমসুং অঙ্গরাগ কয়ামরুম্না অমুকসু লৈতেংলম্মি—অশেংবা মশক লোৎশিল্লম্মি। লালবাওবু অরানবা থোঙলোমদগী পত্র পুরবা তেনজৈনা থঙহনবগুম্না—অরানবা লম্বীরোমদা লাক্লুনা মথোয় অহুম জরাসন্ধগী মনাক য়ৌথি। মহাক্না মথোয়বু কিনা ওক্না স্বাগত তৌখি, অচা অথক পীখি।

কৃষ্ণনা জরাসন্ধদা হায়খি— স্নাতক ব্রতদি জাতি অহুমদনা লৌগদবনি, ঐথোয়দি ক্ষত্রিয়

ঙাকুনি রাঙাং চালাক ওইদে। পাঙন চাং য়েংনশি হায়বদি য়াই। অরানবা লম্বীরোমদগী চং-শিল্লকপশিমক্কা ঐখোয়সি নঙগী মরুপ নত্তে হায়বা নীংশিংক্ষম থোকই। মরম অসিনা নহাক্কা পীবা অচা-অথকশিংসে লৌত্রিবনি। নঙনা মহাদেবদা বলি কথোক্কনি হায়দুনা ফাজিনবিরিবা নিংথৌশিংদু কনগে লাক্লিবনি। নশামক ক্ষত্রিয় ওইন ওইনা নজাতিগী নিংথৌশিংবু নশাগী ওইজব খিবগী শিকার করিগী ওইনগদৌরিবনো? নজাতিগী মীশিংনা অরা মৈশা লাংবা, মখোয়গী মতু মচাশিংনা অরা-ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবদি নঙ নত্তনা কনাগুনা য়েংবা ঙম্লোই। মখোয়সি হৌজিকমক থাদোকউ, নত্রবদি নহাক অঙাং ওনবা তারে। ঐখোয় কনাগুম্বা ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎলিবা নিংথৌ অমগী মথাখং পুদুনা নঙবু হাৎপা লাক্লিবনি জরাসন্ধ ক্ষত্তবশিংগী লুচিংবনি। মানা স্বার্থগী শিকার ওইনরিবা নিংথৌশিংদু থাদোক্কে মহায়ত্রে। কৃষ্ণনা ফরে নঙনা ময়াত্রবদি ঐখোয় অহুমগী মরক্তা কনাগা লানবা পানীংবগে অমস্তুং করথা লাল্লোং পাম্বগে খঙরো, হায়খি ' ভীমগা হকথেংননা লাম্বা পাখি।

মেরা থাগী অহানবা নুমিত্তগী করিনত্তা চাদ-থক্তনা পোংথাবা লৈতনা লাল থেংনরকপনা নুমিৎ তরানিপালনি স্নবগী অহিংদ জরাসন্ধ রামনথ্রহনা ঙাইহাক্তং পোথাখি। তাঙ্গাসিদা কৃষ্ণনা ভীমদা হায়খি—রারহুনা পোথারিবা য়েক্রববু থংলাক লাকশিনফদে মাগী অরাবহু হন্দোকহল্লগা তপ্পা তপ্পা লান থেংনবিগদবনি অরোঈবদা অপোকপা পিতা পবনদেবদগী ফংলকপা থৌনা মপুং ফানা উৎথোকউ।

উচেক্কা উচেক্কৌ মরোল থঙবগুম্না জরা হিংচাবীনা তাইশিনবিখিবা তঙ্খায় অনিহু ভীমনা অমুক হন্না থায়দোকপিরে। মগধগী নিংথৌ থুভম অদু কৃষ্ণনা সহদেবদা শিন্নরে, মপান স্বার্থগী শিকার ওইনরিবা নিংথৌশিংদুস্ন থাদোকপিরে। মহাক্কা মখোয়দু ঙম্না যুধিষ্ঠিরগী মথা পোল্ল হায়বা ফাওবা য়াহল্লকই। কৃষ্ণ দ্বারকাদা হনখি।

মনাওশিংনা মাইকৈ মরিমক্তগী জয় পত্রশিং পুদুনা লাক্লবদা যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণবু যজ্ঞ য়াওরনবা বার্ত্তোন তৌহল্লি। কৃষ্ণনা রাজস্নূয় যজ্ঞদা পুণ্য চেল্লবা মীতনা ফংনি ঙাই ওইবনি নীংলহুনা ব্রাহ্মণ-অতিথিশিংগী মখোঙ হাম্বগী থবক পুখি।

শাদা হৈবনা শাদা শি। লালদা হৈবনা লালদা শি। মীবু নিন্দা তৌববদা হৈনবনা মীবু নিন্দা তৌবদা শি। শাংলবা ওলাং থাগী লোইনবা ১তম লৈ; মী ওৎলবা মীগীস্ন লোইনবা মতম লৈ। শিশুপালবু মতম অহুগী য়াম্না ইকাই খুম্নত্রবা য়াত্রব নিংথৌনি হায়দুনা বার্ত্তোন তৌক্লবনি; অদুবু অরাবদি—মানা মশাগী ইকাই খুম্নবদি ঙাক্তনা মীগী শাগৈ অহলনা শীল্লাংদুনা চথরক্লিবা থবক অদুদা অৎৎ-অপা শারুই যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মগা তাম্নরগা কৃষ্ণবু ইহান হান্না পূজা তৌখি। খৌদৌসি শিশুপাল থাংবা ঙম্নদে। কৃষ্ণবা অঙাং ওইরিঙৈনগী হৌনা তৌরক্লিবা—মী-ওইবগী ওইনা কাম্নিঙাই ওইরবা থবক কয়ামরুস্নু ওন্ন-তৈনবা রা হায়জিন্দুনা যত্তবা মাইকৈরোমদা ঙাক্তা পুশিন্দুনা চৈরকই—কৃষ্ণ, নঙোন্দা ইহান হান্না অর্ঘ্য লৌবা য়াবা নগুণ অমত্তা লৈত্তে,

পংখ্রবা পাণ্ডবশিংসিনা অর্ঘ্য কৎপদা নঙনা নত্তিক নত্তনা হেক্কা লৌশিল্লিবদি করিগীনো ? হুইনা মী উত্রিদ্রৈদা লোম্না ঘী চাবদা হুরাওবগুম হুৎনাওজরিবরা ? নঙগী নতৌসদি নপুংসকনা লুহোংবা মিত্তাংবনা চিত্রবোৎ য়েংবগুম্বনি।" অস্থুক য়াম্না চৈরবা কাওবদা কৃষ্ণ য়াম্না পুকচেল কাবা ওন্নবা মাওইবগুম্না মশানা মঙ্গুণ শীংখাবদি নরক তাই, হায়বহু ঙাক্তুনা তুম্মিন্না তান্থনা লৈখি।

কুরু শাগেগী অহল ভীষ্মনা কৃষ্ণনা মগুণ শীংখারক্তুবদা মাগী মরীদা অস্থম্না হায়রহুনা ময়ামদা খঙহনখি—কৃষ্ণদি ঐখোয়দা নত্তনা মরোল অহুম্মক্তা মীওইনা পূজা তৌননিঙ্ঘাইবনি। মরমদি মহাক্না তম্নাখিরবা হিংচাবা অমস্থুং যন্ত্রবা মী কয়াবু অচুম্বা লামকমদা জয় তৌরকুবনি। মীচম্না ফংঙমদ্রবা গুণ কয়ামরম্ম মঙোন্দা লৈ। জাতি মরিগী মীওইশিংনা মাগী মাগী তৌগদবা মথৌশিংহুমক্তদসু নিংথিনা মহয় য়ালহনবা ঙম্মদ্রিবনি তৌইগুম্বস্থুং কৃষ্ণদদি ব্রাহ্মণগী অথোইবা গুণ-চংখোল্লবা জ্ঞানগী তুংনফম ওইবা, ক্ষত্রিয়গী পাঙ্গল, বৈশ্যগী লনগী মপু ওইবা অমস্থুং শূদ্রগী নং চংখোন্না সেবা তৌবা—হায়রিবা গুণশিংস পুম্না লৈ। ময়ামসিদগী থোইদোক্না মরেক লানা উনরিবনা বেদ—বেদাঙ্গ শুনা হৈবা অমস্থুং চাংদমনিঙাই লৈত্তনা পাঙ্গল কনবা অনিংসনি। শম্না হায়রবদা হৌজিক অসদা মঙোন্দগী থোয়দোক হেন্দোকপা মীওই কনামক্তা লৈত্রে। মরম অসিনা মাবু ইহান হাম্না পূজা তৌনিঙাইমক ওইরিবন।

পুন্সি মিকপ থোক্লকপদগী হৌনা য়েংথিনরক্লবা শিশুপালদা কৃষ্ণনা পাউথুম পীখি—"ঐখোয়না প্রাগজ্যোতিষপুরদা চৎথ্রিদ্রৈদা নহাক্না দ্বারকা মৈ থারম্মি, ঐখোয়গী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল, বভ্রুগী মুপী অমস্থুং নহাক্কী মামগী মচানুপী ভদ্রা মকপুম্নু নঙনা হুহুনা পুথিখনি। ইনেগী য়েংহুনা নঙগী অস্থুক য়াম্বা নরাল অসি অস্থুক কুইনা থাংলকইবনি।" অসি হায়রম্মগা কৃষ্ণনা মাগী সুংশিজরবা মরুপ সুদর্শন চক্রবু নীংশিংবমক্তদা—হৌজিক্তা মীবু য়াম্না নিন্দা তৌরম্বা শিশুপালগী মকোক লৈমাই থক্তা ওল্লে। অচৌবা থাউমৈ অমদগী করিগুম্বা থাউমৈ মচা অমা থায়দোক্তুনা থাম্লম্বহু মুৎথংখ্রগা—অচৌবা অতুগী মঙালতনা মকমহু পুমঙান ঙালহোবগুম্না—শিশুপাল-থাউমৈ মচাহুনা মুৎখ্রবদা মঙোন্দা লৈরম্বা তেজ—বীর্য্য'পূম্বহু কৃষ্ণদা তিনশিনখি। কৃষ্ণ ময়ামগী মিৎ—ভাফম ওইখি।

রাজসূয় যজ্ঞহু কৃষ্ণনা লোয়বফাওবা ঙাকপিহুনা নিংথিনা পূর্ণাহুতি পীরে। সুংঙাইনা পাম্লকপগী ময়াঙ্গীনা লৌশিং মাঙশিল্লক্তুনা—পঞ্চপাণ্ডবনা বনদা চহি তরানিথোই উন-নাংবা, তরা-হুমদোই সুবদনা লোত্তুনা থাংজুবা মতাং অসিদদি—কৃষ্ণ মখোয়গীদমক্তা হাক্না কম্না চোংকশিল্লুদে। ফত্তবা থবক তৌরুবগী মহয় মপুং ফানা খঙহল্লে ঈশিংদা তারিবা থাবলদগী শন্দোকখিবা মঙালবা মনাক্তা কৌরিবা হৈপাল লৈপালশিংবু ঙালহনবগুম্না কৃষ্ণনা লৈরিবা পাণ্ডবকা চাম্নবগী মঙালগী লাকইবা প্রেম অহুনা মখোয়গী বনগী পুন্সিদা মরক মরক্তা অম্না সু ঙাই কোংদোক্লে। দ্রৌপদীকা য়াম্না রানা তেংথাজরক্লবদা কৃষ্ণনা ঐনা নখেয়বু অরাব'পূম্বদগী কনগনি হায়না মালেম লৈমা অমদি অভিমানচিংবা পন্দুনা রাশকখি। দুর্ব্বাসাগী অতিথি সৎকার শোয়বা তারে হায়না চিন্তা

পোৎশুবিরিকীহুদা— মখোয়গী কোয়া চকুহু করিমত্তা মপাক্কুবা ঐ থাম্বা লাকপা য়াম্না থারে, ঐহাক্না কল্লিমো অহিংবা পিজখো, হায়না কাকী ওইনা ইরাঙ্গী লাঙ্গীগী মাগী অয়াম্বু কোকপিখি। কোয়াগী চকু মপান্দগী শাক মচেং অমা রাশকহুনা চাবদা দুর্বাসানচিংবা অতিথি'পুম্বা পুমপেল পোল্লখি।

পাণ্ডব বন চহুনা মখোই শংজুবা মপুং ফারে। কৃষ্ণনা তৌনীংলক্কইবা থবকী পুদোং ফাংলোয়ে। মহাক্কখৈ মনাক্তা লৈরম্বা মমাবস্তুপা অভিমন্যুবু পুহুন—মৎস্য নিংথৌ-মমোমলোই উত্তরাবু লুহোংবিরবে।

কৌরব পাণ্ডবগী লানগী মন্ত্রণা হৌরকপগা লোয়ননা কৃষ্ণগী "রাজনীতিবু থবক্তা পানশিন্নবা চাংলাইবা পুক্নিম্ব হৌখি। অহানবদা দ্রুপদ নিংথৌনা শীন্দুনা মাগী পুরোহিতপু ধৃতরাষ্ট্রগী রাজ সভাদা থারুরে। মহয় য়ানক্কে। কৃষ্ণনা পাউ পুথুনা অমুক চৎপা তাখি। মরুমহুদা মাহাক্না যুধিষ্ঠিরগী মত ওইনা—পাণ্ডব মচিন মনাও মতাগী লৈকম খুদং মতাদ পীবিয়ু, অতৈ রাজ্য সম্পত্তি'পুম্বা—দুর্যোধননাচিংবা মচিন মনাওগী ওইজসহু লাল থোকহনগমুসি হায়খি। রাফম অসি অহলপোল অমসুং মমা গান্ধারী কাওবনা য়ানখি খুৎলাই চাং য়েংনবদগী হৌনা "য়েক্ক-মক হুনবা নহারোলতনা শিখাং থাংখিবদগী লালগীদমক শেম শাখিবনি অমসুং শেম শাহনখিবনি।

মহৌশানা মশানা ঐদি ইহৈ অসি য়োনা চৈরবনি, মাবু মাংদি মাইথিবা পীবা ওম্নগদবনি হায়না নাপক্করিবা কাংবুদা—মখোয়গী য়েক্কবা কাংবুবু চংথোক্না থাগৎলুবা অচম্বা থৌদোক নত্তে। কাংবু আনহু কৃষ্ণনা মথল মথা ময়াম্বা পাম্বৈনা তাইশিনব হোৎনবা মহারক্কুবদা—মানা কৌরবপুদি পাণ্ডবনা লাইনা জয় তৌগনি, হায়রহুনা মখোয়গী পুক্নিং চাংয়েংউরে। দুর্যোধননা শাওবনগ্রহুনা মাবু পুন্নবা হোৎনখি। মহয় য়ানখিদে। মহামহুনা কিনরবা পাক ওইথোক্কুবা শককন অমা উৎখোরক্রে।

লাল শোইত্রবনিনা কৃষ্ণসি ঐখোয়গী মীচং ওইহোবা কৈ খঙ্গুবা দুর্যোধন অমসুং অর্জুন অনিমক মাবু লালগী বার্তোন তৌবা লাকখি। কৃষ্ণ মতমহুদা করিগী মিকপ থোক্নোইদগে? অনাহনবী লাকপা মী থুংলরবনি। নাপল অমসুং মী উশিত্তবদা হৈনজরবা দুর্যোধননা কৃষ্ণগী কুপুমদা অহৃপা লোনুকপদ হৈনজরবা অর্জুননা খুয়ারোমদা কৃষ্ণনা হৌগৎলকপা ওাইরম্মি। মামা মখোয় অনিবু ইহং—পাউহংলগা দুর্যোধনদা হায়খি—রাজন, নহাক্না হাম্না য়ৌরক্লিগনি হায়বা থাক্তে অহনু ঐনা হৌগৎলক পদি অর্জুনবু হাম্না উই; অহৃপা অতোপ্পা মরম অমনা নহায়োলগী মপুক্কিং হাম্না পুংখ্রগা অহনবীনা কোন্না থম্নগদবনি।

কৃষ্ণ—অর্জুন, মায়াক্লপ হায়না কাওরিবা গোপকোটি তরাথক লৈ, মখোয়হু অমমম্বা ঐগা চপ মাম্নবা মরূমা ডাক্তনি মখোয়হু নংগী মীচং ওইগেরা নত্রগা লাল তৌদবা খুৎলাইনকহু শাক্তনবা চুম্নী মাম্নখিক্তা ওইনা ঐহাক্না নখোয়রোমদা য়াওবনা পাম্বরা? আনন্দিগী মরক্তা করবনা পাবগে মুম্না থম্না হায়মু। অর্জুননা খুৎলাই য়াওদবা কৃষ্ণবু অহৃপা দুর্যোধননা নারায়ণী সেংথোক্নমু লৌখি।

মীওইবগী ইতিহাসতা পাক ওইখোক্লবা মীনা মীবু মী ওইনা নীংদহুনা—ঈগী ঈথৌ লাংবা কোক্লনবা থৌরাংলিবা—মহাভারত লালগী থৌরাং'পুম্বা লোইরে। গুরুজনশিং অমসুং শাগৈগী মীওই ভাক্তনা য়েক্ন মাইকৈদা লৈরম্বা উরগা অর্জ্জুন নীং-হৎরে। অশুক চিল্লিতৈসিদা ঐখোয়না তঙাইকদনা পলহৌনীংবা অমনা:—অর্জ্জুনদগী য়াম্না হেন্না ধর্ম্মভীরু ওইরিবা যুধিষ্ঠিরনদি নীং-হৎহুনা লাল তৌররোই, ঐদি ধর্ম্ম কায়নীংদে, গুরুজনশংবু হাৎলগা পাপকী মুক্ষবদা ঐগী সাম্রাজ্য লিংখৎনীংদে হায়রগা—মতম কুইনা চুশিনখ্রবা হৈনখ্রবা বিদ্যা ওইবনা শোয়দনা চাংয়েংনীংকম থোক্লবা— অর্জ্জুননা লালদগী নীংহল্লরকপসি কারনো? মসিগী পাউখুম তম্বাইবা নত্তে। কৌরব মাইকৈদা কর্ণবু শীংখানৈ. পাণ্ডবকীদনা মহূ অর্জ্জুন ন। মহাভারতকী লালদি কর্ণ-অর্জ্জুনগী অরোইবা চাংয়েংনকমনি। অর্জ্জুননা নীং হল্লখ্রবদা পাণ্ডবকী মী লৈত্রবগুম্বনি। কুইনদগী অপমান-মৈরীনা চুখ্রবা, মহূ কোক্লবা উপায় কয়ামরুমসু মখোঙন থোংনা থিক্লরবা মহাকমক্ল—নীংহল্লরকপসিনা মাগী মীচং কয়া অমসুং সারথি ওইরিবা কৃষ্ণমকসু থোইদোক হেন্দোক্লা চোকশিনবা তাখি।

তিংথং অমবু অমনা হন্দোকই। মপুক্লিং পুম্নন হন্দোকখ্রবা অর্জ্জুনবু অমুক অকনবা রা হায়হুনা ইনৌ নৌনা থোদাখি। পাউতাক অমদি তত্ত্ব কয়ামরুম তাকখি। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা পোকখি। মসিগী মচং ওইবহু—মতাং অসিগী ওইনা হায়নীংবদি—মীওইবগী তঙাইফদ্রবা পুরুষার্থ মরি—ধর্ম্ম—অর্থ-কাম-মোক্ষ-সি তানগদবনি; মখোয়হু কংননবা কর্ম্ম তৌগদবনি, কর্ম্মহু ভক্তিগা লোয়নগদবনি, ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা য়াওদ্রবাদ—তামসিক—কর্ম্ম—হায়বদি হিংচা-য়াইতম্বগী থৌদৌ ওই; মহূনা মাঙননবতা ওই। অদুগা অনিসি কায়নদ্রবা কর্ম্মক্ষেত্রহুদা কুইনা শিক্ষা ফংলবতদা সাত্বিক-গুণ ফাওরকই। অদুগী তুদ জ্ঞান ফংই। ওরোইবদা জ্ঞানী নত্রগা জ্ঞান স্বরূপ অহুমক ওইখি। অর্জ্জুনদা তাকপসিদা-য়াম্না নৈনানিঙাই ওইরিবা রাকমদি—"সংসারসিদা কনাগুম্বা অরোইবা থাকী পরমেশ্বর অমা লৈ, হায়রবদি মহূ ঐহাক্তি, ঐহোন্দগী থোইদোকপা কনা অমত্তা লৈত্রবনি। অদুগা অমুকসু মাহাক্ল মাহাক্লকপু খঙনিঙাই ওইবা পুম্নমক্লগী ঐনা মহেল্লবনি অসিমসু হায়রি। রাকব অনিসিদি অমনা অমবু কক্লৈ। মরমদি কনাগুম্বা য়োগীনা চানবা "জ্ঞানী" ওইখ্রবদা—খঙলবা জ্ঞাতা, খঙনবা পাম্বৈ—জ্ঞান অমসুং খঙনিঙাই ওইবা জ্ঞেয় হায়রিবা পোৎ অহুমসি লৈত্রবনি। অওইবমক "জ্ঞানী" অমগী অবস্থা য়োঁরবদাদ বিষ্ণু, কৃষ্ণ নত্রগা শিব হায়বগুম্বা জ্ঞানগী প্রতীকশিংসি দরকার লৈত্রবনি, মখোয়সিদি উপাসনাগী অহানবা পাম্বৈ তাক্লনি। অরোয়বা থাক্ল য়ৌখ্রবদী করিগুম্বা বিশেষণ নত্রগা মিংথোল অমগী দরকার লৈত্রে! ঈশিং চকুশিংদা তারম্বা মুমিৎকী মমিশিংহু চকু কায়খ্রগা মুমিত্তা অহুম তিনশিনখিবগুম্বা অমত্তা ওইরবা তিনশিনফমহুদা—জীব মম্বাম নত্রগা ঈশ্বরগী প্রতীক মম্বামসিনা নোংবাদ লোয়না তিনশিনখি, তিনশিল্লকখিগনি মরম অসিনা কৃষ্ণগী রাহৈসি চুমগী মাগা তিন্নৌ মাবু জ্ঞানগী প্রতীক ওইনা খঙউ. হায়নীংলম্বা তায়। অদুগা ঐখোয়না অম্নম্বা অর্থ লৌবসু য়াই মহুদি—খবক্লা হেনবা মীওইদি রা তাংখোরকপদসু খরা চাওনা তাংগল্লি, মথুংকা মচিন্দগা য়াল্লগল্লি।

অর্জ্জুননা শোয়্নখরক্লবদা - কৃষ্ণনা অকনবা অয়াকপা য়াহৈহ্‌ নত্তনা পাৈম্ব অতৈ লৈরমদে। অচৌবা উপালনা তুখরক্লবনা মাবু ভাকখৎনবা মতিক চাবা অচৌবা উপাল অমা দরকাররনি।

অচৌবা য়াওস অমা পোররুবা হোৎনবা অরাঈবা থবক নত্তে, মহ্ থোক্লবা থৌশিল্লিবা মীশক্তুম্ন ইচম চমফত্রবনি নৈংবা কায়রহ্‌না—রাজভোগ চাগদগী শরুকপুদি—ভীক্ষাদগী ফংলকপা পোৎত্তনা পুন্সি লেল্লগনি হায়রবা অর্জ্জুনবু—কল্লবা ঈশিং ঈচেলবু মাইকৈ থৈদোকপগুম্না—নত্ত হৌজিক লম্বোইবা য়াদ্রি, তৌফম থোকপা শিন্থা পাংথোক্লমদনা কিহ্‌না চেনবা হৌনদে। ক্ষত্রিয় মচানা থুংলাই থাদোক্তুনা চেল্লবদি—মিংচৎপু খিৱবদি— শিবগা পাংথকনি। অর্জ্জুন লাল থেংনবা ভাখি।

ধর্ম্মনা য়ুম্ফম ওইরবা রাজনীতি ক্ষেত্রমক্তম্ন অরানবা য়াওদবা লৈতে। মসিদা করিগুম্বা অচুম্বা থগ্না য়াওরবম্ন মথোয়হ্‌ অরানবগী উকলত্তনি। লাল হৌখ্রগা লোইশিন্দ্রবদি কান্নরোইদবনিনা রাজনীতি ক্ষেত্র নত্তনা অতৈদদি পুমলাল লাল্লবা পাম্বৈ কয়া কৃষ্ণনা শীজিন্নখি। মাগী অসিগুম্বা মহ্ চাওরবা---য়েংবদদি য়াম্না মশক-মতৌ ফজরবা লীলগুম্নবা নীতিসিনা হেক হেক কাম্বদা— কৌরবকী বল্ল কল্লবা মহারথীশিং তুখি।

“শঠে শঠাং সমাচরেৎ—” হায়বসি— নাপল অমস্তুং হিংসাত্তনা মচাক ওইহ্‌না শাগৎলক্লিবা দুর্যোধনহোয়গী ময়ুম মৈ থাবদা কৃষ্ণনা শিজিন্নখি; থাইনা চাশং মৈরী লাংখ্রবা, অরাবা খুদোং কয়াগী হু ফংনখ্রবা পাণ্ডবনা কৌরবপু থাদোক্তদৌরিবা মৈসিদি চুম্নগী কণিকনা চুখিবা মৈহ্‌গুম্না মুংপা য়াবা নত্তে; কৃষ্ণগী খুজিলদগী হৌরিবা হন্দকী মৈসিদি মরূ ফংনা চাক্তিবমথৈ হুপ্তিনকত্রবা মৈরিনি। বসন্তগা কামদেবগা কর্ণগা দুর্যোধনগা মৈগা মুংশিংকা চান্নবগুম্না কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা য়োনা মুংশিনৈ তৌইগুম্বম্বুং হন্দক কৃষ্ণনা শিজিন্নগদৌরিবা পাম্বৈশিংসিদি—ফনা চান্নহ্‌নম্ন অর্জ্জুননা লোয়না ইল্লোইদৌরি। মুংশিংনা লোন্না লাক্তুনা মৈবু মথোই কাহনবগুম্না কৃষ্ণনা অরোনবা উপায় কয়ামক্লম্না অর্জ্জুনবু মথোই কাহনখি। কৌরবকী আশা তৌনফম ওইরবা ভীষ্মগী মমাংদা শিখণ্ডী থাংজন্দুনা শর শয্যাদা য়াহিপ তাহনখ্রবদ, মীচং অনিমক্কী মীওইশিংনা থোইদোক্লা চ্যেকশিন্নখি।

তরাহমদোইনিচনবগী লালকমদা দ্রোর্ণাচার্য্যগী চক্রব্যূহহ্‌ থুগাইহল্লোইদবগী লাল্লোং অমা শিল্লক্তুনা অর্জ্জুনবু সংশপ্তকশিংগা লাম্বা পাবা ভাখি। দ্রোর্ণাচার্য্যনা লালবন মচিন্দা চীং শানা থিংখিবনা পাণ্ডবকী পাম্বৈ অমত্তা লৈত্রে। অর্জ্জুন, কৃষ্ণ প্রহ্যুম্ন নত্তনা মসিবু জিয় তৌভম্বা মী অমত্তা লৈত্রে। যুধিষ্ঠির মকোক্তা মথুং হাপ্পে। থৌদৌ অহ্ উরবা অভিমন্যুনা কমদৌনা তুমিন্না লৈথোক্তদগে? নহা-ইনখৎলকপগী পাঙ্গল অমস্তুং মপা মপল—গুরুশিংবু নীংলবা পুকচেলনা মাবু মিকুপ অমত্তা পম্বহত্ত্রে। “নহাক নৌমল্লি” হায়না থান্ন থান্না-পাণ্ডবকী অরাবনা লমজিং ওইহ্‌না—অভিমন্যু দ্রোর্ণাচার্য্যগী চক্রব্যূহদা চংখি। দুর্যোধননা—মচাশিং হাৎখিবগী মৈচাক্লা—“অচুম অরাল খিদনা হাৎলো” হায়না লাউরকপদগী—জয়দ্রথনা অভিমন্যুগী লম্বী থংখি। কর্ণনা মাগী মতুংলোমদগী তেন্না থাহ্‌না লীরুং ককথৎপীখি। রথী তরেৎনা কোয়শিন্দুনা অরানবা শাম্নোংনা অভিমন্যুবু হাৎখি।

অওইবমক—তরামরিনিস্থরগী লাল অসিনা থ্বাইদগী মরুওইবা লুম্বিদনি। মচা খাগ্রবী নোংলা অমোমমকস্থ লাক্লবা য়াত্রিবদা—নোংগা লাবগী পাঙ্গলগুম্লবা বুদ্ধি-কৌশিংস্থ চংখোল্লবা য়েরুথনা মচা হাংগ্রবা অর্জুনবু কমানা ফাজিনবা ঙমগদগে ? অদি পুম্নমক্কী মথক্তা মাগী চংখোল্লবা, অরুপ কৃষ্ণমক্তা খুজিন তৌরিবা থৌদৌনি। "হয়েং মুমিং তাত্রিদৈ ফাওবদা জয়দ্রথ হাংকনি. ঙস্তুগা মৈস্থংদা চোংশিন্দুনা শিগনি।" অর্জুনগী রাশক অসিদা কৌরব অমস্থং কৃষ্ণ অনিমক হয়াওই। কৌরবনা হয়াওবনা "ঐখোয়না হয়েংসিদং জয়দ্রথবু চোকশিন্না ঙাক্না থম্বা ঙম্লবদি—অর্জুন মথন্তা শিজখিনি পাণ্ডবপুস্বগী অ.শাগী থাউমৈ ওইরিবা মানা মুংগ্রবদা মখোয় পুম্নমক ময়নাই মমজগ্রগনি; অসিনি অদুগা কৃষ্ণনা হয়াওরিবনা—হয়েং চোকশিনগদৌরিবাসিমক্কী মনদা—মচা মাঙখিবগী মুংশিংনা কন্না থৌগংলবা অর্জুনগী অশাওবগী মৈনা মনীং থুংনা চাকহনবা য়ারগনি অসোমদা হয়াওবনি। ঙসি জয়দ্রথবু কনবা ঙম্লবদি "জয় ওইরগনি" হায়না নীংজনা রথী ওয়েংপু ঙাকহল্লকমা কৌরবনা মাবু অমুক মুংখিল চুম্না লোৎলে। ওহোকপনি। মখোয়না চোকশিনবিরিবসিদা পাণ্ডবনা তাম্লরিবা "জয়"হস্থ য়াওপ্রমাল্লে! মখোয়গী মাঙখিবা লাম্মী মশীংদগী কৌরবকী মাঙখিরনা য়াম্না হেল্লে। মনন চেল্লবা চন্দন পাম্বীবু খিরকপদা উমংগী উপাল—এপাল কয়া হায়রেকপগুম্না জয়দ্রথবু খিরকপদা কৌরব লাম্মী কনা নিংখিনা মরেং তারে। মত্তাং চারে, জামগী তৌনিংঙাক ওইবা তৌরে নীঙ্কনা যোগেশ্বর হরিনা যোগ শক্তিনা—মুমিং কৌনা কৌনা—জাগদৌরে হায়না মমামচুদা উচনখি।

কৌরবনা ভাবনা দলাম শাগংবা নিংথাম্নগদৌরে। রাশক ঙাকপা জমত্রহনা অর্জুন মশাগী নাশাবদা লোম্নলা মৈ চাকখিগদৌরে হায়না জয়দ্রথবু কোমখোক্লে; মাস্থ য়েরুথনা শিবা লেংহোগে হায়না লাম্মী মরামগী মমাংদা লোরক্লে। কৃষ্ণনা অর্জুনদা ঈঙ্গিৎ তৌবগা মানা জয়দ্রথকী মকোক্তু অশোবনদা তপাম্না তৌখিবা মপা বৃদ্ধ ক্ষত্রগী মতথাক্তা থাদবিক্লরে। মপা-মচাগী পুনি কোম্মিরে। হৌজিক্তা মরম্বা মালেমপুম্বা জারে। হয়াওরবা অমস্থং নীংবা কারবা তেন্দোল অনিহু অকনবা লাল অমুক য়াম্নরে।

যুধিষ্ঠিরগী য়াথং পুম্বনা মনাও অর্জুনগী খোঙতাল লীরকপদা—ভীমনা কর্ণবু থবা মখৈদি ওনলমবনি। তাক্কালিদা কর্ণনা কনা খুদোংচাবা কথহনস্থ কুন্তীদা রাশকখিবা মতুং ইন্না ভীমবুদি হাংখিরে। ইকাইবা শাওনাংবা য়য়ামগী চৈনাদগী কর্ণনা পাণ্ডব তেংজোলবু শাম্নু কামশানা উমং-য়াখং মৈখেকপগুম তৈখেকপা লৌরক্লে। অদুবু কান্না চাই হায়রুনস্থ অর্জুনবু হেক থাজিনরবদি য়ামি, মরমদি কর্ণগী "একঘ্নী". লৈরি। তাক্কাখিদা কৃষ্ণনা ঘটোৎকচবু কৌরবা মাগী মঙল কয়া শীঙ্কাখিরম্লনা কর্ণগা কান্না পাহন্নি। মপুনগী মনাইবু হেল্লে। হিংচাবগী মায়ানা মথক্তা মরাক তম্বোকনা কৌরব কাংবু কয়া হাংলে। কৌরব তেংজোল শাংবা জমরে। দুর্যোধননা চিংনবী পুন্নিনা—কর্ণনা মাগী মপুম্নিগা শিন্নরবা "একঘ্নী" শীজিন্নরে। কক্কাংবা তৈজুম্না শাবনু খোয়মা জৌনরবা! ঘটোৎকচ শিজ্জাখা খোম্লে। অদু ফাওবদা পাণ্ডবকী শাইকনবা খঙ্জিনা মানা মখাদু মুখক কয়ামরুম চাওখোক্লহনা বাংনা পাইখৎলগা তারকপদা কৌরব তেন্দোল কয়ামরুম লুম্নখি।

কর্ণহ্ মাগী পুন্সিগী লোয়নজরকপা খুৎলাইশিং পীথোকখ্রবনি, মহুগী মহুত্তা পীরম্বা "একঘ্নীস্থ" কৃষ্ণগী মচিন্দগী শিজিন্নফম চাদনা মাঙখ্রে। কর্ণগী কন্নিস্থ উপায় লৈত্রে। ঈগী লৈথোমদা ফুমজিনখ্রবা দোলাইগী ওইথংবা চাকাহ্ ফুকৎনবা হোৎনন্নিবা খুৎলাই য়াওব্রবা কর্ণদা কৃষ্ণনা —অর্জ্জুনবু খুৎলাই থাহনখি। মহু লাল্লি হায়রকপদা—অর্জ্জুননা পাউ খুম্বা ঙাইঙমদনা—কৃষ্ণনা কৌরবকী মরাল ময়ামহ্ চিংথোক্লুনা চৈখি। হৌখ্রবা অত্যাচার ময়ামহ্ নীংশিংহল্লুহ্নবনা—অর্জ্জুন অরানবা লম্বী অহ্ লানবা ঙন্নখি।

কৌরবকী কল্লবা মীওইশিং অস্থম অস্থম লোইশিল্লক্লে। পাণ্ডবকী মীচংস্থ তাক্কক তৌরক্লে। দুর্যোধনগী অরোয়বা থাক য়োনা ফত্রবা পুকচেলগী প্রায়শ্চিত্ত মাগী লৈজরম্বা'পুম্বা মাঙহনবমথৈ তৌনখ্রে। হৌজিক্তি মাহাক—চাক্লবা—নীংঙমত্রবা থম্মোই ইংননবা পাম্বৈ থিবা ওইনা—ঈশিং ঈয়াঈদা চোংথহ্না লোৎলে। কোয়থ থিনরকপদা—অঙৌবা ফি-বুমদা অমুবা দাগ পকপবু ময়েক লানা উবগুন্না—মরান্না মচু শংলবা দুর্যোধনবু ভীমগী মখাইনা তাক্লকপদগী লাইনা ফংখি। অইংবঙনা মহোশা ওইজবা লাইজ লাইরেম্বীনস্থ—অশক্তিগী হৌফম ওইরিবা মাবু চংজফম পীবিত্রে! দুর্যোধনবু ঈশিংদগী কৌথৎলগা—যুধিষ্ঠিরনা—"নংনা অপাম্বা লাম্বা অমা থল্লু" হায়বিখি। বাকোয় শূবনা কান্নরোই থন্দুনা কৃষ্ণনা—"ভীমগা লাম্বা পাগদবনি" হায়না লাম্বা চানা শীনজিনখি। অনিহ্না অকনবা গদাযুদ্ধ তৌনরকপদা—"খুকউদা গদানা থারো" হায়না কৃষ্ণনা ভীমদা ইঙ্গিৎ তৌখি। মসিস্থ গদা যুদ্ধগী নিয়মদি লাল্লি।

লালগা লোয়ননা মপা অমস্থং মাগী ওইবা মীওই'পুম্বা লোইখ্রে—অস্থন্না তরক তরক্লবা অশ্বত্থামানা নোংমা—লালফমদগী মপান্দা লালশংদা হুমিদাং চংহ্না দ্রৌপদী অমস্থং পাণ্ডবকী মচাশিং হাত্তোকউরে। মাবু কোয়তান তান্নবিরক্লবদা অরোইবা পাম্বৈ ওইনা—"ব্রহ্মশির" শীজিন্নরক্লে। অর্জ্জুননা মহুগী পাউথুম "ব্রহ্মশির"না পীরে। মালেম'পুম্বা মিপাইনরে। ব্যাস অমস্থং নারদনা অনিহুগী মরক্তা লেপ্তুনা থাম্বদি থামজিনবিরে; অর্জ্জুনগীদি হনজিনহনজখ্রে অহুবু লুন্নিবদি হঙ্গিনহনবা হৈত্রবা অশ্বত্থামাগীসিনি। কমদোনি!! তাঙ্গাসিদা কৃষ্ণনা অমগীস্থ কায়দনবা অমগীস্থ মপুক্লং পেন্ননবা পোরম চত্তুনা—হঙ্গিনহনবা হৈত্রবা "ব্রহ্মশিরহ্ উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা—কোন্না "পরীক্ষিৎ" কৌহ্না—কৌরব পাণ্ডব হায়না লৈচা'নি শেৎখ্রবসিগী পুন্না নিংথৌ ওইরগদবহুগী "শরুক" ওইহনখি। মানা লংজরুবগী প্রায়শ্চিত্ত ওইনা অশ্বত্থামাগী মকোকী মণিহ্ পাণ্ডবতা পীহনখি।

লাল লোয়রবদা মচামথৈ লোয়না সিখবগী অরা মৈচাক্লা গান্ধারীনা—শাগৈ তুম্না মাঙখিবদগী ঐনা য়ারিবা অসিগুন্না নহাকস্থ যহ্ বংশনা মহৈ মহৈ হাৎনহ্না শিমিন্নবহ্ নমিৎনা শং-শংনা উরকনি, অহুগা নশামকস্থ—শাত্তানবা অমগী তেন্না পান্দুনা শিগনি; হায়না শাপ তৌখি।

কৃষ্ণনা মপাঙ্গল মরোশিংনা তৌবা য়াবা মহাভারতকী অয়াম্বা থবক লোয়শিল্লক্লে। মীওই মপোক্তা পোক্লরবদি পুন্সিগী অকোয়বা স্বর হোন্দোকখিব্রিবমথৈ পোথাবা য়াদে হায়বা মাহাক্লা অস্থন্না তাকখি। যুধিষ্ঠির অরাবা অমস্থং নিংঙমদবনা মশাহ্ ঙাইহাক্তা লৈতাফম থঙত্রে; মহু

উবগদুনা কৃষ্ণনা হায়খি—মীওইবগী মাঙনবগী ময়মদি পুকচেল খোয়রবনি। পুকচেল তিংবা থবক তৌরবগদা—হিরম খুদিংমক্তা মহয় য়ানবা ওয়িবনি। মহারাজ, নহাক মশাগী য়েক্নব'পুম্বা ঙম্ব তৌজি। নাপল খাদোক্তি। মহারাজদি—ঈশিংদা তাওরিবা হি-বু মুংশিংনা ইরাঈ লাঈনা পুনীংখা মাইকৈদা পুরগুম্না--ইচম চম্বা অরামুংডাই থরাসিনা ইরাঈ-লাঈমা ছুমহুনা পুরি। ওসি কাওবদা থেংনখ্রিবা অরা-মুংডাই ময়াম্দু মীংশিংলুদনা—পুক্রিগী ওইবা য়েক্নবশিং অহুতগা লাল থেংনখিখো। লালকম অসিদদি কনামত্তা য়াওবা য়াদে। শম্না হায়রবদা পুক্রিবু নিংথিনা জয় তৌজিনখৈ, হম্না হম্না খুদোংখিবত্তা থেংনবা মশানা তাবনি। অহুলশিংদগী ঐনা তাক্লহৌবা "কামগীতাদু" শম্না মীজগে পুক্লিং চংনা তাবিম্মু—"জীবশিংগী লৌনীং চানীংবগী ঈথৌলাংবসিদি কনিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তনা মাঙহনবা ওমদে। মাবু মুথৎনবা—জয় তৌনবা হোৎনরুরিবা পাম্বৈদুমক মাগী ময়া চেৎননবা পাম্বৈদুম ওইনথি। শম্না হায়রবদা—কামনা অসিবু মুৎথৎপা পাম্মুরিবা অহুমকসু কামনা অম মক্লি। কামনা হায়বসিদি মীওইবগা পোকমিন্নররুবনি অমসুং কনামত্তনা মাবু মাঙহনবা ওমদ্রিবনি।

নোংমা অর্জুনগা লোয়ননা লৈকোন্দা কোয়থিন্নরিডৈদা মানা কৃষ্ণদা—ভীষ্ম পর্বদা তাক-পিখিবা গীতাদু কাউখ্রে অমুক হন্না তাকপিখো হায়জখি। মদুদা কৃষ্ণনা হায়খি—"ঐনা গীতা তাকখিবদুদি ইশাগী ইচম চম্বা ফিরেপ্তা লৈরগা তাকপা নত্তে। ইন্দ্রিয়'পুম্বা সংযম তৌরগা অথম্নবা ফিরেপ অমদা যোগ যুক্ত ওইরিডৈদা—অদুক য়াম্না নিংথিনা তাকখিবনি। হৌজিক্তি অদুক হাক্লা নিংথিনা "ব্রহ্মতত্ত্ব" তাকপা ওমগনি নীংদে। অসি হায়রগ কৃষ্ণনা সৃষ্টিগী রা, জীবনা ফংলিবা পুন্সি কমদোনা ফংলিবনো মাহাক্লা কর্ম্ম-ফলদু—অকোনবা মপোক্তা পুদুনা চৎপরা? মুক্তি ফংবা হায়বসিনা কমদোবগে? অসিনচিংবগী তত্ব রহস্য'পুম্বা হান্না তাকখ্রবা 'গীতা'দুগী সারাংশ ওইনা "অনুগীত" তাকখি। অরোয়বদা অসিমসু হায়খি—কনাগুম্বা সিদ্ধযোগীনা মাগী অথম্নবা ফিভম—মুংশিং চংব্রবা মফমদা থানবা থাউমৈগী মতৌগুম্না লেংদনা লেপ্লুনা লৈরবা পুক্লিং—যোগাবস্থাদা লৈরিডৈদুদা পরব্রহ্ম—নত্রগা—মানা নীংজরিবা পরমেশ্বরদুবু শং-শংনা উরবগা যোগাবস্থাদু কায়থ্রবদসু—মওগী পোং মিকপ থোক্লবদসু মীংশিংবগুম্না লোয়না নীংশিংই। উরবা ফুমক্লু মাহাক্লা লোয়না মচিন্না বর্ণন তৌবসু ওম্মি।

কৃষ্ণনা দ্বারকারোমদা হল্লকপদা—মরুভূমিদা তপস্যা তৌরিবা "উতঙ্ক" ঋষি থেংনখি। মাহাকসু গান্ধারীগুম্না য়াম্না শাওরকই অমসুং কামগুলুদগী ঈশিং লৌরদুনা "শাপ" তৌরগে, থৌরাংখি। অশাওবগী পাওথুম শাওদবা কান্নবনা পীবদসু হৈনম্নবা কৃষ্ণনা মাবু নিংথিনা থৌমজিন-বিরদুনা "উতঙ্ক মেঘ" কৌবা মতম চানা নিংথিনা ফংবা য়ারবা নোং পীবিরম্মি। মরুভূমিগী মৈচাক্লু কোক্লখি।

যুধিষ্ঠিরনা "অশ্বমেধ" যজ্ঞগী থৌরাং তৌথৎলকপদা উত্তরা রাঙোল-শং চংখ্রে। ব্রহ্মাশিরনা পাম্মুনা মচাদু শিনা তাখি। কৃষ্ণনা রাশক্লুনা হোৎনবদা অঙাংদু হিংগংখি। কন্না লায়রেংজিবা মুপীশিং ওমখৈ লৈত্তনা হন্নাওখি। ব্রহ্মাস্ত্রদু মপুগী মনাক য়ৌখি। হন্দকী যজ্ঞ অসিদসু কৃষ্ণনা

নিংখিনা তেংবাংবিখি। ব্যাস-কৃষ্ণগী পাউজেল মতুং ইন্না যুধিষ্ঠিরনা মীয়ামদুবু দক্ষিণা অহুমলক তৌদুনা পেলহনখি। মমৈথংদা মহাক্না পৃথিবী'পুম্বা ব্যাসদেবদা দক্ষিণা ওইনা কৎথোকখি। "লৈবাক ঙাকপদি ক্ষত্রিয় মচাগী মখোনি," হায়দুনা যুধিষ্ঠিরদা অমুক হন্না পীবিরম্মি। হৎসানা কুন্তীদা স্না কয়মরুম অমসুং কৃষ্ণনা—মণিপুরদগী লাক্লুনা যজ্ঞ য়াওরিবা চিত্রাঙ্গদা—বভ্রুবাহন মমা মচাদা ফিজেৎ লৈতেং অমসুং নিংথিজরবা রথ কয়ামরুম পীখি। মীপুম খুদিংমক য়াম্না পেন্নখি।

য়ুমগী অহন্নশিংনা য়ুম থানোক্লুনা তাইবং-রিদায় লৌরমদাইদা—মচা মসুশিংনা অন্না-অনা কয়া নংঈ। য়ুম অদুদা উপদ্রপ কয়া কয়া থোকই। কৃষ্ণনা মালেমসি থাদোক্লমদাইদসু উপদ্রপ কয়া কয়া থোকখি যদু বৃষ্ণি অন্ধক-কুকুরনচংবা ফুরুপশিংসিগী মীওইশিংদা কনাগীনা মকোক্তা কনা অমগীনা মখোঙদা ঙচিনা চিকপা অমসুং শা-শিংনা জাৎ ওন্নুনা মচা পোকপা অসিনাচংবা অঙকপা থোদোক কয়া বয়া থোকখি। মসিদা কৃষ্ণনা—মহাভারতকী লালজাও থোক্লমদাইদা অসিগুম্বা ফত্তবা থবকী পাউ পুবা খুদম কয়া থোকখি, ঐখোয়গী শাগৈসি য়াম্না থুনা মাঙবা তারে, নখোয়'পুম্বা সমুদ্র মপানগী প্রভাস তীর্থদা চৎলো, হায়খি। মাগী মতম লোয়'শল্লক্লে নীদুনা অর্জ্জুনদা দ্বারকা অমসুং যদু মুপীশিংবু ঙাক্লনবা ভার'পুম্বা শীন্নরম্মি।

য়ুগ অমগী হৌনব লোয়নবা মতম লৈ। প্রভাস তীর্থ মপান্দা—মচাশিংদু অফং দফংবা খুৎলাইন মী'গ মহৈ পং-হাত্তু হাৎনরক্লবদা কৃষ্ণনা নোংথাংলৈম খুদাপ খুদাপ পায়দুনা মখোয়বু থামখি, তৌ গুম্বসুং মহুমক্না ময়ামদু অমঙ য়াম্নথোং কুম্নবা মরমদুম ওইনখি। মাগী সারথি দারুক্না পুদুনা কৃষ্ণ বলরামগী মনাক য়ৌখি। গদা-বিদ্যাদা মপা লৈত্রবা বলরাম পুন্সিগী অরোইবা মিকপ ঙাইদুনা উখোঙ অমদা ধ্যান তৌরম্মি। মাগী মচিন্দগী মকোক লিশীং অমা পানবা লিল অঙৌবা অমা থোকখি অমসুং সমুদ্রদা চংখি। থোদোহ উরগা কৃষ্ণ ঐগী মহাযাত্রাগী মতম য়োৗরক্লে নীংদুনা ইন্দ্রিয়'পুম্বা লাকশিল্লদুনা—মহাযোগ সাধনদা—অমুক হৌগৎলরোইদবা য়াহিপ্না হিপথখি। তাঞ্জাসিদ জরা কৌবা ব্যাধ অমনা শজিনি নীংদুনা কৃষ্ণগী খুয়াদা তেন্না থাখি। মানা চংশি-ল্লকপদাদ পাহোম মায় পানবা স্না ফিগে থোল্লিবা কৃষ্ণনা তেন্না পাল্লে হায়বা খঙখি। মানা—"ঙাকপিয়ু" হায়না তুজখি। কৃষ্ণনা জরাবু থেমজিনবিখি—নঙোন্দা চুম্নগী পাউথোংকম ওইবত্তনি, ঐস্নু পুন্সিগী অরোয়বা মিকুপ ঙাইরম্নিবনি; মতম্নবু ওইরক্লবদা কনাস্নু পম্বা য়াবা নত্তে।

কৃষ্ণ বিষ্ণুলোক্তা য়ৌখি।

## যুধিষ্ঠির

মহাকাব্য মহাভারতকী থোয়দোক্না ইকাইখুম্নফম ওইরবা মীওই—নায়ক অমা য়েংবা তারবদি মসিদগীসু থোইদোক্লুনা হিন্দুগী ধর্ম্ম-গ্রন্থ-রত্ন মহাভারততগী ধর্ম্মগী ফিদম মপুংফাবা মপুন্সিচুম্না ধর্ম্মগী খুদম ওইনবদা মপুং ইফাদ ফারবা মীওই অমা য়েংবা তারবদি যুধিষ্ঠিরর্তন। ভারতবর্ষগী আস্তিক পুরাণ কাব্যশিংসগী শৈলী থর থরা ইথেন থেম্নবা উরবসু ইয়োঙ্গ লোঙ্গবা উদ্দেশ্যদি

অমত্তনি হায়রবা য়াই। মহাভারতকী উদ্দেশ্য—ধর্ম্ম নত্রগা সত্যগী থিরেপ অমসুং মাবু থংমনবা শাইথ ভাকপনি। মাগী উদ্দেশ্যসিবু মকোক থোংনা পুথৎলকইবদি যুধিষ্ঠিরনি। মহাভারতকী মীওইশিংগী চরিত্রসি অনৌবা যুগকী কাব্য নৈনরিবশিংগী মিৎয়েংদা নৈনরবদি "দোষ লৈ" হায়রোয়রদবা অখণ্ড অহং কনাম্ন লৈরোয়। অরিবা পুরাণগী মিৎয়েংনা য়েংলবস্থ অহুমণ্ডাই ধর্ম্ম কায়বা থোঙকম থবাদি মথেংনরি। যুধিষ্ঠিরগী চরিত্রস্থ মাইহিং কাত্রবা থাগুমদে।

মহৌশা মীশীংনগা য়ামাত্রশুদা "পিণ্ডলোপ" নত্রগা শাগৈ মাংবা হায়বসি য়াম্না কিনরম্মি। মসিমক্রস্থ মীওই কয়া কয়ানা মমুম পায়রম্মি লুরবা হিরম অসি পাংথোক্লবগী মরিদা পাণ্ডু শাপ থংলবা নিংথৌনি ভোইগুম্বস্থং বংশ রক্ষাগীদমক মহাক ছিংলম্মি হায়বগী করিগুম্বা থুদম অমদি থনমদবা য়াদে অহুবু মাদি মপুংফানা গৃহস্থী ধর্ম্ম ভাকপদি য়াত্রে কমদৌনি! শাপ থংথিবত্তমক্তনা নীংবা কায়রহনা অনিগুবা আশ্রমহু থাদোক্লগা অহুমস্থবদা মহুম থবা শিক্ষা লৌরগা মরিগুবা সন্ন্যাস—আশ্রমদা চংলগে নীংলহনা বনদা লাক্লে! মাগী চায়রবী রানী অনিস্থ মপুরোইবগী ফোরোই ইনবী ওইনা মশাগী থিজেং লৈতেং'পুম্বা থাদোকতুনা মতুং ইন্নক্লে! অহুবু লুরিবাদি শাগৈ ভাক্লগদবা লল থুত্তা পায়ত্রকা মিত্তা উত্রিবসিনি!! ভাবনা লাম্বা কাও ফ'ত্র। আশ্রম পূম্নমক্তা চংনফম্নি হায়রিবা গৃহস্থা অশ্রমসি মহয় য়ালহন্দনা ধর্ম্ম কায়না চংশিল্লগা মরিস্থবা আশ্রমদা কশদৌনা মহয় হ্নানবা য়াগনি!!! চানবমক্তি মথোয়গী চহি মত্তাং অসি মরিস্থবা আশ্রমগী দমক্তি নৌন' হৌগৎ লাক্লবা হৈপাল-লৈপালবু মত্তাং চাদনা উলনা থংহনথিবগুম্ন থংহনবা ত দৌ'র। মপুন্সি লোয়রক্তুনা থংহনবা ওইরোইদৌরি। নত্তে, মহাভারতকী থৌদোক মম্নামগী য়াংলেন শরু শায়মদনা হুমদাং থরাসিনদি করিস্থ ওইত্রি। চুম্না পাণ্ডুগী বংশ রক্ষাত্ত নত্তনা মহাভারত্ত রক্ষাম্ন ভৌদব য়াত্রি।

লাইনীংলবা পাণ্ডু নোংমা হিমালয়দা লাইনীংলিবা ঋষিশিংগা ব্রহ্মালোক চৎপা য়াগুগে হায়জখি। মচা পোক্তবনা "পিতৃ ঋণ" কোকহনবা ঙমত্রিবত্ত উবিরহন। ঋষিশিংনা মঙোন্দা তাকপিখি "ঐখোয়না দিব্যচক্ষুনা উবা ফংলে, নঙগী লাইগুম্নবা নচাশিং লৈ। মথোয়হ ফংহুনা "পিতৃ ঋণ" কোল্লগা সন্ন্যাস আশ্রম মপুং ফাগদবনি।" ঋষিশিংগী উপদেশ অহু মুম্না থল্লগা পাণ্ডুনা কুন্তীদা হায়রখি—"ঐনা ইচা ফংনবদগী "পিতৃ ঋণ" গী পোং লুম্না য়ারিবসি কোকহল্লু।' ঐস্ন ক্ষেত্রজ সন্তান ওইনা পোকপনি, হৌজিকস্থ নঙনা কনাগুম্বা পন্ডী নত্রগা ব্রাহ্মণ অমদগী নচা ফংনবা হোৎনৌ।" অস্নুম্না মপুরোইবনা পুকচেল তিংনা হায়রক্লবদা কুন্তীনা কুমারী ওইরিঙৈদা অতিথি দুর্ব্বাসানা তাকপিরম্বা মন্ত্র, অহুনা কানীন পুত্র কর্ণ ফংনখ্রবহুগী পাঙ্গেনা "ধর্ম্মবু" কৌরগা শতশৃঙ্গ (হিমালয়) চীংথক্তা কুন্তী মচা ফংজখি। দৈববাণীনা অভাং অসি ধর্ম্ম চেনবাশিংগী মরক্তা অথোয়বনি, মহাত্মা পৃথিবী পতি ওইরনি, মমিংনা যুধিষ্ঠির অস্নুম্না কাওরনি হায়রকই মাগী শাংলবা পুন্সিগী রাংমচং তাকখি।

পাণ্ডুগা আশ্রম মুমথংনবা ঋষিশিংনা শিরবা পাণ্ডু মাদ্রী অমস্নুং মচা মঙাগা লোয়রমনা কুন্তীবু হস্তিনাপুর কোম্বুংদা থিনবিরকই। মতম অসিদা যুধিষ্ঠির চহিত্তরাতক্ক ওরে। দুর্য্যোধনী

মচা হায়নবা মতারবা পঞ্চপাণ্ডব মপাল ধৃতরাষ্ট্রগী কোন্নুংদা—নহাগী থৌশাদবা পুন্সিদা তুংদা কর্ম থেংন্নগদগে হায়বা পোক্লেপফম ইথক্ত খণ্ডদনা পেল্লি। পু-পাংস্নুনা নাওকোন্দবশিংগী থম্মোই থোংপা হৌনশা ওইনা—অমহিকন্সুং কোকহক্ল-লাইহল ওইনা লেপ্লিবা পুন্সিদা অকুপ্পা ৱাখলগী মপুং ফানা ডুংনফম ওইবনা—যুধিষ্ঠির—ধর্ম্মগী অমস্তুং থোংলবা থম্মোইগী য়াত্তাকম ওইখি। ধৃতরাষ্ট্রনা শীনবিহুনা মচাশিংগা লোয়ননা পঞ্চপাণ্ডব কৃপাচার্য্যদা মহৈ-মশীং তম্মিনৈ, শাব্রমিন্নৈ। নোংমা মখোয় ময়াম চৈতেক কোংপী শান্নবদা "মতেক" অহু কুহাদা তাথোকখ্রে। লৌখৎপা ঙাদ্রে। যজ্ঞ তৌরিবা দ্রোণ-না মহু উরুরে। "ভরত বংশদা পোকপা ক্ষত্রিয় মচানা কুহাদগী চৈতেক অমা ফাওবা লৌখৎপা ঙমদ্রবরা? করিগুম্বা অথুম অহাও থরা পিজগে হায়রবদি নখোয়গী চৈতেক অহু ঐ লৌখৎপিগে, অস্নুম্মা দ্রোণনা হায়খি। ওজা-গুরুবু খোয়দোক্লা লুনা নীংজরবা যুধিষ্ঠিরন—"ঐশ্বর্য্যদি চৈতেক অসি লৌখৎপা ঙমদ্রে, থরা লৌখৎপিয়ু ঐখোয়গী ওজা ইবুংঙোনা য়াথং পীবিরবদি হুমিৎ থুদিংগী চানবা ৎংবিগনি," হায়জখি। চীংজাও অনীবু চীং নাপোম অমনা শংহনবগুম্মা যুধিষ্ঠিরনা কুরুবংশগা দ্রোণগা তিন্নহনখি। মতোন্দা অস্ত্র-শস্ত্র অমস্নুং শাস্ত্র মখল কয়া তমখি। অর্জ্জুনগুম থোয়দোকপমক নত্রবস্তু যুধিষ্ঠির ময়াম ওইনা মহৈ হৈহৌই। অস্ত্র-শস্ত্রশিংগী পরীক্ষা লোয়রবা মতুংদা—দ্রোণাচার্য্যনা পামজবা ফোংদোরকপহুগী মতুং ইন্না—দ্রুপদ নিংথৌবু য়াইমব মনাও অনিগী মতেংনা ফারুতনা "গুরুদক্ষিণা" কংখি।

মীশনা মাবু য়াম্না মুংশিবিবা উরগা যুধিষ্ঠিরবু যুবারাজ ওইহনখি। লৈবাক্কী রায়েল থোদাদা কাঙলম অহুক মপুং ফানা থঙখিরোই হায়তুনা ধৃতরাষ্ট্র অমস্নুং মাগী মন্ত্রীশিংনা চুম্নতা মাগী তেংবাংবখ। যুবরাজ ওইরকা যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগী মতেংন মখোয়গী রাজ্যহু চাওখৎনবা কন্না হোৎনখি। মীগী চাওখৎপা উরগা থম্নবা মাবু অখাবা মিৎয়েংনা য়েংবসি ফত্তবা মীগী হৌনশানি। হৌমিন কামিন্নতৈদগী মহৈ মশীং তমতৈদগী হৌনা অয়াম্বা হিরমদা লাম্বাতা ওইতুনা লাক্লবা সুপ্রগী—মীনা মুংশিজবা হায়বা তমথীরবা গুণ অসিহং মানা মখোয়দগী হেন্না থমজরিবা দুর্যোধননা—শকুনি অমস্নুং কর্ণগা লৌতুনহুনা পাণ্ডবপু মৈ থাদোক্লবা খুজিল তৌখি। মখোয়না বারণাবতদা তৌরিবা পশুপতি পূজাগী কুম্ম য়েংবা চৎলকপদা বিহুরনা যুধিষ্ঠিরদা—ময়াম্না থঙনত্রবা লোল—ম্লেচ্ছ ভাষানা পাখোং ওইন হায়রকই—যেরুবনা থাংলিবা খোঙথাং মুন্না থঙলিবা মীনা অরাবা খুভম পুম্নমক্কগী নাম্থোকপা ঙম্মি। য়োং নত্তবা খুৎলাইনস্তু থরাই মাঙবা য়াই। মৈনা অকংবা বংবু চাকথেকই—অহুবু খুজিল মঙা পানবা শা শবোনা তৌবগুম্না—গুরুংগী লম্বীরোমদা চেল্লরদি ইরাঈ লাঈনা নম্থোকপা ঙম্মি। থরানিমচাক্কী খোঙচৎ য়েংলগা মাইকৈ লেপ্পা ঙম্নিবা মীনা মম্নবা অহিংদম্ভ চৎকদনা লম্বী লায়না থঙবা ঙম্মি। মাতনা মশাবু অমস্নুং মীওই মঙাবু কনবা ঙম্মি। বিহুরনা তাক্লকপা লম্বীহুদা লমজিংহুনা যুধিষ্ঠিরনা মমা অমস্নুং মনাওশিংবু কনখি। বারণাবতদগী নাম্থোকখি। চা-শং মৈ থারকদবা মুংদাংহুদা মখোয়না গন্ধর্ব্ব মমা-মচা তরুকথক চাকোরগা ময়াই কাবা পোৎ কয়ামরুম্না লৌশিং তাদবমথৈ পেনহনখি। মখোয়হু মৈ চাকুনা শিহৌই। থৌদৌ অসি আদি কবি বাল্মীকিনা মবুঙো রামচন্দ্রগী চরিত্রদা—সুগ্রীবগা লাবা পারিবা বালিম্বু লুমহুনা

হাংখিবগী "কলঙ্ক" কৎপগুম ব্যাসদেবনা যুধিষ্ঠিরগী চরিত্রদা "কলঙ্ক"গী মফম থাকপিবগুম্মি। চানবা ধর্ম্মগী চংখোল্লবা মীওইগীদমক্তি—"পাণ্ডব মৈ চাকখ্রে, মমাগা কোম্ননা" হায়না কৌরবনা লাম্না নীংহনবনা থোইদোকপা কান্ননীংঙাই লৈতে

থোথোক অসিদগী হৌনা লোত্তুনা লৈরকপনি, অদুবু দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর-সভাদা ফোংদোকপা তাখি। "মালেম পৃথিবীনা লুম্বর, পলেম ইমানা মহেল্লি," হায়বগী চাংয়েংনববা তাঙ্গা লাক্লবদা "ধর্ম্ম কায়দনা চৎলিবা মীদি ধর্ম্মনা মাবু অত্থুম কনবি" হায়বসিস্থ লেপ্পমক চুম্মি। এমা কুন্তী দেবীনা পোংশক উত্রিভৈদা—দ্রৌপদীবু য়েন্নৌ হায়রক্লর্বন। ধুধষ্ঠির ধর্ম্ম সঙ্কট্টা তারে। মনাওনা য়াম্না ৱানা জয় তৌজরক্লবীনি। মপাম লোমগী কাবুংনা কুইনা লূমজরকপমক্তি অর্জ্জুনবুনি—ইরুনীংবগা থোং তেকপগা হায়বত্থনি; অদুবু লুরিব'দ "য়েন্নৌ" হায়রিবা য়াথং অসি'ন। ইমাগী য়াথং ঙাকপনি হায়ত্থনস্থ—য়েংফত্রবা পোৎপু—কমদৌনা ঐগীনি ঐগীনি হায়না তান্নগদগে! অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ ঈশ্বরগী থৌশিলদি লেপ্পা লৈতবনিনা মতাং অত্থুদা অত্থুম পন্দুনা লেফদে কুইনা নৈনরবা মতুংদা ব্যাস দেব লাক্তুনা পঞ্চপাণ্ডব অমস্থং দ্রৌপদীগী শায়োনগী ৱারী লিংখ। মখোয় অ'সনা পুল্লগা পাংথোকমিন্নগদৌরিবা থবক য়ামখ্রবনি, মত্থগী মহুৎ শিনবিনবা বনামত্তা লৈত্রবনি, হায়খি। মচিন মনাও মথং মনাও ওইনা লুহোংখ্রে।

অহানবা জ্বার খেপ—মপা মপল অনিমক শক্লবত্থগী য়াথং ঙাকপ'ন। ধর্ম্ম কায়দবা মীদগী অকায়বত্তা হৈনবা মীনা খুদোংচাবা লোবা হৌনশানি যুধষ্ঠির মাইথিরে। দ্রৌপদীনা কুবোক্রুগী বরদান ওইনা মাবু অমুক হন্দোকখি। অনিস্থবা জ্ব'রখেপ অসিদদি—লাক্ত-নীঙমহোদবা অমস্থং মপাঙ্গল মরোশিং মপুং ফারকপগী চাং-য়েংনি। অত্থগা নিংথৌনা চোরবনচিংবা জ্বার শন্নবদি মতম অত্থগীদি ধর্ম্ম অমস্থং রাজনীতিনা য়াবনি হন্দক্তি যুধষ্ঠির মরোল—মরাং তাক্ল। দুর্যোধননা কয়ারক হন্না মীনমত্থনা থোয়খ্রবনি, হায়বা খণ্ডন খণ্ডনা হায়নখিবা রাফম ঙাকপদি অমস্থং মীনা লাম্না ৎৎ নৈরক্লবস্থ—মত্থবু তুমিন্না থাংবদি— ধর্ম্মগী লংলবা খুদম্ন। যুধিষ্ঠির অতৈদৌনা অমুক শাউগৎলুবা তৌদনা—মানা লমজিংত্থনা বনগী যাত্রা তৌখ্রে—লম্বীগী চাকনিবগুম।।

বনদা উ-রা- হৈরাং-লৈরাং পাম্বী কয়া হৌরিবগে তাকপ লুই। পঞ্চপাণ্ডবনা বনদা হংবা পাউতাকশিং অমস্থং থেংনখিবা অরা-মুংঙাই ফিভম'শং শাংথাবা লুই ধর্ম্মগী অর্থ য়াম্বগুম ধর্ম্ম চেনবা মীগী থবক্কী লমস্থ য়াম্না পাকই। অর্জ্জুননা স্বর্গদা মহৈ তমখ্রভৈদা—দ্রৌপদীনা হায়জবা মতুং ইন্না ভীমনা কুবের পুত্রিদগী থম্বাল চামনিপাল হেকপ চৎখ। মতম চানা হল্লক্ত্রবদা যুধিষ্ঠিরনা মাবু কোয়থি থিরুই। গন্ধমাদনদা চহি মরি লৈরিভৈদা ভীমনা নোংমা মৃগয়া চৎখি। চীংগী লোকচপ অমদা লৈরম্বা লিলজাও অমনা মাবু পুময়েৎ য়েৎশিল্লত্থনা কাবিরাম্ম। তাঙ্গাসিদা যুধিষ্ঠিরদা ফত্রবা খুদম কয়ামক্কম ফাওরক্তুনা ভীমবু থিরকই। লিল ওন্দুনা লৈরম্লিবা নহুষনা যুধিষ্ঠিরদা হায়থি—ঐগী ইচিন্দা তাররবা চিঙ্গাক অসিবু থাদোক্লরোই; নঙনা রাহং অনিগী পাউখুম পীবা ঙম্নবদি থাদোকপিগে। (১) ব্রাহ্মণ হায়বত্থ কদায়বু কৌবগে? (২) সংসারসিদা অমত্তা ঙাইবা থঙনিঙাই

ওইরিবা পোৎশক্রা করিনো ? বাহং অনিসিগী পাউখুম যুধিষ্ঠিরনা অম্বুম্না পীখি—"(১) সত্য লৈবা, দান তৌবা, ঙাকপিহৈবা লমচৎ ফজবা, হিংসা তৌদবা, লাইনীং কনবা অমম্বুং থৌজাল হৈবা —গুণশিংদি চে লবা মীবু ব্রাহ্মণ কৌই। (২) সংসারগী অরা মুংঙাইশিংনা মাবু শোকহনবা ঙমদবা, মাতৌবু ফংলবদি করিগুম্বা অরাবা অমত্তা মযংত্রবা অত্তুবু "পরব্রহ্ম" কৌই ; মাহাক অসি খঙ-নিঙাই ওইবা পুম্নমক্কী অথোয়বনি। মতিক চাবা পাউখুম ফংলবদা নহুষনা পেল্লদুনা ভীমবু থাদোকপিখি।

মুমিদাং খুদিংগী অতিয়াদা উরিবা মশীং লাকঙমত্রবা থরানমিচাকশিংসি ঙসিদি লোইশ্রদবোই মনীংই—নোনা হয়েং অমুক মরাকই। পাণ্ডবগী বনগী থোদোকশিংসু লোয়বা নাইদে, হয়েং অমুক মরাকই। মথোয়গী চহি তরানিথোইগী রারবা মিয়াদ লোয়খিগদোরে চোকশিনহৌদবা য়াদে মতাংগুম দুর্য্যোধন নেংমা মরুপ মপাং খোঙমী লাম্নীগা লোয়ননা পাণ্ডবনা লৈরিবা বন'দুগী মনাক্তা মথোয়গী যণশিং য়েংবা অমম্বুং যণাও দাগ থাবা লাকখি। মফম অদুদা হরাও মথোই কাক্লবদা হেনমনথিন্না দুর্য্যোধন গন্ধর্ব্বরাজ চিত্রসেনগী মখুত্তা তাখি। জ্ঞাতি অমম্বুং জাতিবু অরাফমদগী কনবসি মীওইবগী তঙাইফত্রবা ধর্ম্মন। ঐবু ফনা তাথিনা তৌখ্রবসু—ইজাতিগী মীওইনা অরাফম তাহুনা মীজাতিগী মখা পোনদুরবাদ—মাতগী নত্তে, ঐতগী নত্তে শম্না হায়রবদা হৌজিক তিংমিন্নরিবা মীওইতগী নত্তে—হৌখিবা ইপা ইপু অমম্বুং তুংদা হৌরক্কদৌরিবা মীরোল'পুম্বগী ধর্ম্ম মাঙহনবা—মিংচৎ থিহনবা থোকই। মথোয়না ফনা লানথহুনমকপু গন্ধর্ব্বরাজ চিত্রসেনগী মখুত্তগী দুর্য্যোধনহোয়বু—মনাওশিং থাদনা কনহল্লুরে। "ইবুঙঙো, নতিক-নপা চাদবা থবক অসি থক তৌরুগন্নু," হায়রগা হস্তিনা পুরদা হলহনখি। দুর্য্যোধননা পাণ্ডবকী ফিভম খংলগা—চোকশিনহৌনবা খুদোংতনক লৌখি। তৌরিবা উপকারদুগী তৌবিমল থরা উৎপা হৌনৈ হায়বদি শুকখন থনখিদে। কাম্যক বনদগী দ্রৌপদী দুরুৎগী মরালনা জয়দ্রথদু মকোক তাত্তক তাক্তক কোকথোকপিরগা মীনাই ওইনগনি হায়দুনা—ভীম-অর্জ্জুননা ফাদুনা পোরক্লে। মাগী তোল্লবা মতৌদু উরগা—মচনম্নুপী দুঃশলা অমদি গান্ধারীগীসু থন্দুনা জয়দ্রথবু থোজাফবিখি, যুধিষ্ঠিরনা থাদোকপিখি।

ইকাইবনা নত্রগা য়াদবা মতাংনবু ওইরবসু—পোকপদগী উম্নখিত্রবা মচাবু মপানা কমদৌরিদগে, কদায় য়ৌররিদগে হায়বা অমুক্তুং খঙনীংবসি হৌনশানি। লাপ্পা লোৎলিবা "ধর্ম্মনা"—মচানা হুন্দক বন চৎলকপাসিদা মাগী মরৌশিং অমম্বুং অখাং-কনবগী থোনা চাং য়েংনবা হোৎনরি। নোংমা ব্রাহ্মণ অমগী মৈ লৌনবা উতেক অনিথক উথক্তা য়ান্দুনা থমজবদগী শজি অমনা মচিনা চেন্দুনা পুরিখ্রে। পাণ্ডবত্তা থিবিয়ু, রাকৎলরে। কাংবুদুদি অদুগুম্বা থোঙফমদা মিকুপ অমত্তা পম্বিবা মীত্তা নত্তে। শজিদুসু অচম্বা—মথোয়না হাৎপা য়াবা নত্তে। শজি ফংদবগী রারিঙৈদা অরাম থোরাংবনা ঈনোংলে। নকুলনা তেম্দোং পুদুনা ঈশিং শোকপা চৎখিবদা শজি শায়োন থাদোক্তুনা "যক্ষ" ওইনা ডাইরম্নিরা—"ধর্ম্মনা"—"ঐগী রাহং থরগী পাউখুম্ন পীখো ঙমত্রবদি ঈশিং থক্নু," হায়রকই। ইনথৎলকপা খুৎসু-খুদলাইদা হৈশিংবা অমম্বুং অরাম-থোরাং-মৈচাক ময়ামসিগী প্রতাপনা নকুলনা থঙইদনা ঈশিং থকে থোয়াংখি থকপা ঙমদনা খুদক্তুমক্তদা লৈমাইথক্তা রাম্বদুনা তুমখি।

নকুলনা মহল্লক্ত বদা সহদেববু মানা মলাক্তবদা অর্জ্জুনবু, মানস্থু করিস্থ পাণ্ডি পীরব্রবদা ভীমবু থাখি। কনামত্তনা করিস্থু মহায়রব্রবদা যুধিষ্ঠির মশামক্লা খিরকই। মনাও মরিনা পুখ্রী মপান্দা রাম্ভহনা তুরিবতু উরগা—কনাগুম্বা অমনা অরোনবা মীহাৎনা মখোয়সিবু হাত্তোকপরম্মে হায়না চিংনখি। মশাগী অরাম খোরাংবতু হান্না কোকহল্লগা চিংনবা কোক্কে নীংতুনা—ঈশিং থক্কে তৌরকপমক্তদা—"যক্ষনা"—ঐগী রাহং থরগী পাউথুম পীখো, মতু ততব্রবদি ঈশিং থরমু," হায়না থামখি। শরু অমদি লৌশিং অনিমক্তা অহল ওইরক্লবা যুধিষ্ঠিরনা—ধর্ম্ম চেনবা মীগী হৌনশা—ত্তপথবা, অথাং কনবনা মাবু থান্নতুনা—"যক্ষ, নঙগী নথা পোল্লিবা পোৎসি ঐ লৌনীংদে, পাউথুম্বা ওম্লগা ঈশিং অসি থকে, নহাক্কী হংগদব'পূম্বা হংলো; অস্থুম মথরাই চাওন হায়খি যুধিষ্ঠিরনা যক্ষগী লুর-লুরবা রাহং কয়ামরুমগী মতিক চাবা পাউথুমশিং পীখি। মতুদা পেল্লতুনা—নঙনা হিংহল্লীংবা ননাও অমগী মিং হায়যু, হায়বিখি। যুধিষ্ঠিরনা নকুলবু হিংহনবিয়ু" হায়ক্কখি; যক্ষনা চিংনরিবতু খঙলতুনা মানা অস্থুম্না মথাতানা হায়খি—"ঐনা ধর্ম্ম কায়না চংলবদি ধর্ম্মতু-মক্লা ঐবু মাঙহল্লবা শোয়ব্রবনি। ইমা অনিবু ঐনা চপ মান্ননা ঙুংঙাংহন্নীংই. ঐখোয়গীদি ঐগাক মহিংলি তৌইগুম্বসুং ইমা মাদ্রীগীদি মচা অনিগী মরক্তা অমত্তং হিংব্রবদি মাগী আত্মনা থক শান্তি ফংবা ওম্মরোই; মরম অসিনা নকুল সহদেব অনিগী মরক্তা অমত্তং তত্তাইফদনা হিংহনবিয়ু।" মাগী পুকচেল ফজবা মতৌত্তুদা পেল্লতুনা "যক্ষনা" যুধিষ্ঠিরগী মনাও মরিমক হিংহনবিখি নখোয় ত্তরাহুমদোই ম্ববা চাহিসিদি বিরাট নগরদা লৈরু, নখোয়বু কনামত্তনা থঙবা ঙম্মোই; অসি হায়তুনা বর পীরম্মগা—মাহাক ধর্ম্মগী শায়োন্নি হায়বা থঙকল্লম্মগা মাঙখ্রে।

মশাগী ওইজবা থীবদা হেনমনখিতুনা অতোপ্পা কনা অমত্তগী অমাঙ-অতোঙ য়েঙ্গুব্রবা, মাগী ওইজবা থিবগী মমাংদা সংসারগী করিগুম্বা ক্তিরম অমত্তবু পৌশারুব্রবা মীশক অতুবু স্বার্থীনি হায়রনৈ। চাং-য়েং অসোমদা য়েংলবদি যুধিষ্ঠির স্বার্থ থাদোকনীংলিবশিংগী গুরুনি স্বর্ণী কাংবুগী খোরদোক্লা ইকাইনফমনি। মাগী মগুণ আসনা হন্দক্কী মহাভারতকী লালফম অসিদা—পাম্বৈস্থু ফংলবা খুৎ-সু খুৎলাইদস্থু নিংখিনা হৈরবা নিংথৌ মচানা—মপাগী স্বত্ত মীনা মুন্দুনা দখল তৌখ্রবদা—মাহাক্লা অা—তুং ফাওবা মুমিৎনা থানা থোক্লিবমথৈ লৈহৌরগদবা য়েক্লবা কাংবুগী বদনামতু লৈহৌদনবা খুজিম তৌবিখি। মচিন মনাও মঙাগী লৈফম খুঙ্গং মঙাদং পীরবদি মতুদা শান্তি ওইনা অতুম লৈজগে; অতু ওইরবদি সন্ধি তৌনাস হায়না শ্রীকৃষ্ণবু চৎহল্লে। দুর্য্যোধনহোয়গী অত্যাচারবু থল্লরবদি করিস্থু অমুক কোয়থোক্লদনা মাগী ফংলিবা মীচংশিংগা হেক্তা লান্দাবমক য়ারবনি; অতুবু অস্থুক য়াম্লবা অত্যাচারনা মাগী অথাং কনববু ফুদোংলি। মাগী অসিগুম্বা অথাং কনবা গুণ অসিবু—পাংদবনি হায়না নীংহনা ভীম অমসুং দ্রৌপদীনা য়াক্ল য়াক্লবা রাহৈ কয়ানা বনদা লৈরিঙৈদগী হৌনা থোগৎলক্লবনি। পোকপা নত্রগা ফোংদোকপা নায়রিবা জীব পুম্নমক শিবা শোয়দ্রি। মপুগী থুৎশেম লেপদ্রি। অকবা মীওইগী লৈফম ওইবগুম—মালেমসি ফত্তবা মীশক্কী সু লৈফম ওইরি। মমাদগী হেনবা গুরু লৈদ্রি। মমামক্লা হায়বা ইন্দ্রবা মীতুগী তাকপিনবা মওই লৈদ্রি। মমামক্সু—"নমায় পাকচরকউ" হায়নীংদ্রতুনা—"নমায় পাক্লীংলবদি ধর্ম্ম কায়গনু" হায়বদগী

হেনখিজবদা—মমাম্না পাল্লকদবা মীশক লৈত্রি। দুর্য্যোধননা উচি কল্লক্লুন'—ময়ুম মৈ থাদোক-দোরিবা মশামক্তা ফত্ত কত্রবা মীশকশিংগী খুদম মপুং ফাহল্লবা শীল্লিবা কুরুক্ষেত্রগী লালফমচু—মখোয়না হৌরক্লবনিনা মতুং ইক্রবদি য়াত্রে হায়বগী মতা ওইনা 'ধর্ম্ম লৈবা মীওনা জয় ওই.' হায়বা মমাগী আশীর্ব্বাদ ফিগাও শানা ওকচরদুনা যুধিষ্ঠির ক্ষেত্রি মচাগী থোদাং পাংথোকপা থোক্লক্লে—শাগৈ মাঙনবগী খণ্ড প্রলয়-ক্ষেত্রদুদা।

লালফম অদুদা ভীষ্ম, দ্রোর্ণাচার্য্য অমস্তুং শল্য মখোয়সিবু পাক মাইথিবা পীবিনবা লৈত্রে হায়না লৌবা তাবনি। অদুবু মুংঙাইরিবদি—মখোয়সিবু জয় তৌবা ঙম্বা মেঙসবা খুৎলাইদি—যুধিষ্ঠিরনা খঙই; মানা শিজিন্নগদোরিবা খুৎলাইসিদি তেংবানবা মপুগী থাউমৈ মৈরীনা ঙাল্লিবা মথৈ কায়হৌরগদবনি। অসিদম্ম নত্তনা—"যথা ধর্ম্ম তথা জয়" হায়বা মহাভারতনা পামজরিবা হিরম অসিগী যুধিষ্ঠিরনা অচেৎপা কিভহনি। মসিমক্তম্ম মাগী শিষ্টাচার উৎপসি থোইদোক্লা চুনহল্লি। কৌরব পাণ্ডবকী লাম্মীনা কুরুক্ষেত্রদা চোল্লা তিল্লে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী লাম্বা কননো হায়না খিনরক্লে। তাঙ্গাসিদা যুধিষ্ঠির খুৎলাই থাদোক্লদুনা অহানবদা—ভীষ্মগী মমাংদা চংশিল্লগা মখুৎ অনিদু মখোঙ অনিনা নেৎশিল্লগা য়াম্না নোলুক্লা—"পিতামহ, ইবুধোগা লাম্বা পাজবা তারি. মসিগী য়াথং পীবিয়ু, আশীর্ব্বাদ পীবিয়ু হায়জরুই। মত্তোদু উরগা ভীষ্মনা পেল্লহনা—নঙনা অশুম্না হাম্না চংলক্লমত্রবদি মায়থিম্নো হায়না শাপ তৌগে নীংলম্নবনি, অদুবু হৌজিক্তি ঐহাক পেল্লে নহাক নমায় পাকচরো। ঐদি কৌরবকী অরৈবা মীনাই ওইরে, অদুনা মখোয়গী মীচং মওইবা—তারবনি; নপুক্লিং মুংঙাইতবা তৌগম্ম। ঐগী শিগদবা মতম থরা ৱাৎলি; মতুংদা অমুক লাকউ, হায়বিরকই। মত্তো অশুম্না গুরুজনশিংদু অমম্ম ওইনা খুরুম্মুবদা ভীষ্মগুম্না ওম্নমক্লা আশীর্ব্বাদ পাবিরকই। দ্রোর্ণাচার্য্যনা হায়বিরকই—"ঐদি ইশানা পামজত্রবা করিগুম্বা পাউ অমা তাহল্লবত্তদা শিগনি।" অকোনবদা শল্যগী মমাঙদা চংশিল্লগা খুরুম্মুবদা মাহাক্তম্ম থোয়দোক্লা কায়নিংঙাই ওইরবা ৱাহৈশিংনা পুক্লিং থোগৎশিরকই—"ঐনা কর্ণগী সারথি ওইরগা কৌরবকী মাঙননবত্তা তৌগনি হায়বা—লাল অসিগী থোৱাং তৌরকপদা হায়থিবা ৱাশক্লু—অমুক নৌনা নীংশিংবরকই, ৱাবিহৌই। হৌজিক যুধিষ্ঠির লাল ওম্নবগী থোঙকাপ অমদি থাংজিল্লে। মখোয়গী লাম্বা লৈত্রবা সেনাপতিশিংদুগী খ্বাইদগী মরু ওইরবা—পুক্লিংমথৈ লোয়না জয় তৌরে। চুম্নগী মচাক চারুবগী মীচংঙা ওইনা উয়োং খিনবগুম লেপহৌরে। খুভম অসিদা ধর্ম্ম অমম্তুং লমচৎ কায়ত্রবা পাণ্ডবনা মায় পাক্তনিঙাই করি লৈ।

কৌরবনা তাম্নরিবা 'জয়'শি—বিরাট নগরদা—মাগী মথিং ওইনখিবদুগী অহানবা 'জয়'দুনি হায়রবস্তু য়াই। দুর্য্যোধননা য়াম্না মপামজরিবসি যুধিষ্ঠিরবু চংনা ফাবনি। ভীষ্মনচিংবা মহারথী-শিংদা মচিম্না থোক্লা হায়জরুরবনি; অদুবু অরাবদি জয় পুরক্লবগী মরুওইবা পার্থৈদি মীওইবগী থম্মোয়বু, জয় তৌবনি হায়বা মাদি হৌজিক কাওবদা থঙাত্রি নীংশিংত্রি। কনাগুম্বনা মদু তাকলু-রবস্তু—মদু মানা মনাদা ৎক হাপ্তে। লালহৌবদগী তরানি চনবগী মুংথিল কাওবদা ভীষ্মনা পাণ্ডব লাম্মী মশীং থংদবমথৈ যমালয় য়োকহনখি, মাগী থোদোদু থাংবা ওম্নক্লুদুনা—'সারথীদা ওইনা

নখোয়গী তেংবাংগনি' হায়খিবা কৃষ্ণমক্তা সুদর্শন চক্রনা মাবু লাকশিনবা তৌখি। মাদি মহুবু হরাওনা য়াখি। অর্জুননা কৃষ্ণবু থামজিনখি। যুধিষ্ঠির নীংবা কাইরহনা কবচ অমস্তুং খুৎলাই অরম্ভা য়াওদনা হুমিদাং মবুখৌ ভীষ্মনা লৈরিবা লালশং অহুদা চংখি অমস্তুং ইবুধৌগী আক্রমণ অসি থাংলগা কৌরবপু করম তৌনা জয় তৌগদগে হায়না নোলুক্না হংজখি। ভীষ্মনা হুপীদা খুৎলাই থাদ্ধা হৌনদে, ঐনা শিখণ্ডীবু হৌজিক ফাওবা হুপী ওইনা উরি, মরম অদুনা মাগী মতেং লৌরবদি নখোয়না ঐবু ইরাঙ্গ লাঙ্গনা জয় তৌবা ঙমগনি, হায়রিখি। অপোকপা পম্বোদগী শিনীংবা মতমদা শিনবা বর ফংহোরবা মানা শীনবিরকপ খুজিল মতুং ইন্না—অমহিকস্তুং যুধিষ্ঠিরনা শাংজৌননা—পুক্রিং জয় তৌহোরবনিনা অর্জুননা শিখণ্ডীগী মরুম থুম্নগা ভীষ্মবু জয় তৌবা ঙমজখি।

মীওইব্বনা মপুক্রিংনা চপ মুংনা তৌখিবা থৎকী মহয় মাঙবা লৈতে। যুধিষ্ঠির লাল অসি অরোয়বা পূর্ণাহুতি ফাওবদা অচুম্বতা পাম্বৈনগে নীংলহনি অহুবু শ্রীকৃষ্ণনচিংবা মমুং চনবা মরুপশিংগী খুজিন্দগী—"অশ্বথামা হতঃ, ভাইহাকলক তৌরগা শোম্বাংননা—ইতি কুঞ্জরঃ, মালবরাজ ইন্দ্রবর্ম্মগী শামু শিখিবহু মচাদুপা লৈখিজে হায়না নীংকয়বা দ্রোণাচার্য্যদা হায়খি। শিগদৌরিবা মশামক্না ফনা পুকচেল তিংনা আশীর্ব্বাদ ওইনা পীরম্ভনমকপু—যুধিষ্ঠিরনা চপমুংনা নীংজরিবদি—"অসত্য ভাষণ" অহুনি। মরম অসিমক্না পৃথিবীদগী খুদোল মরি মাংনা পায়রম্বা রথ লৈমাই শোকখি।

ধর্ম্মগী মপুং ফানা কিদমনকম ওইরবা মীশীদি উপাম্বীগুম্না অথাং ফল্লু, মাবু কয়ারক ঙৎ-নৈররবস্তু তমখিরবা মীশকশিংহদা থুম্নবা উটইতা পীথো হায়বনি। মীচং অমস্তুং ধর্ম্মদা ফনা মপাঙ্গল কহনস্তু পাঙ্গল্লবা কৌরবপু তুনবা হোৎনবদা পাণ্ডব তেঙ্গোল কয়া তুম্রে অহুগা কৌরবকী অকনবা অশোনবা, ময়ায় ওইবা পুম্নমকী ঈনা লালকমহুদা অসিনা মাগী ঈনি খণ্ডক্রমদবমথৈ লৌখোং ওইনা চেনমিয়রে। লালহু হৌদ্রিশৈপগীনা ময়ায় চনশিল্লরুবমক্তদস্তু মাগী চান্নজরবা মরুপ কয়ানা নাপচিন্না—"সন্ধি তৌনরো, হায়রবদা মাগী লেপখিবা খুত্তম অমদগী হোংদোকপা মরৈত্রবা—দুর্যোধন যুধিষ্ঠিরগী মিৎয়েংদা খাগত্তনিক্কাই করি লৈ। পুম্নমক লোয়শিল্লরুবদা উপায় অমা উত্রহনা দুর্যোধন পুখ্রী অমগী ঈ-রোনমুংদা চোংথহনা লোৎলে। কায়নথংদা থেনরুহনা—যুধিষ্ঠিরনা "দুর্য্যোধন, ঐখোয়গী মরক্তা নঙনা পাম্বা লাম্বা অমগ—নখেয় অনিতা খোজুনা লাল থেংনৌ; মহুদা নঙনা ঙমজরবদি—রাজ্য'পুম্বা নঙগী ওইজরো, অম্বুম্না" য়েতুম মতেংদা পকপা লৈবাক লৈরিক অমা ফাওবা পাণ্ডনতা পীখোক্নীংত্রবহুদা হায়রে। অহুমরুস্তু য়াগ্রহন কৃষ্ণ-অর্জুননা শাম্নবা নীতিগী মতেংনা—ভীমগী মথুত্তা দুর্য্যোধনগী পুন্সি লোয়খি।

তরানিপালনি চুম্না শোরুবা লাল অমস্তুং অবাবগী ঙমথৈ লোয়রে। গুরুজনাশং, মরুপ মপাং, শাগৈগী মীশিং, লাল পাংলবিবা নিংথৌশিং মন্নামসিদগীস্তু হেন্দোক্তুনা মথোয়না ফংলকইবা রাজ্যহুগী অকহৌনবা—মচা অমা কাওবা লেমহৌদনা লোয়না হুম্না শিত্রে। থা অমরোম ময়ামহুগী অরাবা কোংদোক্তুনা যুধিষ্ঠির কুরুক্ষেত্রদা লৈরে। ব্যাস অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী খুজিন্দগী শরশয্যাদা অরোরবা মতম ভাইরিবা ভীষ্মদগী পাউতাক করা ফংজহৌই। যুধিষ্ঠিরনা মণাও ওইহনা চাংখোকউম্নিবা রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি সমাজ অমস্তুং পরিবারগী নীতিগী মশক ওইরবা যহোমসি শঙ্কাকলনা ঙসি

ফাওবা কাম্নবগুম্না কান্নরি। পাউতাক ময়ামসিগী পাত্র ওইরিবা যুধিষ্ঠির মতম অতুদম্ সু অংবররবা মীওইনি; মরমদি থায়নদগী হৌনা ভারতকী বিদ্যাশিংসি পাত্র চাদনা থক তম্বিরক্কে।

সংসারগী অপাম-মুংশিগী মপুং ফাবা নাইদ্রবা লাংদা চংজরক্নবগী মতমদি হৌজিক্তা মপুং ফানা ফংজিবসিনি হায়না নোংদামদনা কল্লিবা ধৃতরাষ্ট্র—গান্ধারী অনিবু নিংথিনা সেবা তৌগে হায়বগীদমক্তা যুধিষ্ঠির হস্তিনাপুরদা হল্লকই। অশ্বমেধ যজ্ঞনা মর্ত্যলোক অমসুং দেবলোকপু পেনহনখি। মপস অমসুং মক্ষান অনিবু মথুৎনা কংনা সুম্না-লুপা কয়া কয়া দান তৌহনখি। মশাগী ওইবা মীশিংগীতা নত্তনা—হান্না য়েক্ক্ররম্বা কাংবুমক্কীসু চংথোলনা শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম তৌখি। অশ্বমেধ যজ্ঞ লোয়রকপদা দক্ষিণা মচা মচাদগী চাওখৎলক্কুনা অরোয়্রবদা অর্জ্জুননা জয় তৌরক্লবা পৃথিবী'পুম্বা ব্যাসদেবদা দক্ষিণা ওইনা কৎথোকখি। মতুংগী থৌরম পরেংসু কায়দনবা "বীরভোগ্যা বসুন্ধরা" হায়বসিসু লান্দনবা—"নথোয় ক্ষত্রিয় বীরশিংনা মসিবু ভাককম থোকই" হায়রক্তুনা পৃথিবীবু যুধিষ্ঠিরদা অমুক শীন্নরম্মি। অসুক য়াম্না প্রতিকার তৌরবমক্তদসু ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির থম্না থক্কী লাইজগুম্না ভাইহাক্তা লৈত্তাদনা চহি কুম্থ্ৰা তরুক রাজ সিংহাসনদা ফম্মম্মি। অহানবা চহি তরামন্থানা ধৃতরাষ্ট্রগী পাউতাক লোত্তুনা অমসুং অকোনবা কুননাথোইন মশামক্কী মরোশিংনা কমদৌনা লৈবাক ভাকহৌগদগে, হায়বত্থ উহনখি-নবগী মতমদা রাজ্যভার'পুম্বা নিংথিনা পুন্নম্মি। যুধিষ্ঠির—লাল থোক্তনবা থুজিল তৌবা অতুদগীসু থরা হেন্ন রাজসিংহাসন ফংবসিনা মাথু ব্রাহল্লি। কৈদৌনবু রাদনি! মাহাক্তি রাজাভোগকী ময়ায়গী ঈয়ায়বা ঈরাক্তনা অরানবা সুংভাইবা, অচুম্বা অরাবা কোঙ্গাই থেংননীংবা নিংথৌ নত্তে। অসি য়ৌরবা ফাওবদা মাগী অরা মৈচাক্তু ইকোক মকোক্ত্ৰবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—মহারাজ, হিংলিঙৈনৈথ্ৰে মরী লৈনরম্মি, হায়বগীদমক্তা শিথ্রবা কাংবুদুগী অন্তক য়াম্না রারবদি মথোয়ত্থ স্বর্গলোক্তা শান্তি শুকফং ফংলরোই মহারাজনা মথোয়বু সুংশিবিবা ঁসিমক্তা—মথোয়বু ফাজিন্নবা—বন্ধন অমা ওইরবনি। মসিগী মথাতানা "কামগীতা" তাকপিখি।

যুধিষ্ঠির অমসুং মনাওশিংদা পোকপদগী লোয়মজররক্লবা মগুণ—ধর্ম্ম চেনব, মপুকচেল তিংবা অমসুং সত্যবাদী ওইবনচিংবনা মথোয়গী মচা দুর্য্যোধন অমসুং মনাওশিংদা পোকপদগী লোয়ন-জররক্লবা মগুণ—অধর্ম্ম চেনবা মপুকচেল তিংদব', অসত্যবাদী ওইবনচিংবদগী শরুক চামা হেন্না—গান্ধারী ধৃতরাষ্ট্র'নিবু পেনহনবা ঙমখি। মমা কুন্তী, গান্ধারী অমসুং ধৃতরাষ্ট্রনা বনদা লাইনীংবগী পুজি লেল্লরগে হায়রকপদা যুধিষ্ঠিরনা মথোত্ত পায়হুনা থামখি। থাম্বদা মম্নাত্রবদা ব্যাস—শ্রীকৃষ্ণনসু পাংশিল্লরবদা মহাক্না মনাওশিং অমদি মনাওমুপীশিংগা লোয়মনা মথোত্ত ইহাং হাংনা গুরুজনশিংবু থিন্দোকউই।

পুরোহিত ধৌম্য অমসুং যুযুৎসুদা কোমুং শিন্নরম্নগা যুধিষ্ঠির মনাও-মনাওমুপীশিংগা লোয়ননা আশ্রমদা চৎলুই। মতম অতুদা বিদুর মুংশিং নত্তনা কম্নিগুম্বা ভৌতিক পদার্থ অমত্তা চাদনা মকোক্তা জটা, মচিন্দা চৈত্তেক চিক্লহুনা দিগম্বর ওইনা লাইমীলম্মি। যুধিষ্ঠিরনা কোয়খি থিরকপদা উপাল অমদা ভাররহুনা বিদুরনা মাবু মিংকুপ্তুনা য়েংলম্মি'প তাঙ্গালিদা মিত্তা মিংনা, হকচাংদা

হকচাং মিরেলদা মিরেল অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংদা ইন্দ্রিয়শিংনা—মস্তৌ অস্তুম্না বিত্তুরগী লৈবখিবিক পুম্নমক যোগ শক্তিনা যুধিষ্ঠিরদা তিনশিনখি। লেমহৌরিবা হকচাংতু অগ্নি সংস্কার তৌগে থৌরাংলকপদা—"মাহাক্তি যতি ধর্ম্মগী পাম্বৈনা সান্তানিক লোক ফংগ্রবনি, অদুনা হকচাং পোলাংতু মকমন্তদা অদুম লৈরশনু" হায়বা আকাশবাণী ভাখি। বিত্তুর মাণ্ডব্য মুনিগী শাপতগী ধর্ম্মনা শায়োন্দুনা পোকপনি অমস্তুং যুধিষ্ঠিরস্তু মাগুম্বনি হায়বা ব্যাস-উপদেশ নীংশিংনখি।

থাউমৈ থাঙ্গৎনবা মুৎনবা মতম লৈ। ভাল্লবা থাউমৈ অমা থাঙ্গৎলকপদদি—মাবু কনানা কমদৌনা চুথৎখিবনো হায়বা খঙনহৈত্রবস্তু—মানা মুথরকপদদি খঙহৈদবা কনাব য়াওবগে? যুধিষ্ঠিরনা মশুন্নুপা পরীক্ষিৎপু হস্তিনাপুরগী নিংথৌ, যুযুৎসুবু মন্ত্রী, কৃপাচার্য্যবু শিক্ষাগুরু, যাদব শাগেগী অমত্তা ভাইহৌরবা কৃষ্ণগী মশুন্নুপা বজ্রবু ইন্দ্রপ্রস্থগী নিংথৌ অমস্তুং দুঃশলাগী মচান্নুপাবু সিন্ধুরাজ্যগী রাজা হাপলম্নগা—মাহাক সংসারাসিদগী বিদায় লৌরগে হায়না প্রজাশিংদা প্রার্থনা তৌজখি। লাইনীংবগী ফিজোল্লবী দ্রৌপদী—অমস্তুং মনাও মরিগা লোয়ননা মাহাক "স্বর্গদ্বার হিমালয়দা কাখি।" ধর্ম্মনা মাগী অরোয়বা শাক্ষীগীদমক "হুই-শায়োন্দুনা ইল্লখি। দ্রৌপদী অমস্তুং মনাও মরিনা চৌংথাংদা ভুহৌরবদা ইন্দ্রনা দিব্য-রথ পুদুনা যুধিষ্ঠিরবু লৌবা লাকখি। "দ্রৌপদী অমস্তুং মনাও মরিদি মখোয়গী ভৌতিক শরীরশিংদুনা স্বর্গ ফংবা য়াদদুনা সূক্ষ্ম শরীরনা—নঙোন্দগী হান্না স্বর্গ ফংগ্রবনি. নঙদি ভৌতিক শরীরসিমক্ত স্বর্গ য়ৌরগা মখোয়গ. উদ্রো নঙগী হুই অসি থাদোক্লম্মো মসিগা লোয়ননা স্বর্গ কাবদি য়ারোই মরমদি মানা য়েংবতনা যজ্ঞ দান-নচিংবা পুণ্য কর্ম্মশিংগী ফল লোয়না মাঙই। অস্তুক য়াম্বা রাজ-ভোগনচিংবদি ইন্নাঙ্গ লাঙ্গনা থাদোক্লম্নগা কবিস্তু লৈতবা হুই অসিবুদি থক থাদোকপা ভমজ্রিবদি করিনো। মসিবু থাদোক্লম্নগা ঐগী রথ অসিদা তোংলরো স্বর্গ তান্না থিন্দনা পুরগে। অস্তুম্না ইন্দ্রনা হায়রৈ। যুধিষ্ঠিরনা নোলুক্লা থুমখি—" ঐনা হুইসিবু হিংন হিংনা অস্তুম থাদোকপা ভমজরোই। শিখিবা কাংবুহুদি হিংহনবা য়াদবদগী কায়নগ্রবনি। কিহনা চংজরক্লবা মীবু কিহনবা, মুপী হাৎপা, বামোন মরল হুবা অমস্তুং মরুপ হাৎপা—মরিসিগী অপুনবা পাপকা ঐবু থাজ-নীংজদুনা চংজরকইবা জীববু মরম চাদনা থাদোকখিবগী পাপকা মান্নে।

রাজ্য-ভোগ থাদোরকপদগী হৌনা মাগী মমিগুম্না হুইগী মশক লৌদুনা ইম্নরক্লবা "ধর্ম্ম"না —মচানা গুরুকুলগী স্নাতকলক্তা মকোক থোংনা পরীক্ষা—মাই পাক্লকপগুম্না দুংঙাইজখি। মথা তানা পুক্নিং থোগৎপিখি—" নহাক অরাংবা শাগৈদা পোকপনি অমস্তুং নপাগী স্বভাবস্তু কায়দনা ইল্লি, নহাক্কী নরৌশিং অমদি থৌজাল অসি য়াম্না মপুং ফারে। মর্ত্যলোক্তা নঙনা ভোগদবা নথৌ অপূম্বা লোয়রে, হৌজিক্তি নঙগী ভৌতিক শরীরসিমক্তা স্বর্গ য়ৌনা চংলো।" ধর্ম্ম ইন্দ্র অমস্তুং অতৈ দেবতাশিংনা ইন্দ্রগী রথদা তোংহল্লগা যুধিষ্ঠিরবু স্বর্গদা পুবিখি।

যুধিষ্ঠিরগী ধর্ম্মগী চাংয়েং লোয়ত্রি। অরুবা পরীক্ষা থাবদি ভরাইনা লিথোকপা য়াবা নত্তে। স্নানা মৈরক চংই, মুংথং চৈজাদৈ অসিমক্তদস্তু ভক্তদুনা হৈ·মহীদা অমুক ঊরাক্নে। অদুক্তদা

ভাবোক্না পেল্লি। অচাল অরাঈ মীচং সঙ্গম নাইবগী মর্ত্ত্যলোকতু থাদোক্লম্নবদি—স্বর্গবু য়ৌরবদি মীওইবা শান্তি ফংবা চৌনশানি অস্থম্না থাজজরম্বা যুধিষ্ঠির করিনো, মাগী মমিত্তা উরিবসিদে। মর্ত্ত্যলোকতা অরানবা থবক কয়া তৌরমহুনমকপু মাগী লেপকদবা ফিরেপ অমদা চপচানা লেপ্পুনা লালদা মায় ওন্দনা শিংখ হায়বগীদমক—দুর্য্যোধননা লাইয়ামগী মরক্তা ইকাই খুম্নবগা লোয়নননা আসন ফজুন লৈরম্বহু উরগা যুধিষ্ঠির শাওনীংলাম্মি। অরানবতনা মাগী ফিরেপ ওইথ্রবা লোভী ওইরবা দুর্য্যোধনমক্তা অসি য়ৌনা ফিভম ফরন্দা—ভীমনচিংবা মনাওশিং, মচাশিং, অমস্তুং অতৈ মীচং-মরুপশিং অহুদি হায়কম থওত্রবা অফ খুভমশিংদা লৈরম্নগনি হায়না মানা চেৎনা থাজরম্মি। মাগী ওইবা মীওইশিংহু উনীংবনা লাংতক্ররম্মি। মাগী পুণ্যগী পাম্বৈনা যুধিষ্ঠির চংনা স্বর্গ কাই ছায়বা মতাই, মীওইগী অচাল-অরাই অপাম পামদা নাইবগী রাখলশিং পুমকোক কোক্তি। মাগী পুকচেল থওবিরবা নারদনা মন্তোন্দা তাকপিখি—"স্বর্গদদি অমগা অমগা য়েংথিনবগী ভাব অমত্তা লৈন্দে য়েক্লবা অমস্তুং মরুপ অনিমক চপ মান্নবা থম্নগদবনি। ঐদি ইহৈ-হৈ, ধর্ম্ম চেল্লি হায়বনচিংবগী করিগুম্বা নাপল অমত্তা তৌরোইদবনি। নহাক্না মর্ত্ত্যলোকতা য়েংথিনরম্ব'পুম্বা কাও-থোক্কুনা হৌজাক্ত দুর্য্যধনগা তিন্নরগদবনি।"

ইন্দ্রগী য়াথ দগী দেবদূতনা মাবু তুকচ্চরবা নরক কী ওইবা দৃশ্য কয়া উহল্লি। তাপ্রাহুদা নমথিরবা মনম কয়াস্ত নমহল্লি। "ধর্ম্মরাজ. মফম অসিদা ভাইহাক্তা পনবিখো, নহাক্না ইনাক্তা লেপ্লবমক্তদা ঐথোয়গী অরাবা কোঙ্গাই কে কখ্রে; থোল্ল ও অসি ইখও খওহোদনা তাখি। লাও-রকইবা কাংবুহু অতৈ কনাস্ত নত্তে. মানা মহুগী আশা শুকতৌ তৌরমদবা কর্ণ, মনাও মরি, দ্রৌপদী. ধৃষ্টদ্যুম্ন অমস্তুং মখোয়গী মচাশিং ওইরম্মে। নরক কী দৃশ্য-শিনা যুধিষ্ঠিরবু পুমস্তুম সুন্দাংখ্রে। য়াম্না নীংবা কায়রে।

দেবদূতনা যুধিষ্ঠিরবু ইন্দ্রগী মনাক্তা পোরকই। মহাক—লাম্বা ফত্রবা রাখলগী তরওদা লাক্কুনা ইন্দ্রন'চংবা লাইয়ামগা উন্নখি। যুধিষ্ঠিরনা নীংবা কায়রিবা রারিবা মতৌহু উরগা ইন্দ্রনা শন্দোক্না তাকখি "মীওই'পুম্বগী পাপ পুণ্য'নিমক ই-রৈ লৈ। পুণ্যদগী পাপকী শরুক্না য়াম্না হেনবা মীবু অহানবদা স্বর্গদা লুংভাইহল্লগা অকোনবদা নরককী অরাবদা কুইনা লৈহল্লি পাপতগী পুণ্যগী শরুক্না য়াম্না হেনবা মীওইবুনা অহানবদা নরককা অরাবা থাহল্লগা কোম্না স্বর্গদা কুইনা লুংভাইহল্লি। দ্রোণাচার্য্যবু অরানবা পাও পীহুনা হাংথিহুগী মহম্নবা নভোন্দা মিথ্যা-নরক অমা উহল্লিবনি। নওনা মফমহুদা উখিবা মীশিংহু অওইবমক মতম চুম্না নরকতা লৈগদবা নত্তে। স্বর্গদা মখোয়গীস্তু মফম চানা লৈরবনি। হৌজক্তি নহাকী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত'পুম্বা লোয়রে; মরোল অহুম্মকপু মুক্তি পীবা ওাম্নবী—আকাশ—গঙ্গাসিদা স্নান তৌরো, নহাক নশামক্তা নশাবু মীওইবগী রাখল শিংহুদগী কোক্লনবা হোৎনরো। লাইগী ওইবা পুকচেল চেম্নবা হোৎনরো।

ইন্দ্রগী চংখোল্লবা বিচার অমস্তুং করিগুম্বা কর্ম্ম'মত্তগী ফল থক মাওহন্দবহু উরগা—ধর্ম্মনা মাইকৈ অনিমকী ওইনা হরাওথি। যুধিষ্ঠিরদা হায়খি—"ইবুঙো, নহাকপু ঐনা অহুমলক হন্না পরীক্ষা তৌহুনা য়েংবদা ছিদ্র লৈতনা নিংথিনা লিংখোকপা ওয়ে। নহাক "ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির" মিংথোল ফবো মতিক চায়ে।

# অর্জ্জুন

মীওইবগী পাঙ্গল অনি লৈ। হকচাংগী অমা অতুগা থবাই (আত্মা) গী অমা। অনিসিগী য়াম্না মরুওইরিবদি—আত্মাগী পাঙ্গল অসিনি। হকচাংগী পাঙ্গলনা চুম্না মাগী মতুং ইন্না তনি। মীওইবনা লুর লুরবা লুম্নবা থবক কয়া পাংথোকপা ঙম্নবসি আত্মাগী পাঙ্গলননি। মপালথোংগী পাঙ্গলদি হকচাংগী কিভম্না থক্তিকুং ওল্লকপদা মাগী কিরেপস্থ হোংই। মতম চুপ্পদা ফিরেপ ইহোং হোংলক্রবদি আত্মাগী পাঙ্গল অসিনি কনাগুম্বা মীওইদা হায়ক্রিবা পাঙ্গল অনিসি পুন্না লৈরবদি করি অমুক হায়গনি! স্ন তক্ষা খিনবগুম্বনি। মহাভারতকী অর্জ্জুন-হায়রিবা পাঙ্গল অনিসি পুন্না লৈবা—মপাঙ্গল মপুং ফারবা মীওইনি।

থুংগু থুংলাই ফনা নিংথিনা হৈহুনস্থ, মথৌনা ফনা লৈহনস্থ—মহারথীগনে মরমদং মফত্রক্রবদি মানা হৈরুরিবা মহৈশিংহু শিজিন্নবা তাঙ্গা মফত্রবদি—মাহাক্না লানফমদা থোরকপমক্তদা—য়েক্নবনা মাবু ইরাঙ্গ-লাঙ্গনা হাংথিগনি হ য়বদা করিস্থ চিংনফম লৈতে মহৈ-মশীং ফনা তৈহুনস্থ মপাঙ্গল ফনা মপুং ফাহুনস্থ মরমচং নাংক্রবা মীওই সদি মথক্তা হায়খ্রিবা মহারথী অসিগুম্বনি। ওক্রবা মহাক্না পুন্সি লানফমদা হেক থোরকপদা—মানা শেমজবা য়েক্নবা ময়ামহু ক্ল মাবু ইরাঙ্গ-লাঙ্গনা মাঙহনখিগনি হায়বদা করিস্থ চিংনফম লৈতে। লমচং ফজবা-লল-লৈনীংবা কাংবুগী অর্জ্জুন লমজিংনবা য়ারবা মীওইনি।

পাণ্ডুনা শিখিবদগী অতৈ পাণ্ডবকা লোয়ননা—ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা অর্জ্জুনগী হোফম কাকম ওইখি। কৌরব নহারোলগা লোয়ননা মাহাক কৃপাচার্য্য অমস্তুং দ্রোণাচার্য্যদগী ক্ষত্রিয় মচাশিংগা চুনরবা শিক্ষা-দীক্ষা ফয়ামক্সম ফংখিম্নখি।

অওইবমক হায়রবদি ছাত্রশিংবু চপ মাম্না মুংশিনবা ওজা লৈতে তৌইগুম্বস্তুং ছাত্রশিংগী হোংনবা কনবা, মহৈ মশীংদা থবাই য়াওবা অমদি গুরু ভক্তিতনা ওজাগী থম্মোইস্তুংদা থুপ্না লৈরিবা বাৎসল্যতুগী অথম্নবা শরুক কন্দুনা থম্বা ওম্মি। মাতনা মহয়স্থ য়ালহল্লি। মাগী ছাত্রশিংগী মরক্তা দ্রোণাচার্য্যনা অর্জ্জুনতবু থম্না হেন্না মুংশি; মরম অনিনা মানা অতুকী মতিক মহৈ মপুং ফানা হৌখখনি। নোংমা দ্রোণাচার্য্যনা স্নান তৌরিঙৈদা মখোঙদা কুম্ভীরনা লাকখি। মাগী থৌগল-তুং ইমরক্লবা ছাত্রশিংহু গুরুবু অম্নাকমদগী কনফম থোকই নীংন নীংনা চিংনবনা মরক থন্দুনা লৈনরে। পুকচেল তিংলবা অর্জ্জুনদি পম্বা হৈনদে গুরু কৃপাদগী থুনমক কুম্ভীর হাপ্তোক্লে। মথম্নাইমক কনখিত্রবা ছাত্রহুগী মফমদা থাকানতাই করি বিদ্যা লৈগনি? মাগী লৈবখিবিক পুম্নমক লোয়না হৈহনখি।

ওবীগদম: মপুং ফারক্লে নীংহুনা দ্রোণাচার্য্যনা মাগী ছাত্রশিংবু চাং য়েংবা হৌরক্লে। নোংমা দ্রোণাচার্য্যনা অশাবা লংজা অমা উথক্তা থম্নগা ছাত্রশিংহুদা প্রশ্ন থম্না পীখি—"নখোয় পুম্নমক উথকী উচেক অসি মুন্না য়েংউ অমস্তুং লীক্লং অহু তেংগা থোংলগা ভাইহুনা লৌয়ু, ঐনা মিং হেক হায়রকপহুনা উচেক অসিগী মকোক কক্কদবনি। রাহং অসিগী মতিক চাবা পাউথুম অর্জ্জুন নত্তনা কনাম্ভনা পীঙম্নখিদে। মাহাক্না হায়রি—"গুরুদেব, ঐহাক উচেক অসিগী গুপগী মকোক নত্তনা অতৈ করিমত্তা উজদে। দ্রোণাচার্য্যনা য়াথং পীরবদা মাহাক্না উচেক মকোক অহু ককখি।

মথং-মথং

ওজানা য়াম্না চান্নবা ছাত্রবু মাগা তম্মিন্নরিবশিংনা কল্লক-য়েংখিবগী মিৎয়েংনা য়েংই। অমবু ওইৰবস্থ অমবু ওইরবস্থ মৈবু ফিনা কুপতুনা থম্বা য়াদবগুম্না অখোইবা মীচুদা লৈখিবা মগুণশিংচু নোংমদি শোন্নদনা কোংদোরকই। দ্রোণাচার্য্যগী খুজিন্দগী মাগী ছাত্র'পুম্বা খুৎলাই চাংয়েংনখি। মচুদা অৰ্জ্জুননা মৈ, ঈশিং অমস্থং মুংশিংকী মখল মখা অয়াম্বা চমৎকারশিং উৎখি। কোয়রৈ লৈচুনা লৈরিবা য়োৎকী ওক অমগী মচিন্দা মতম অমত্তুদা তেৈঙ্কে মঙা কাপশিনখি। খোরিনা পুন্দুনা অহাং-বদা য়াল্লিবা যন মচি অমদা তেৈঙ্কে কুনমাখোই কাপশিল্লি। মহাভারতকী লালজাওগী খ্বাইমক্কগী মরুওইরিবা লালফম 'কর্ণার্জ্জুন যুদ্ধ"গী ইহান হানবা মরুদি "কর্ণদি সূত্ত পুত্রনি. মরম অচুনা মহাক্তি ক্ষত্রিয় পুত্রশিংগা লোয়ননা খুৎলাই চাং য়েংমিন্নবা য়াদে" হায়বসিদগী হৌনা চুনখি।

মতম চংনা শেমগৎচরক্লবা হৈকোন লৈকোলনা মপুং ফারক্লবদা মাঙ্গীনা ভমথৈ লৈত্তনা হরাওজৈ। হিদ্যাগী লৈকোলদা শেমগৎরেকপা নহারোলশিংচু মপুং ফারক্ললবদা দ্রোণাচার্য্যনা ভমথৈ লৈতনা হরাও জৈ। তশেংবমক্তি মসি এতনা অস্বকী মতিক মপুং ফাহনবা ওম্বা নত্তে, মসিগী মরু ওইবা কনাগুম্বা অম্না খভদ—উদনা লৈরিবনি; মাগা হাপ্পিরকপা লৌশিং পাহৈতনা মখোয়সিনা অসি য়োৱক্লিবনি, হায়বফওও দ্রোণ চার্য্যনা কাউখোকখ্রে। গুরুগী য়াথং মতুংইন্না দ্রুপদ নিংথৌবু ফারুদুনা গুরু দক্ষিণা কংখি অৰ্জ্জুননা লুচিংচুনা।

ফনা লুনা তৌহুনমকপু মীচাবু ইচামক্তি নীংভমত্রবা ধৃতৰাষ্ট্ৰনা যুধিষ্ঠিরবু যুবরাজ হাপচিন্নুরবা মতুংদা কল্লক মীহোগী থাৱবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌখি। মসিগী মহয় ওইনা মচিন মনাওশিংগা লোয়নননা অৰ্জ্জুনস্থ বারণাবতগী চা-শংদ। মৈশা লাংবা য়াওখি। খোঙফম অসিদগী হোনা পাণ্ডব অয়োনবা পুন্সিদা লেনবা হৌখি। ব্যাসদেবগী পাউতাক মতুংইন্না মখোয় অরাং ভারত পাংখিদুন "একচক্রা" নগরদা লাইনীংবগী পুন্সি ওইনা লৈখি। ব্রাহ্মণ-ফিজেত্তা লোন্না চংখিচুনা পাঞ্চাল দেশতা দ্রৌপদী ফংননবদা অহানবা পল ওইরিবা লক্ষ্যচু ককখি। দ্রৌপদী অমস্থং মাবু খনবন্দুনা লালহৌরক্লিবা নিংথৌশিংবু অৰ্জ্জুননা জয় তৌরকই। দ্রুপদ নিংথৌনস্থ মাতবু কুইনদগী মচা মুপীগীদমক লুমজরকপনি; করিগুম্বা মঙোন্দগী শোইখ্রবস্থ মাগুম্না হৈশিংলবা মপাঙ্গল ফৱবা বর অমা ফংননবা হায়চুনা ওথাক্লা লীল্লী চনবা ভমলরোইদবা অথন্নবা লীরুং অমা খোরাংভুবনি। মাগীনি হায়না শরুক তমখ্রবদা কনানা খুৎ থিংজিন্নুগনি। ব্যাসকী বিধান মতুংইন্না পাণ্ডব দ্রৌপদী লুহোংখি। লুহোংবদবু মীওইবগী মরাইবক য়াওদে হায়বা য়াগত্রা?

মঙাম্না মপুং ফানা খোরক্লবদা অমম্ব'পুম্বা লোয়না লোৎখি। হকচাংনা মপুং ফানা ফগৎলক্লবদা মঙোন্দা কুইনদগী চেন্নক্লবা লাইনা'পুম্বা লোইনা লোৎখি। মীওইবনা মহৈ মশীং মপুং ফারক্লবা অমদি মপান করক্লবদা মাগী য়েক্লব 'পুম্বা লোইনা লোৎখি, মখোয়চু মরুপ্তুম ওইরকই। পাণ্ডবপু অৱা ফমদা ইনশিনখিবা ধৃতরাষ্ট্রমক্তা অমুক কৌশিনবিচুনা নিংথিজরবা লম খাণ্ডবপ্রস্থ নত্রগা ইন্দ্রপ্রস্থগী মপু ওইরক্লচুনা মুংঙাইনা পানমিন্নয়ে।

নোংমা ব্রাহ্মণ অমনা মথৎ মাঙখ্রে, থিবিয়ু হায়না পঞ্চ পাণ্ডবতা রাকংলৈ। মতাং অসিদা অর্জ্জুনন খুংগাই লৌথোকউগদৌরিবা কা অহ দ্রৌপদীন যুধিষ্ঠিরগী সেবা তৌহনা লৈরি। চংঙুবা য়াদে। অর্জ্জুন তৌফম থঙব্রে, মুং অনিগী মরক্তা হা গুন্দুনা লৈরে। "ক্ষেত্রিয় ধর্ম্ম ভাকপগীদমক চহি তরানিথোই বনদা লৈরুবনা কৈ" —অসি লেপলদুনা অনিনা লৈরিবা কা অহুদগী খুংলাই লৌথোক্লগা রারবা ব্রাহ্মণ অহুগী মতেং পাংবিখি।

মখাদা যুধিষ্ঠিরদগী য়াথং লৌহুনা অর্জ্জুন বনদা চৎলকপদা গঙ্গাদ্বারদা কৌরব্যগী মচানুপী উলূপীগা উন্নখি। মানা হায়খি—"আর্য্যপুত্র, নহাক্কী ব্রহ্মচর্য্যগী নিয়মচুদি মুপনগী দ্রৌপদীগী মনাদতা লেমজবনি, মরম অদুনা নহাক্না ঐবু লুহোংহনা লৌবিয়ু। মসিদা নহাক্কা কায়রগদা ধর্ম্ম কায়বা অমত্ত থোক্রোই।" ঈচেল কল্লবা তুরেলগা লাইজ ঈপাক্তা তিন্নবগুম অর্জ্জুন উলূপী লুহোংখি। অর্জ্জুন উলূপীগী মনাক্তা মতম খরা লৈরমলগ অমুক খোঙপানখি।

মহেন্দ্র পর্ব্বত য়েংলগা সমুদ্র মপানলোমদা চত্তুনা অর্জ্জুন মণিপুর য়ৌখি। মণিপুর নিংথৌ চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাবু উবদা অর্জ্জুন মাহাক্কী প্রণয় ভিক্ষারী ওইখি। লেম্না হলহনখিবা য় থরোই নীংদুনা চিত্রাঙ্গদানা খুজিনতৌদুনা মপাদা মাগী অপাম্বহ হায়হনখি। চিত্রবাহনগী য়াথং মতুংইন্না চিত্রাঙ্গদা অর্জ্জুন লুহোংখি। চহি অহুম মণিপুরদা লৈরিবৈদা বভ্রুবাহন পোকখি। হায়নখিবা রাশক মতুংইন্না মচানুপাবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইনবা মকুবোক্তা পীরম্লগা চিত্রাঙ্গদাদগী রানা বিদায় লৌদুনা অর্জ্জুন অমুক খোঙপানখি।

দ্বারকারোমদা চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মতেংনা সুভদ্রাবু হুরগা অর্জ্জুন মাগা লুহোংখি। মকমচুদা মতম খরা লুভাইনা লৈরদুনা চহি তরানিথোই মপুং ফাহল্লগা অর্জ্জুন সুভদ্রাবু পুহনা ইন্দ্রপ্রস্থদা হল্লকই। মাবু কুইনা থাদোকলুরবগী তুংদা নুপী অমত্ত অমুক পুদুনা লাকপদু উরগা দ্রৌপদী য়াম্না মপুক্কিং সুংশাখি। মাবু থেমজিনবা ওইনা অর্জ্জুননা—"তৌরুরিবানি লাল্লবা থবক্তি, ননা ঐগী ইরানসি ভাকউ" হায়খি। অরাবা মৈরক চংঙম্বা অনবা চৈনা থাংঙম্বা মীদুগী মতিক মঙান চাওনা থোরকই। অর্জ্জুন অহলগী য়াথং হিক্তোক্তবগী মহয় ওইনা মাবু অমসুং মখোয়গী মরল মথুম'পুম্বা ময়াম্বনা লোয়না জ্বারদা থাদোকপিখি। অসিদগী হেন্দোকতুনা দ্রৌপদীবু "ঐখোয়গী মীনাইমুপী ওইনরগদবনি" হায়দুনা দুর্য্যোধনগী কাংবুনা মফি লাকতুনা চৌংখি, কা হেল্লবা থোদোক্ত উরবদসু অর্জ্জুন মশাগী আত্মিক বলনা অশাওববু খামজিল্লদুনা থাংখি। ধৃতরাষ্ট্রগী পুকচেল চাওবা অমসুং দ্রৌপদীগী চুপী ওইবগী থোংলবা থম্মোইনা পাণ্ডব হান্নগী থুভমদা অমুক হঞ্জিনবা ঙমখি।

ফত্তবা মীশক্না থোইদোক্না ফত্র ফত্রবা পাইবতা শীজিন্নৈ। অফবা থবক তৌগে থৌরাংলিবা মীওইদি লমথাংদা খুদি থিরগা করিগুম্বা পোথাবসু ময়াওই তৌইগুম্বসুং ফত্তবা মীনা নীংলকইবা তমথিরবা থবক্তি থক নীংহন্নবা লৈতে। ময়াম্ন য়েনা চাকশিল্লরুবা লম্মৈবু কনানা কনবা ঙম্বগে? দুর্য্যোধন মাগীদি লৌমি মুমক্ত শোক্লগদৌরিবনিনা তুমিন্না থক লৈথোকপা ঙমখিদে। চিরোলতনা চাওনবা হোৎনজরিবা কাংবুগা রাতান্নদুনা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবকা অনিগুবা জ্বারথেপ অমসু শান্নখি। হন্দক্কী পোস্থাদি পৃথিবী'পুম্বনি মাইথিবা কাংবুনা চহি তরানিথোই বনদা অহুগা তরাহুমদোইগুবনা

লোৎত্তুনা লৈরুগদবনি, মতুদা করিগুম্বা থেংনখ্রে। তরানিখোই অমস্থ অমুক বন চৎপা অসিনি। তমথিরবা খুত্তম অসিদা তাংন্নবগী দমক্তা হান্নবা শিন্দুনা লোইখ্রবনি, পাণ্ডবনা করিগী মাইখিরোইদগে ? অর্জ্জুন ময়াম্বগা লোয়ননা বন চৎপা য়াওখ্রে।

চীংদোন্দগী লেঙ্থরক্লিবা ঈচেলনা গাবু কনামত্তনা পলহনবা তমথ্রম্বুনা য়েনীং য়েনীংবা লম য়েখিবগুম পাণ্ডব অনৌ অনৌবা লম কয়া য়েথি। মপাঙ্গল মরোশিং মপু: ফাম্নক্লবদা লংফে চৎপদি ঈচেল মরা তপ্পা চেল্লিবা গঙ্গাদা অতোপ্পা ঈচেলশিংনা ঈনোং হাপকৎপগুমথি। সরস্বতী তীথ মপাল কাম্যক বনদা পাণ্ডব মরি অমস্থং দ্রৌপদীবু থনমলগা অর্জ্জুন যুধিষ্ঠিরগী পাউতাক মতুং ইন্না হ্যাসনা মঙোন্দা তম্বিরম্বা "প্রতিস্মৃতি" বিদ্যাম্থু মঙোন্দা অমুক তাকপিরদুনা ইন্দ্রকীল চীংদা লাইখ নীংবা চৎখি। মফম অদুদা অর্জ্জুননা "তিষ্ঠ" হায়বা আকাশবাণী তাখি। ব্রাহ্মণসিনু লাওরকইবা মাগী মরমগী দমক্তা লাইনীংব। শারিবা ইন্দ্রনা অর্জ্জুনদা নহাক মফম অসিদা মহাদেবগা উন্নবগা মাঙোন্দগী মখল মখা অয়াম্বা বিদ্যা ফংগনি, হায়খিরম্মি। সুপামচা ওইবগী মগুণ লংফে থোরক্লগা নাইতোম তান-হক্লগা থউনৈ। করিগুম্বা ঈশ্বর অমা ফংবদি ভক্তগী ওইবা লোলদা হায়রবদি মান মানা য়াম্না হৈনজবা পামজবা লম্বী অদুত্তনা নীংজরিবা ঈশ্বরদু ফংবা য়াই। অর্জ্জুননা হন্দক থোঙদাব্লক্লিবা লম অসিদি মহাদেবগী মরমান। মাহাক্তা মাগী মতৌ-চাং-য়েংনীংদুনা কিরাত শারহনা উমা অমস্থং মাগী লোয়নবী মতা কযামরূমগা লোয়ননা কোয়থোরক্লম্মি। তাঙ্গাসিমক্তদা "মূক" কৌবা হিংচাবা অমনা শায়োনবা ওক অমা কিরাত অমস্থং অর্জ্জুন অনিগী মমাংদা চেনশিল্লকখি। মথোয় অনিমক মতম অমত্তদা চপ মান্নবা ওক অদুদা তেন্না থাখি। শাদু মুন্নবদা কিরাত অর্জ্জুন অকনবা লাল থেংনখি। অর্জ্জুন ম্যাগী খুৎলাই' পুম্বা লোইরক্লদুনা অকং অকংবা উ—সুং কয়া মরাম কিরাতত্তম্না লংশিনখি। অরোয়বদা অনিত্তু শায়েং পাম্বোম তানখি। ফনা মথোনা ফতুনমু সংসার'পুম্বগী করিগুম্বা শক্তি'মত্তনা মাবু মাই থিবা পী'তমত্রবা অমনা শায়োল্লিবা কিরাত অদুগী মখুত্তা অর্জ্জুন মাইখিরে। তাইহাক রাম্বদুনা লৈরু ম্নগা অর্জ্জুন পাইরকী লৌশিং অমা লাক্তুনা রারবদা চংজফম ওইরিবা শঙ্করগী মূর্ত্তি অমা লৈবাক্তা শারগা মফম অদুদা ফংবা লৈ'গুনা কিরাত অদুবু জয় তৌজগে হায়না থম্মোই শোক্তা পূজা কৎখি। ওস্তোকপনি! মীওইবনা থম্মোই শোক্ত তোথোরকইবা থবক্তী মহয় থুনা হেক্তা ফংফম থোকপরা !! অর্জ্জুননা কৎলিবা লৈ পরেং শংদু কিরাত অদুগী তকশমদা লোইনা লৈতেংলমলে। মতু উবদা অর্জ্জুন পুমগুম শুম্মাংখ্রে। পশুপতি মহাদেববু পুক্নিং অনি লোংদনা লৈশি লৈথোনখ্রে। মাগী মতৌদু উবদা আশুতোষ মহাদেবনা হায়বিখি "পার্থ, নহাক নহানমুক্তী মপোক্তা বদরিকাশ্রমদা নারায়ণগী মরুপ নর" ঋষি ওইনা চহি অযুত অমা তপস্যা তৌরম্বনি; নঙগী নতৌসিদা ঐহাক পেন্নে, নঙনা অপাম্বা বর অমা নিজরো অর্জ্জুননা হায়জখি "বৃষধ্বজ, ব্রহ্মশির কৌবা নহাকী পাশুপাত অস্ত্রদু" ঐঙোন্দা পীনবিয়ু; কৌরবক্তা লাল থেংনবদা মদু শিজিন্নজগে।" মহাদেবনা পেনবিরদুনা মদুগী শিজিন্নবা অমস্থং হম্বিন্নবা নিয়মশিংগা লোয়ননা "ব্রহ্মশির" বিদ্যা তম্বিরম্মি। মহাদেবগী থুজিন্দগী ইন্দ্রনা মাগী সারথি মাতলিবু রথক্তা লোয়ননা থারক্তুনা অর্জ্জুন স্বর্গ য়েথি।

স্বর্গদা অর্জ্জুন বিদ্যা কয়ামরুম তম্‌খি। তাঙ্গাসিদা মমা কৈঙ্গা ওইখোকখিত্রিবা আত্মিক বলগী লুয়বা পরীক্ষা অমস্ত থোকখি। দেবলোক সভ্যতাগী হৌনশা, মচাম্নুপাবু নিংথিনা অতিথি সৎকার তৌনীংলবা ইন্দ্রনা জগোই শাবী উর্ব্বশীবু অর্জ্জুনগী মনাক্তা চৎহনখি। য়াম্না কে মৌনা বিলাসকী খোঙফমদা, মোমোন নোকপা মাইথোংনা উর্ব্বশীনা হুমিদাং মত্তমচানা অর্জ্জুননা লৈরিবা কাহ্ন খোঙ হাংদোক্লে। কনাগীম্ম মখাপোল্লবী জগোই শাবী উর্ব্বশীনা অর্জ্জুনদা মোমোন নোক্লদুনা হায়খি "পার্থ, ঙসিগী আনন্দ উৎসবতা নঙনা ঐতবু নমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলম্বদাই, সভাদু লোয়খগা ইন্দ্রনা চিত্রসেন থারক্তুনা ঐবু তিন্নৌ হায়হল্লে। ঐদি নঙগী ফজরবা নশক নত্তোগী মখাপোল্লবী নি, অপাম ম্নংশিনা হাহল্লবীনি, নঙগী সেবা তৌগে লাক্লবনি। মাগী মতমনা হেক য়ৌরক্তি মখৈ থগ্নালনা মশাগী লৈনম খক থাদোকতে, জগোইশাবীনা মপুকনিংনা চপমুংনা নীংখ্রবদা করিগুম্বা থবা থনমত্রি মখৈ মাবু পাক থাদোকতে। অদুবু হন্দকী তাঙ্গাসিদি কামবাসনাগী ফনা কল্লবা নোংলৈ মুংশিং ওইদুনস্ম জগোই শাবীগী কল্লবা ঈপোমদুনা 'অর্জ্জুন' গুমলবা অর্জ্জুন উপালদুবু থক ভুমদোকপা ঙমখিদে। "নহাক্তি ইমা কুন্তী নত্রগা শচী রাণীগুম্নবী গুরু পত্নীনি; নহাক্তি পুক শাগৈবু পোকপীনি॥ অসিনচিংবা হায়দুনা ঈয়ায়দা তাখ্রবা মুভজাওবু ঈচেন্না পুথবা ঙমদবগুম্না অর্জ্জুন করিম্ম লেংদনা লৈখি। নীংবা থুংত্রবী উর্ব্বশীনা 'নহাক নপুংসক ওইনা মুপী মরক্তা লৈয়ু" হায়না শাপ তৌরমলগা য়াম্না শাওনা ফৎ হাঙ্গদোকতুনা চৎখি। পাউ অসি তারগা ইন্দ্রনা 'নঙগী নপুকচেল চেংপা নত্তোসিদি বিভাগুক ঘৃতাচি, বিশ্বামিত্র অমস্নং ব্যাসনচিংবা ঋষিশিংদগীস্ম থোইদোক্লে। মখোয়দগী নঙনা পুকচেল চেংপা হেল্লি। নহাক পে কচবনা কুন্তী মমা ওইবীশিংগী মরক্তা লেমজনক্কম ওইরিবনি। উর্ব্বশীগী শাপ অসি নখোয়না লোত্তুনা লৈবা মতমদা কান্নরগনি, নপুন্সি চুপ্পা নপুংসক ওইগদবা নত্তে, অম্মমনা অর্জ্জুনগী মপুক্ক: থোগৎপিখি। মাতলিবু লমজিংহন্দুনা অর্জ্জুননা সমুদ্রদা লালবন শাদুনা লৈরিবা হিরণ্যপুরগী হিংচাবা নিংথৌ নিবাতকবচবু জয় তৌরগা গুরুদক্ষিণা কৎলম্মি। পৃথিবী অমস্নং উপাল রাপালশিংনা কুমগী নোং ঙাইবা অমস্নং মাবু ফংজরগা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজবগুম্না দ্রৌপদী অমস্নং মচিন-মনাওশিংনা অর্জ্জুনবু থোরাংনা ঙাইরম্মী অমস্নং মাবু ফংজরগা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজখি। ইন্দ্রনা পীরকপা মণি-মুক্তাগী লৈত্তেংশিংদু দ্রৌপদীদা পীখি।

মী ফত্তবগী মিৎয়েং কালেন্স্বাগী মুংশা অমত্তনি। মখোয়না তাক্লরিবা মাইকৈ অদুদা গুং-ফাও-নদবা লৈতে। পাণ্ডবনা দ্বৈতবনদা লৈরিঙৈদা দুর্য্যোধননা মখোমবু নোক্লকগে হায়বগীদমক্তা শেমশাম্নুনা লাকখি। কা হেন্না ঙাওশিম্নরুবদগী মখোয়' পুম্বা গন্ধর্ব্বরাজ চিত্রসেনগী মখুত্তা তাখি। কনা য়েংথিন-দুনস্ম ইচিন-ইনাওশিংবু মাইথিবা পীরক্লিবা মীশকশিংদু ঐখোয়গীম্ম য়েক্লবনি অরাকম তারগা চেক চোকশিল্লক্লগা মচিন-মনাও কায়নবা থক য়াবা নত্তে। অসি খল্লদুনা অর্জ্জুননা চিত্রসেননা শাম্নরিবা মাগ্না অদুদগী শব্দবেধী বাণনা দুর্য্যোধনহোয়বু কনবিখি। চিত্রসেননা হায়খি "দুর্য্যোধন হোয়না নখোয়গী মাঙননবা তৌরক্লিবসি কল্লুচো হায়দুনা ইন্দ্রনা ঐবু থারক্লিবনি।"

চহি তরানিথোইনি পাণ্ডবনা অফবা মাইকৈদতা শীজিন্নখি। কাকনা থাদোক্লম্বদা রাতোন্না হায়, হৌই, মীওইবগী দশানা লোয়রনদাইদা কন্না নৈরকই। তরাহুমদোইশুবা চহিদি পাণ্ডপ লোৎদুনা

লেনবা তাখি। মাগী মাগী অচা অচাব থবক অমম্তুং কম খল্লহনা পাণ্ডব বিরাট নিংথৌগী মসাই-কোন্দা লৈরে।

লমচং কজবা পুকচেল চেংপদগী কংজবা উর্ব্বশীগী অভিশাপ হৌজিক্তি বরদান ওইরয়ে; মতুগী পাম্নেনা অর্জ্জুন "বৃহন্নালা" ওইহনা বিরাট নিংথৌগী কোন্নুংদা নুপীমচাশিংবু জগোই ইশৈ তম্বিহনা মতম লেনখি। অচুম্ববু অম্মানবনা মতম কুইনা থুমজিনবা য়াদে। মতমন ওইরক্লবদা মীওইবগী অশেংবা মগুণ মীয়ামনা খঙদনিঙাই ওইদে। নোংমা বিরাটকী যণথোক্লরিবা দুর্য্যোধন-হোয়সী মথুক্তা উত্তর মাইথিরক্লে। মতুংগী নুমিত্তা সৈরিন্ধ্রীগী থুজিন্দগী বৃহন্নালা উত্তরগী সারথি ওইনা লাল চংমিন্নরে। নহা ওইরিবা উত্তর কৌরব তেংগোলগী চৈফুদা কিরহনা চেল্লে। অহৃগুম্বা খোঙফম থেংন-হৈত্ররবা বৃহন্নালানা উত্তরবু তান্নহনা কাখি। লাপ্না উরিবা কৌরব কাংবুনা বৃহন্নালাবু অথল্লরবা মীওই অমা ওইরিনি হায়না চি নখি। চিংনরবা পোক্তগী অচুম্বা শকফম ওইরকপনা অয়াম্বনি। বৃহন্নালা মখোয়গী চংজফম ওইরিবা মীহুগী তৌরিমল খঙবা উংনীংবগী তাঙ্গা কংলে। ইরুনীংবগা থোংগ্রা তেকপগা হায়রবা খোঙফমহুমন্নি। ক্যামলৈদা মখোয়না লোৎলম্বা থুংলাইশিংহু উত্তরদা তাকুনা লৌথহল্লে। মতাং চারে নীংদুনা বৃহন্নালানা মখোয়গী অচুম্বা কিরেপ অমম্তুং মাগী মিংলোল তরাবুম্ন উত্তরদা তাকথোক্লে। নিংথৌ কোনগী নুপী অঙাংশিং মরক্তা ইচম চম্না লৈরহনা "অর্জ্জুন" ওইরম্নবদা উত্তর যুবরাজগী মপুরিংদা অঙকপা অকিবা অমম্তুং নুংঙাইবনা তিন্নবা হায়কম খঙত্রবা ভাব অমা ফাওখি।

"য়েক্নবমক ওইরবম্ন মগুণ লৈবা মীগী মগুণদি শীংথানগদবনি, অকায়ববু তৌরক্লবদি গুরু-মকীম্ন মহু কোংদোকদবনি; গুরুজনশিংনা মচা মম্ন অমম্তুং শিষ্যশিংদা কান্ননিঙাই ওইবা পাওতাক্তা পীবিগদবনি।" হাফম অসি হায়রহনা গাণ্ডীব লীরু পায়রহনা অ-সোমদগী লাল মাইয়োক য়ারিবা উত্তরগী মরুপ অহুবু অশ্বত্থামানা দ্রোণাচার্য্যগী মমাংদা থাগৎখি। তাঙ্গাহুদা ভীষ্মনা জ্যোতিষ গণনা তৌহনা ফ্লেংলগা হায়রকই—পাণ্ডবনা বনচৎখিবা চহি তরাহুমদোই সুরে, মরম অহুনা অর্জ্জুন অফোংবা থবক তৌরক্লবনি। উত্তরগী মরুপ অসি অচম্বা মী নত্তে, অর্জ্জুননি। বিরাটকী যণ পুন্নমক খোমগনি হায়রহনা লাক্লিবা কাংবুহু পাণ্ডবকী য়েক্নবা ঙাক্তনি, অহুবু অর্জ্জুননা চোংথো-রকপা মতমহুদা দুর্য্যোধনদি মমাংদা লৈত্তে, মাদি যণথোক্বা লাক্লরি। অর্জ্জুন গাণ্ডীব পায়রে; চাননা মশক খঙনিঙাইফব ওইরে। মহাক লাপকমহুদা মাগী গুরুদা তৌফম থোকপা হৌন-লমচৎ নিংথিনা উৎখি। দ্রোণাচার্য্যদা তেকচৈ মরি কাপ্লকুনা অনিনা থুরুম্বা ওইনা মথোঙদা, অনিমনা ইহৎপাউহংবা ওইনা নাকোংদা লাকহনখি। মাগী অসিগুম্বা থৌদৌ অসি অমম্তুং য়োং তোংশিবা ফিরালহু উরগা দ্রোণাচার্য্য অমখি মাগী কাংথুনা অর্জ্জুননি হায়বা মশক শেংনা খঙনখি। মহাক্তা দুর্য্যোধনবু কোয়খি খিহনা মাইখিবা পীখি।

মতুংগী নুমিত্তা উত্তরনা বিরাট নিংথৌগী সভাদা পঞ্চ পাণ্ডব অমম্তুং দ্রৌপদীগী অচুম্বা মশক কোংদোকখি। অর্জ্জুননা তৌবিরক্লিবা জয় অহুদা পেলহুনা পাণ্ডবতা থুদোন-পোৎ কয়ামরম পীখি;

অংবু যুধিষ্ঠিরনা—"ঐখোয়না ওসি ফাওবা নশাইগোন্দা তাংদুনা লৈজরকপসিগী তৌবিমল উৎপমকস্থু মসিনা মতিক চাদ্রি, হায়দুনা করিগুম্বা পোৎ-না অমা কাওবা লৌখিদে অর্জ্জুনস্থু মচুনা পেঞ্জখি। মচাগী মথরাই কনবিরক্লবা, লৈবাক প্রজা'পুম্নবু অরাফমদগী কনবিরক্লবা মীওইদুনা মশক নাইবা পোৎ অমা পীদুনা থোয়দোক্লা ইকাইখুম্নব উত্রিমখৈ বিরাট নিংথৌ পেনবা লৈংদে, মহাক্লা উত্তরগা তান্নরগা উত্তরাবু অর্জ্জুনদা কথোকই। অর্জ্জুননা—ঐনা মহৈ-মশীং তম্বিদুনা শেমজৎলক্লবা ইচা দুপীগুম্নবীসিবু কমদৌনা ঐগী সহধর্ম্মিণী ওইগদগে; মহারাজনা ঐথোয়বু মুংশিবিরবদি উত্তরাবু ইগাম্নুপা অভিমন্যুগী মৌ ওইনা লৌজগে, হায়খি। অভিমন্যুবু দ্বারকাদগী কৌহল্লুরগা উত্তরাগা লূহোংখি মদিদা শ্রীকৃষ্ণ, বলরাম, সত্যকি স্থভদ্রা অমস্থং পঞ্চ পাণ্ডবকী মচাম্নুপা মণ্ডাম্ন য়াওরৈ।

উপপ্লব্য নগরদা অহল ওইরবা বিরাট নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণ বলরামনচিংবা পাণ্ডবকী চান্নরবা মী ওাঙ্গনা তিন্নদুনা কৌরবকা মথোয়গা লৈনগদবা মরিদা রা তান্নবসিদা অর্জ্জুন মপাগী মত ফোংদোক্লে। মহাক মহৌশানা ময়াম্বনা ময়ামগী ফননবা ঙৈংদুনা শীল্লিবা খুজিল থোরাংশিংদা থক অওৎ-অপা শারক্লে। অমহিকস্থং ধর্ম্ম কায়নদনবগী তীর্থদা মশা মশাগী স্বার্থগী ওইবা থুঙ্গং মণাগী চেঙ থোইদিং তপ'ন কৎপদু য়ারোইদবা অর্জ্জুনস্থ নত্তে। মশানা মাম্না পামজদবা হিরম অদুবু লেপ্পমক পাংথোক্লীংবা মীওইবগী হৌনশানি। অর্জ্জুন কম্নিগীদমক লাল পাম্লোইদগে? অতভায়ী ওইরিবা মাদা নত্তনা ভাবোক য়াওনা পাংশিল্লক্লবনি, কৌরব কাংবুদ লালফমদা মরু ফংনা মাওহল্লু হায়নরক্লবনি। মথোয়গী পুরোহিত অমস্থং শ্রীকৃষ্ণনা কৌরব সভাদা "সন্ধিগী রা" তান্নবা চৎপদা অর্জ্জুননা হায়খি "মথোয়দা অহানবদা হেক্তা ইচম চম্না লাল তৌগম্নুসি হায়রকপদবা নত্তে, চুম্না তান্নবদা ময়াত্রবদা পাণ্ডবনা কিরদুনা 'প্রাণ ভিক্ষা তৌরুগদবা নত্তে। শাগৈমশেল লাল থেংনদুনা মহৈ মহৈ মাওনগদবা—"অধর্ম্মদু য়ারবদি থোকহনগম্নুসি হায়ব'ন।" রাফম অসিনা মাহাক যুদ্ধবীর অমস্থং ধর্ম্মবীর, ওই হায়বশী থুদম তম্বংতম্বংনা উৎলি।

ঈশিং-ঈচাওগী ঈচেল মাগী লমথুংফম য়ৌত্রিডৈদা মরক থৎনুবা থক য়াদে। কৌরব পাণ্ডবনা কুইনদগী নীংনরক্লবা—"অমুকতঃ চাংয়েংনরগা অওম্বনা পৃথিবীপতি ওইহৌবা" হায়বদু কম্নিগুম্বা পাম্বে অমত্তনা মরক থৎপা য়াত্রদুনা কুরুক্ষেত্র য়েনা লালগী ঈচেল ওইনা চেম্নরক্লে। অদুবু হক-থেংনত্রিডৈদা ওাংথোকখিবা রানা অমনি অদুগা হকথেংনবদা থল্লকপা রাথলনা অমনি। মসি মীওইবগী হৌনশানি। মাগী গুরুজনশিং, মচিন-মনাওশিং অমস্থং মরুপ-মপাং ওাক্তনা মথোয়গী য়েক্লবা ওইনা লৈরম্বদু উরগা অর্জ্জুন নীংহম্নখি। মপুক্লিংদা অকিবা, মপাম্বোংদা তুজুংবা ফাও-রক্লে। "মথোয়সিগী ঈগী ঈপাক্তা সাম্রাজ্য লিংখৎকদগী শরুকপুদি ভিক্ষানিদুনা পুন্সি লেনবনা ফরে, ঐহাক লাল তৌররোই, অসি হায়দুনা থাদোকফত্রবা "গাণ্ডীব" থাদোক্তুনা ফমদুনা লৈখ্রে। মতৌহ উবদা মাগী সারথি ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ মানা কুইনদগী খুজিনথোরাং তৌদুনা পাংথোক্লে নীংলকপা থবক লমথুংফম য়োররোইত্রা হায়না রারে। মথোয়নিনা রামিম্নরিবসি হিরম তিম্নদে-অমনা হন্দোক্লবনি অমনা চংশিন্নবনি।

অর্জ্জুননা চপচানা মপুক্লিং হন্দোকখ্রবদা শ্রীকৃষ্ণমকসু মপুক্লিং থুক লাওখি। মতাং অসিদদি মাগী রাজনীতি হৈবনা নত্তে তৌইগুম্বসুং পাইরবী লৌশিং অমনা গীতা তাকখি—অথন্নরবা ফিরেপ্পা লৈহনা। গীতাগী প্রভাবনা অর্জ্জুন মপুক্লিং পুমহন হন্দোকখ্রবা থবক অতুদা অমুক ইনৌ নৌনা উৎসাহ পোকখি।

মাঙোন্দগী য়াম্না হেনমনখ্রবা মীওইনা পীরিবা পাউতাক অহু তুমিন্না অমুক য়েংশুদনা ইনবা হৌনশানি। ভাল্লবা থ'ঙমৈ'ংগী মনাক্তা অতোপ্পা থাউমৈ মচা অমা পুশিল্লুরবদি মচাতুগী মঙাল, পুম্বা অচৌবতুগী ওইখি। ইন্দ্রগী বজ্র, কৃষ্ণগী সুদর্শন চক্র, অর্জ্জুনগী গাণ্ডীব লৌরুং অমমমতা ওইনা অথন্নরবা থুংলাইনি। অর্জ্জুন মহু থাদোক্তুনা লাল তৌররোই হায়না ফমহুনা লৈখ্রবনি। মতুদগী শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক—"নহাক ক্ষত্রিয় অমা ওইরগা নথোয়গী তৌকমথোকপা নথৌ পাংথোক্তনা লাল-ক্ষমদগী মাই ওন্দুনা চেনখ্রবদি ময়ামসিন। নঙবু য়াম্না থিনা ভাংনরগনি, মিংচৎথিরবা মীওইদি হিংনা শিরবনি। য়েক্ল মাইকৈদা লৈরিবা মীশিংসিবু নঙগী নক্লরবা মীশক ভাক্কনি, মথোয়সিবু হাৎলুরবদি অচৌবা পাপ পুরগনি হায়না খল্লিবহু লাল্লি মরমদি মীওইবগী মরী লৈনবা হায়বসিদি সুপ্নগী হকচাং অসিতগী ধর্ম্মনি, আত্মাগী নত্তে নঙনা তৌগদৌরিবা থবক অপুম্বা হকচাং নত্রগা প্রকৃতিনা তৌগদবনি, অওইবমক নহাক নশামক্তা—আত্মানা তৌবা নত্তে নঙনা চিংনরিবা হকচাং অসিদি মিকুপ খুদিংগী হোংলিবনি, অমাঙ অতা নাইরিবনি, ঐখোয়না অমনবা ফিরোলবু হুন্দোক্লগা অনৌবা অমা হোংবগুম্বা আত্মানা অমনবা (মাগী মতম লোইরবা) হকচাংবু হুন্দোক্লগা অনৌবা অমা হোংই। থোদো অসিদা পণ্ডিতশিংদি করিমত্তা ভক্তে।" মাইকৈ অসুক চুম্না লগী শেয়ক্লবদবু—অর্জ্জুন কম-দৌনা মথৌ পাংথোক্লোইদগে!

অর্জ্জুননা লালদা হৈ শীংবা অমসুং মাগী মথৌনাগী য়াদি করি অমুক হায়গনি! ইন্দ্রনা হিংচাবশিংবু জয় তৌবগুম্বনি। রাজনীতিগী লমজেল থোইগে হায়রবদি অচুম্বা ভাক্কনা য়াদে। অর্জ্জুন ধর্ম্মগী ফিরেপ্পা ফনা চংথোল্লবা মীওইনিদি হায়ববু লালফমদদি অরানবা কয়া পাম্বৈনখি। মশামক্তা থৌনা ফনা রাশকখ্রিবা থবক ফাওবা অরানবা পাম্বৈনা পাংথোকখি। শিখণ্ডীগী মকুম পুম্নগা ভীষ্মদা থুংলাই থৌগলবা, দ্রোণাচার্য্য তুনমবা অরানবা খুজিল তৌবা, সাত্যকিবু কল্লিবনি হায়হুনা লাম্বা চানম্নিবা ভুরিশ্রবা গী মথুৎ ককংৎপা, মচাগী মৈয়ীনা রাশকপুরে হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণগী অরানবা খুজিল থৌরাংহু ইন্দুনা জয়দ্রথবু মশাল লৈজত্রবা মপাগা কোন্নরনা হাৎপা, মহৈ তম্মিন্নরি-ভৈদগী হৌনা মাগী য়েংথিনহুনতা লাক্লবা থুংলাই পায়রত্রবা কর্ণদা তেন্না থাবা, কর্ণনা অর্জ্জুন, ভাইহাক্তা ভাইথো, লাইগী নোংদমদগী ঐগী দোলাই–চাকা নামা লৈমায়দা। য়েশিনত্রে, মসিতদি ফুকৎথিগে ঐহাক নথোয়বু কিহুনা নত্রগা শিগনি হায়বগী চিংনেহুনা হায়বা নত্তে, ধর্ম্ম য়েংহুনা ভাইহাক্তদি ভাইথো হায়বনি অসুম্না হায়রবা ফাওবদা শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিৎনি মহায়হুনা য়েক্ল-মাইয়োক য়াবগী ফিরেপ্পা লৈত্রবা কর্ণবু তেন্না থাহুনা হাৎখিবা—ময়ামসিন। অর্জ্জুনবু ধর্ম্ম পুমকায় কায়ত্রবা লাম্মী অমনি হায়হন্দে।

লাললোইরে। যুধিষ্ঠিরগী অন্নাবগী পন্দোন লোম্মে। ময়াম্বগী শান্তি যজ্ঞদা অর্জ্জুন হোমগী হুমজ্জৈ ওইনগদৌরি। ব্যাস শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী থুজিন্দগী অর্জ্জুন অমুবা অঙৌবা মচুনা লাংলবা "জয় পত্র" থেংলবা শগোল অমগী মতুং-ইন্নহুনা মশামক্তা মমৈ জুম, জুম লাওবা অঙৌবা শগোল অমদা তোংহুন ত্রিগর্ত্ত, প্রাগজ্যোতিষপুর, সিন্ধুদেশ, মণিপুর, মগধ, বঙ্গ, পুণ্ড্র, কোশল, খা-ভারতকী লম কয়া কাশী, অঙ্গ, গোকর্ণ, প্রভাস, দ্বারকা, পশ্চিম সমুদ্র মপাল, পঞ্চনদ, গান্ধার অসিনচিংবা দেশ কয়া চৎখি।

অর্জ্জুননা মচিন মনাও মঙা অমদি দ্রৌপদীগী মরীদা শরুখিবা রাশক থুগাইরুবগী নীংশিং-খুদম ওইনা থনম্বা মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহন মপা লাক্লে হায়বা তাবদা গুরুজনশিংগা লোয়নননা স্বাগত তৌবা থোক্লকই। মতৌত্থু উবদা ক্ষত্রিয় মচাগী সম্মান ঙাক্কে হায়রহুনা অর্জ্জুননা মচাবু শাউখি। অকনবা অনিহু অকনবা লাল থেংনখি। মচাগী মখুত্তা গাইথিরহুনা অর্জ্জুন শিবগা পাংথক ওইনা লৈমাইথক্তা হাইখখি। মপাদা থুংলাইনা থনবদা মফম নত্তবদা শোকখ্রমাল্লে নীংহুনা মহুৎ রাখিবমক্তুনা বভ্রুবাহনস্থু লৈমাইথক্তা রান্তনা তুখি। নিংথেম পোকপী চিত্রাঙ্গদা মপুরোইববু মওংচানা স্বাগত তৌহৌদবনা পাম্মুরবা ৎরাইগী থক্ষম ওইরিবহু খাঙ থক্তা মাঙখিবা তারে, হকচাং পোলাংতবু স্বাগততৌবা তারে নীংহনা থম্মেই শোক্লা তেংথাখি। মাহাক ময়াদা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা তাদনা—চাদ থক্তুনা শিরগনি হায়রহুনা মপুরোইবগী মথোঙ কোন্দুনা লৈখি। বভ্রুবাহনস্থু চানথক্তুনা শিরগনি হায়রহুনা লৈখি। মাহাক্তা গুরুজনশিং অমদি উলূপীদা হায়খি "ইপাগী মকোক অসিবু ঙকশমদা শিরগা অসিবা হকচাংসিনা ইশাসি কুপশিন্দুনা চহি তরানিথোই লেল্লগনি ইমা (উলূপীদা) নঙনা হাম্নবা মতুংইন্না লাল থেংনরুবনি; হৌজিক্তি ঐহাক হিংজনীংদ্রে।"

উলূপীনা সঞ্জীবন মণিনা অর্জ্জুনবু হিংগৎহনখি - অমস্থং হায়খি আর্যাপুত্র, নহাক্তা লালকমদা কৌরবকা অকনবা ভীষ্মবু শিখণ্ডীগী মরুম থুপ্লগা লৌনমতৌহুনা হাৎলুবগী মহয়না হন্দক নগাগী মথুক্তা মাইখিররিবনি। অর্জ্জুন মতম কুইনা তুম্মুবগা হৌগৎলকপগুম্না জ্ঞান তারক্তুনা হৌগৎলকখি। অকনবা মাগী হোনশা মগানা মওোন্দা তেং শ্রবা ময়ামহুবু য়াম্না পেনাবিখি। মরমদি নহাক্তা হন্দক পুরক্লিবা "বিশ্ববিজয়"গী শিন্থাসিদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা বভ্রুবাহননা মায়য়োকয়াক্ষম থোকপহু পাংথোকখিবগীনি। মণিপুর নিংথৌনা পাণ্ডব অর্জ্জুনবু মপানা মচাগী মনাক্তা লাকপনি নীংহুনা চুম্না ইচম চম্না স্বাগত তৌগে থোরাংলুবহু অকনবা মাগী বিজয় যাত্রাহুগী ওন্নতৈনবনি নিংথৌপানবা লৈবাক অমদা চংফম থোকপা অকল-অথৌগী ওইবা থোঙফমহুগী মতিকচাবা পাউথুম মণিপুর নিংথৌনা পীরে হায়না নীংজহনা অর্জ্জুননা হরাওজরিবনি। মথৌনা ফবা মীদি মাগুম্বা অমগী মতিক চাবা মগুণ অহু উরগা পেনবি। বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনদা মতম খম্বা মণিপুরদা লৈবিয়ু ইমা অনিবু সেবা তৌহল্লহুনা পোথাবিথো হায়জখি। অর্জ্জুননা—অসিগুম্বা বিজয় যাত্রাসিদা পম্থুংকম য়োদনা পোথাহুনা লৈথোকপা য়াদে শগোল অসিগী মতুং ইন্দুনা কোইচৎ চৎকদবনি; চৈত্র পূর্ণিমাদগী হৌগদৌরিবা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ অসিদা নমা অনিবু পুহনা লাকউ, যজ্ঞ য়াওরো, হায়রম্মি। উলূপী অমস্থং চিত্রাঙ্গদাদগী

বিদায় লৌরগা অর্জ্জুন অমুক যাত্রা তৌখি। মগধনচিংবা লম কন্নামন্নবগী নিংথৌশিংবু জয় তৌরুরগা অর্জ্জুন হস্তিনাপুরদা হল্লিরক্লুনা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ মতোম লোম্না য়াওখি।

রাজবা লুরবা মতমদা "মরুপ" হায়না নীংশিংনৈ। হন্দক্কী রারবা মাগী লোয়রমদাইগী মতম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সারথি দারুক থারক্লুনা হস্তিনাপুরদগী অর্জ্জুনবু কৌহল্লে। অহল ওইরবা বসুদেবনা মাগী মহারাণী মরি, শ্রীকৃষ্ণগী লৈম লিশীং তরাতকক অমসুং যদু শাগেগী লেমহৌরিবা মীওইশিংবু ডাকউ, হায়খি—কৃষ্ণনা শীররগা মতুংইন্না। মখোয়গী শাগেগী থোক্লিবা থৌদোক অহুনা মহাক মশামকস্থ হিংনীংদ্রে, পুন্সিসি চাদ থক্তুবতনা লোয়হল্লগনি হায়দুনা লৈখি।

অর্জ্জুননা বসুদেবদা হায়খি—মরুপ লৈত্রবা পৃথিবীসিদা ঐহাক লৈজনীংদ্রে ঐখোয় ইচিনইনাও মণ্ডা অমসুং দ্রৌপদীগী পুক্লিংদি অমত্তনি ঐখোয়স্ম পৃথিবীসিদা হিংদুনা লৈনীংদ্রে। হৌজিক যুধিষ্ঠিরগী মহাপ্রয়ানগী মতমস্ম ওইরক্লে মরম অদুনা দ্বারকাগী লেমহৌরিবা মী ওই'পূম্বা পুম্বনা ঐহাক ইন্দ্রপ্রস্থদা থুনমক চৎলগে।"

মতুংগী সুমিত্তা বসুদেব যোগগী পাম্বৈনা হকচাং থাদোকখি। দেবকী, ভদ্রা'মদিরা অমসুং রোহিণী রাণী মরি মপুরোইবগী চিতাগী মৈ'রদা মখোয়গী কাল্লবা হকচাংদু ,কংথোক্লদুনা "সতী" পুন্সিগী অরোইবা থৌদাং পাংথোকখি। অর্জ্জুননা শিথ্রবা ময়ামদুগী অগ্নি সংস্কার অমসুং শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা অরোইবা কর্মশিং তৌখি। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরামগী লেমহৌরিবা ভৌতিক শরীরশিংদু মহাক্না কোয়থি থিরুদুনা পোরকখি অমসুং মখোয়গী অরোইবা সৎকার কর্ম্মশিং তৌখি।

অর্জ্জুন দ্বারকাদা চয়োল অমা লৈরম্লগা শ্রীকৃষ্ণনা শীল্লরগা মতুংইন্না যদুবংশগী মীওই কন্নামন্নমদু পুরদুনা ইন্দ্রপ্রস্থরোমদা যাত্রা তৌরকই। অর্জ্জুননা থাদোরকপা দ্বারকাগী লমশিংদু মথং মথং ওইনা সমুদ্রনা লুপশিলহৌই। মীয়ামদুগা লোয়নননা অর্জ্জুননা পঞ্চনদদা পল্লিৱৈদা আভীরদস্যুশিংনা যাদব মুপীশিংদুগীদমক্তা মথক্তা লালদারকই। অর্জ্জুননা করিমত্তা থৌশারুদনা করেম্নরদুনা নথরাই হিংনীংলবদি হেক্তিল্লকনু, হায়খি। মখোয়দুনা লম অসুম হেক্তিল্লরুবদা অর্জ্জুননা গাণ্ডীব লীরুং লীরী চনবা হোৎনখি। অদুবু ওস্তোকপনি! লীরীচনবমকস্থ য়াম্না রানা থোকখি। অডকপনি মতমগী লীলা!! মানা অদুক কুইনা থুৎলোইননা লোয়নজরক্রুব। দিব্যাস্ত্রশিংদু অমা ফাওবা নীংশিংবা থোকখিদে। উপায় অমত্ত উত্রদুনা লীরুং মতোন্না অফংবা থরা ফুখি। অয়ুক সুংথিলগী মতমনা লোইশিল্লক্রবদা অয়ুক সুংথিল পাঙ্গরম্বা উচেকশিংনা মাগী মাগী মফমদা তুমিন-তুমিন্না লোৎনখি অমসুং সুমিদাং চাকত্তাবা মকু ময়াংশেকপীনচিংবা অমঙ্গলগী . উচেকশিংনা য়াকাঙ্গরক্লুনা হরাওমখোয়কাই। মাগী মতমনা লোয়শিল্লক্রুবদা পাণ্ডব-অর্জ্জুন করিমত্তা তৌনিঙাই লৈখিদে। আভীরদস্যুশিংনা যাদব মুপীশিংবু মুলহৌই, মুপী থন্নবা মশানা পামজনা মখোয়দুদা লৈহৌই। দস্যুশিংগী মথুত্তগী নাম্হোকহৌরিবা মীশিংদু পুরগা অর্জ্জুননা মখোয়বু কুরুক্ষেত্র অমদি ব্রজগী অকোয়বদা লৈহনখি।

মীওইনা শায়োল্লবস্থ লাই ওইনবু অবতার তৌরবস্থ নত্তদুনা ফনা হিংচা—য়াইতগা ওইনা পোক্তনস্থ মাগী মাগী তৌকমখোকপা শিন্থা পাংথোক্লম্লগা ওম্নমক তাইবং-কৈথেল কুম্নথিবা হৌনশানি। মহাভারত মশামক্লা অর্জ্জুনবু নর ঋষিগী অবতারনি অদুগা শ্রীকৃষ্ণমক্লস্থ নহাক্তি ঐগী অংশনি—

“'পাণ্ডবলক্তা ধনঞ্জয় নহাক ঐহাকমক্লি, অসিনচিংবা কয়া হায়খিহুনসু মানা তৌওহ্না—থৌনা উৎকদবা মতম লোইশিল্লক্লে, মিকুপ অমত্তা পাম্বা য়দে। আত্মা অমত্তনা হৃকচাং অনি খোক্তনা থবক তৌমিন্নরম্নবগুম্নবা মাগী মরুপ শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদ্রবদা অর্জ্জুননা ব্যাসদেবগী মনাক্তা চত্তুনঃ অরাবা ফোংদোকখি। ব্যাসনা মতমহুগা চুনরবা পাউত্তাক পীখি—হৌজিক্তি নখোয়না পাংথোকদবা শিন্থা মপুং ফারে; থোয়্নামছু পাংথোকপদা নত্তেং পাংলম্না। নহাকী থুংসু থুংলাই'পূমসু মাগী মাগী মথৌ লোয়রে নীংহৃনা লোইনা থুপচিনখ্রবনি। বৃষ্ণি-অন্ধককী কল্ল কল্লব মীওইশিংছু ব্রহ্মশাপনা লোয়না মাঙখ্রবনি। মখোয়গীদমক করিমত্তা ৱাক্তরম্নু। শ্রীকৃষ্ণ মানা তৌগদবা শিন্থা “ভূ ভারহরণ” অহু মতোল লোম্না পাংথোক্লে নীংহুনা মানা থাম্বা ওম্নবা প্রলয়হুবুসু অমুক থাম্মুবা তৌদনা মকমদা হল্লিনখ্রবনি। অর্জ্জুন, নখোয় নচিন ননাও মত্তা অমসুং দ্রৌপদীনা পাংথোকলবা শিন্থা'পূম্বা লোয়রে; নখোয়গী মতম লোয়রে, মরম অহুনা নখোয় সংসারসিদগী বিদায় লৌখিবনা ফরনি।

অর্জ্জুন যুধিষ্ঠিরগা লোয়ননা লাইনীংবগী ফিজেং শেংহুনা—যজ্ঞ তৌরম্নগা হস্তিনাপুর থাদোকখি। অসি ফাওবদা মানা গাণ্ডীব লীরুংহুবুদ মথাদোক্তে। মত্তোহু উরগা অগ্নিদেবনা মশকপান্না গোং-থোরক্তনা হায়খি নহাক্তী বরুণদগী ফংলকপা গাণ্ডীব লীরুংহু মঙাল্দা অমুক হন্না পীথ্রো। অর্জ্জুননা অগ্নিদেবনা হায়বা মতুং ইন্না বরুণদগী ফংলকপা তেন্দোং অনি অমসুং গাণ্ডীববু ঈশিংদা থাদখি। দ্রৌপদী অমসুং মচিন মনাওশিংগা লোয়ননা অর্জ্জুন পৃথিবীবু য়েৎওইনবা থোঙচৎ চংহুনা হিমালয় কাখি। চীংকাবদা লমথাংদা যোগভ্রষ্ট ওইহুনা দ্রৌপদী, সহদেব অমসুং নকুলনা তুহৌবহু উরগা অর্জ্জুন চিংন-চিংননা যুধিষ্ঠিরগী মতুং ইন্নখি। থরা চৎলগা মহাকসু চীংথাংদা তুখি; অরোয়বা স্বর হোনখি। থৌদৌশিংহু উরগা ভীমনা নীংবা কায়রহুনা যুধিষ্ঠিরদা হংখি—“অর্জ্জুনদি করিগুম্বদসু মিথ্যা ঙাংদে, লমচৎ ফজে, ধর্ম্ম কায়দে, অহুবু মানা লমথাংদা তুহৌরিবসি করিননো? যুধিষ্ঠিরনা পাউখুম পীখি “অর্জ্জুননা নোংমতদা মাগী য়েক্লব'পূম্বা জয় তৌবা ওমগনি, হায়না নাপল তৌরম্মি তৌইগুম্বসুং মহাক্তী নাপল অহু মহয় য়ানখিদে অসিদা নত্তনা মহাক্তা কনাগুম্বা অকনবা মীওই অমত্তবুসু থৌওই-উৎশিত্তে। ঐশ্বর্য্য অমদি মপুং ফারবা পুন্সি পাম্লিবা মীনা মতৌ অম্বম্না নাপল তৌকদে। মাগী অশোয়বা ময়ামসিমকনা মহাক লমথাংদা তুহৌরবনি।

ইম্ফাল
১৬ নবেম্বর ১৯১৮ ইং

# কর্ণ

ঈশিং ঈচেলবু লৈরাই অনিনা তাকপগুম মীওই পুন্সি ঈচেলবু মাগী ভাগ্য অমদি পুরুষ অনিনা তাক্নবা থন্মি। হায়রিবা প্রকৃতিগী থৌরাং অসি মতম লৈবথিবিক্তা ইকায়মক কায়নদব নত্তে। অনি অসিগী মহৎম্ভু কনাগীনা মান্নবা কনামগীনা অমনা চাং য়াম্না হেনবা উই। মীওইব ফংনিঙাই ওইরিবা অধিকার অনিসিদা "মরাইবকী থোক্লবা" হায়বসিদগী "মুপাথোক্না নোঙ্বা" হা সিদা থোইনা থাজরিবা মীনা মাগী "শোয়কত্রবা মহৎ" অতুগী মপু ওইগন্নি। অওইবমক হায়রব লাইবক্তা তম্লকপগী পোলেপকম খঙব্রবা থুভমহূ তাইতুনা লৈবদগী মপাঙ্গোম পাঙ্গলতনা নোমজতুং মথোতনা লেপচগনি হায়না হোৎনরিবা মীওইতনা পুন্সি লালকমদা লালতম-ফিরাল থেৎকম থোকই মহাভারতকী কর্ণ ভাগ্যনা তুংওইনবিরবা মশাগী পুরুষার্থ তনা পুন্সি লালকমদা লাল তম ফিরাল থেংথিব মীওইনি। লাইবকথিরে হায়তুনা নীংহম্বরক্লবা কাংবুগী লমজিং মৈরা পায়থিবনি।

সূর্য্যগী বরদগী কুন্তীনা কুমারী ওইনা কর্ণ পোকখি। অধিরথ অমসুং রাধা, অনিসি মাগী অনিশুবা মপা মমানি। মখোয়না মাবু "বসুষেণ" মিংথোইখ্রে। মাহাক পোক্লকপদা কবচ-কুণ্ডল শাগোম্লরকই। অনিহু ককৃথত্তুনা দান তৌখি হায়বদগী পীনহৈরবা কর্ণ অম্বম্না খঙনখি। মাহাব পোকপদা "অঙাং অমা ফংজরে" হায়না হরাওবিনিঙাই মীওই অমত্তা লৈখিদে। সূর্য্য—কুন্তীন কোরকপদগী মাগী নীংবা থুংহনবিরবতনি। কুন্তীসু মন্ত্র শক্তি চাং য়েংলুবতনি, মতমতুদা মচা ফংনীংহুনা তৌরুবা নত্তে। মন্ত্রহ পীরম্লিবা দুর্বাসানসু কুন্তীনা-কুমারী ওইনা মচা পোক্নুনা মশানা থাকচবা লাংদা থু জন্দুনা মমা ওইবীশিংগী শীংদা চল্লগনু নীংহুনা মন্ত্রহ পীরম্বা নত্তে। মাদি চুম্নগী পেংখিহুনা মতমমতুগী থুদোনপোৎ অমা পীরম্বতনি।

মন্ত্র পীরহ, মহুবু শিজিন্নরুবা অমসুং মহুগী মহয় ওইনা ফংলবা অঙাং অতুবু ঈশিংদা থাদথিবা অসি পুম্নমক্তা শরুক য়ারিবা মী, লাই পুম্নমক কর্ণগী মতুংগী ফিরেপকীদমক কনাসু দায়ী ওইদ্রে। মাগী শরুক তমথ্রবা অথব্রবা "মরাইবক" অমা মাগী ওইবা তাখি। রাহে অমরোমদা হায়রগা অত্তিয়াদগী তারক্লিবা নোং-লিকশিংসি করবা মরিক্লা কদাইদা তাগনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি! লৈশেম্বা মপুনা শেম্বিরক্লগা থারকপদা মাগী খুৎশেমগী মরুশিংহূ কনানা কদায়দা তাগনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি!! মরম অসিমক্তা কর্ণনা মচিন্না থোক্লা— "ঐনা ফংলরিবা মপোক অসিদি ঐগী ইথাপোনবা—ঐনা শিল্লুবা য়াবা নত্তে অতুগা পুরুষার্থ-মুপা থোক্না থবক তৌবা হায়বতুদি ঐগী ইথা পোনবনি," হায়রখি।

অরাবা কোঙ্গাই থাংহুনা পোক্লিবা মচাহুবু মমামক্লা ইচাগী মশক উরগনি নীংহুনা হরাওবগী মহুক্তা মসিনা ঐগী পুন্সি মাঙনবা ওইরগনি নীংহুনা নোম্নবা মাউগুমগী মহুক্তা কল্লবা কোরি চক্ষুদা হাপ্লুনা ইচাগী মৈবুদি সমাজগী মৈনা কল্লি নীংহুনা—অরা অনা কয়ামরামগী শিন্নফম ওইরিবা গঙ্গাদা কুন্তীগী অরা পোৎলুমহুসু শিন্নফম ওইখি। অরাংবা চীংদোন্দগী চেম্বরকপা ঈচেলগী তুংনফম অনেম্বা লৈমায়না ওইবগুম্না অরাংবা শাগৈদা পোকপা কর্ণগী তুংনফম অনেম্বনি হায়নরিবা রাধাগী জম্পাক্লা

ওইনখি। মুপী ওইবগী য়াক্লবা থম্মোই'মমা হুন্দোয়কপহু থম্মোই'মনা য়োকখি। মপা অধিরথকী খুজিন্দগী ক্ষত্রিয় মচাগী থৌং-গুণ খুৎলাই বিদ্যা কয়ামরুম তমখি।

ময়োশিং অমসুং মপাঙ্গল মপুং ফারক্লবদা থোইদোক হেন্দোকপা মহৈ কয়া তম্নীংলকপা মীওইবগী হৌনশানি। মরম অসিনা কর্ণ থোইদোক হেন্দোকপা ওজা থিরকই। কৌরব পাণ্ডব নহারোলশিংগী ওজা ওইরিবা গুরু দ্রোণাচার্য্য থেংনখি। দ্রোণাচার্য্যনা অর্জ্জুনতবু থোইনা লুন-চান্না তৌবা অমসুং মঙোন্দা মহৈ'পুম্বা থাকপা লৈতনা পুকচেল তিংনা তম্বিবহু উরগা - কর্ণ নীংবা কায়রহুনা হনখি। অহুবু পুম্বাও মাঙখিগদবা মীওইদি নত্তে; মরম অসিমক্তনা মাগী হোৎনবা কনবগী ঈচেন্দা প্রকৃতিনা ঈনোৎ পীরহুনা মানা রাংনা কানীংলিবা থাক্তুয়োনা কাহনবা ওস্না গুরু অমা থেংনরুরে। অহুবু অরাবদি অরানবা রাকম অমগী মতেং নত্তনদি মহৈ মপুংফারোইদোরি। "সূতমচা" নত্রগা "ক্ষত্রিয় মচা" নি হায়বা মশাগী পরিচয়নদি পরশুরামগী শিষ্য ওইবা ফংলোইদোরি। অর্জ্জুননা "ব্রাহ্মণ" নি হায়না মীয়ামদা নীংহল্লগা দ্রৌপদী ফংবগুম্না কর্ণনা 'ব্রাহ্মণনি" হায়না পরশুরামদা নীংহল্লগা বিদ্যাদেবী ফংখি। অহুবু অরাবদি মানা মহৈগীদমক্তনি নীংহুনা অরাবা কোঙাই থাংনা তানশিল্লিবা বিদ্যাশিংহুমক্তদা মাগী মপুন্সি মাঙননবা চাওরবা হিরম অমসু অহুম য়াওরে। মকৈগন্দা তীরা চীক্তুনা ঈ-না পুমচোৎ-চোৎলবদসু মতম্বাক্তা মোন থাংহুনা তুম্লিবা গুরুগী তুম্বা কায়গনি নীংহুনা গুক-লেং লেংখিদবহুমরা অখাং কনবা ক্ষত্রিয় মচানি হায়বা খঙলক্তুনা—গুরুদা মীনহৃগীদমক "ঐনা তম্বিখিবা অরুবা বিদ্যা কাউরে" হায়না শাপ তৌখি। ভাগ্য অমসুং পুরুষার্থ অনিগী অকনবা লাল-থেংনফম ওইবনা কর্ণ মশাবু পুমকন কনবা ঙমখিদে, শোয়দনা শোকপা তাথি।

কৌরব পাণ্ডব নহারোলশিং খুৎলাই চাংয়েংনবা তারে। অওইবমক্তি সুমিৎ অসিদি কর্ণগী মতুংগী কিরেপ পেপ্পনবা সুমিৎনি। নিংথৌ মচাশিংহু মথং মথং মানা মানা হৈজবা বিদ্যাশিং উৎখ্রে। অর্জ্জুননা মাগী উৎকদবা চমৎকার কয়া উৎপা হেক লোইরকপদা কর্ণ গদা লেংথোং নারহুনা সভাহুদা চংশিল্লকই। কবচ-কুণ্ডলনা লৈতেংলবা কর্ণ চানবা সূর্য্যদেবনা লৈমায়দা চৎপগুম নীংথিজখি। মাবু হেক উবমক্তদা মীয়াম্না খঙহৌদনা খুবাকখুরহুন৷ স্বাগত তৌনখি ধৃতরাষ্ট্রনা "কনা লাকপনো" হায়না হংবা তানি। কর্ণ সভাহুদা সম্মান সৎকার করিমত্তা ফংখিদে। মাহাক মচিন্না থোক্না কৃপ অমসুং দ্রোণদা "অর্জ্জুননা হৌজিক উৎখ্রিবা চমৎকারশিংহু ঐসু উৎচগে," হায়জখি। মানা তৌরক্লিবা চমৎকারশিংহুনা সভাহু পুমণ্ডম ঙকাংখি। কৌরব নহারোলগী লুচিংলিবা দুর্য্যোধননা খ্বাইমক্তগী হেন্না পুক্নিং লাংতক্লখি অমসুং পেঙখি। মরমদি মঙোন্দগী য়াম্না হেনখ্রবা অর্জ্জুন অহুগা লাম্বা পাবা য়ারবা মীওই অমা নোনা চোংথোরকপা উবা অহুগা মসিবু ঐথোয়গী মীচং ওইবা য়াগত্রা হায়না খল্লুবদগীনি। মানা থাজক্লবগী মরু ওইবা মরম অমনা লাম্বা চানা থোরক্লবা মীশক অনিনা করিগুম্বদসু লাম্বা পাদনা থক তোক্তে অহুগা মীচং অমত্তদসু থক লৈগন্দে। লৈবাক অমত্তদা মহু চাওরবা নিংথৌ অনিনা মতম অমত্তদা পানমিন্নবা তারবদি লম অহুগী প্রজাহু কমদোনা থাংগনি? মরম অসিনা কর্ণ কৌরব লোমদা লাকপা মশানা তাজবনি। খুদক অহুমক্তদা কর্ণ দুর্য্যোধনগা মৈগা মুংশিংকা মরুপ ওইবগুম মরুপ ওইখি

মৈ মুংশিং অনি পুন্না উমংদা লাম্দারক্কদোরে খঙলংদা মাবু ভাক্লিবা মাশীনা চোকশিল্লবগুম্না কর্ণগা দুর্য্যোধনগা মরুপ ওইখিবনি উরগা। অর্জ্জুন য়াম্না চোকশিনবা তাখি। মানা কর্ণদা অপাননা হায়খি "নংবু মখম অসিদা লাকউ হায়না কনানা কৌরবগে? বার্ত্তোন ফংদনা লাকপদি নরক তাই; হায়রিবা নরক অদু য়েনবা ঐনা নংবু থাবিরগনি।" অর্জ্জুনগী য়াক্রবা রাসি তারগা কর্ণনা রুরিস্না পাখত্তনা ইতপ তপনা হায়খি—"ভসিগী সভা অসিগুংদদি মী খুদিংমক য়াওবা য়াবগী অধিকার লৈ। নংনা হায়নীংবা রা'পুম্বা খুৎলাইনা হায়রকউ, কিপলবা মীনা তৌবগুমনা নচিননা রা ভাংগনু।"

অকনবা অনিচু অশাওবতনা নকশিল্লরক্লবদা কৃপাচার্য্যনা আর্য্যশিংগী চৎনবী মতুংইন্না হায়খি "অথোবা! নপাংনমা মশক তাকউ. অদুগা নংাক অসি করম্না শাগেগী লৈতেং ওইহিবনো? অশেপ্পা পরিচয় ফংলগা অর্জ্জুননা নংগা লান্বা পাগদবনি! নিংথৌমচাশিংনা অতোনবা শাগেদা পোকপা ময়মচৎ নাইদবা মীগা লাম্বা পাবা য়াদে।" কৃপাচার্য্যগী রাসি তারগা কর্ণ ইকাইবনা মরু লুকখি। মাগী মপুংসিগী পোল্লেপফম খওম্রবা 'মরাংবকতু" ভাইরহুনা ফুম্বংননা লৈখি তাংসিদা দুর্য্যোধন্না হায়খি—"আচার্য্য, অর্জ্জুনা নিংথৌমচা নত্তবা মীওইগা লাম্বা পানীংদ্রবদি—কর্ণবু ঐনা অঙ্গরাজ্যগী নিংথৌ হাপ্পে।" অদুগা খুদক অদুমক্তদ কৌরবনা কর্ণবু অঙ্গরাজ্যগী নিংথৌ ওইনা রাজ অভিষেক তৌখি। অর্জ্জুনগা লাম্বা পাবা য়াননবতা হায়দুনা কর্ণনা নিংথৌ খুভমদু লৌখি। কর্ণ কনানো করম্না শাগেদা। পোকপনো হায়বসিগী অরেপ্পা পাউখুম ফংদ্রিভৈদা পিরুবসু চাওরবসু দেশ অমগী নিংথৌ ফম মাঙোন্দা হেক্তা পিখিবসি মহাভারতনা য়াম্না মরুওইনা ভাক্লীংলিবা বর্ণভেদ, জাতিভেদ অসিনচিংবা বিচাররোমদদি য়াম্না কায়রবমক্লি। অদুবু মতাং অসিদি ব্যাসদেবনা—প্রকৃতনা তুংওইনবিরুনসু কর্ণগী নীংহরুবা লৈত্রবা অথাবনবা অমাদ হোৎনবা বনবা অদুগন কারি কারি তৌখিবা ভদ্বগে? হায়বা উৎচনবা পাস্থে পীবা ওইনা হাপচিনবিরবনি।

মচানা নিংথৌ ওইরে হায়বা তাবদা অহল ওইরবা অধিরথ মখুত্তা চৈগু পালোইনরহুনা সভাদুদা চংশিল্লকই। কর্ণনা মখুত্তগী খুৎলাই'পুম্বা থাদোক্লহুনা মপাবু খুরুমখি। অধিরথনা মখোঙ অনিমক ফিনা কুপশিল্লহুনা (নিংথৌদা চৎকদবা থৌগল-লোল মতুংইন্না) কর্ণবু কোনখি। কুন্তী নত্তনা সভাদুগী মী খুদিংমক্তা কর্ণবু 'সূত মচানি" হায়না খঙখি। ভীমনা হায়খি— "কর্ণ নঙদি শগোল শেম্বুনা লৈগদবনি; নওগুম্বনা অঙ্গরাজ্য ফংবদি য়ারোই।" মতো অসুম্না ইফোং-ফোংনা অপমান তৌরবদসু কর্ণ মরুপকী মতেং পাংগনি অমসুং মদুদা বীরশক্ত অমা লাম্বা পাবা তারে নীংত্নবা মপুক্লিং কাজিনখি অমসুং পেঙ্গখি। মরিল ফরবা বীর অনগী অথাং কনবগী কয়াদা মপুং কাপ্রবা খুদমনো?

মথক্তসু পনখ্রে, কর্ণ "ভাগ্যগী মতেং ফংদ্রবা" মীওইনি। মানা সূর্য্যদগী ফংহৌবা কবচ-কুণ্ডল অনিসিদি মাঙ্গী পীনহৈবা মগুণ অদু চাংশ্নংনবনি। মানা স্নান তৌরগা লাইখুরুম্লিভৈদা কনাগুম্বা মীওইনা থোইদোক্লা—ব্রাহ্মণশিংনা করিগুম্বা অমা নিররবদা মানা মদু থক পীদনা তোক্তে। খুৎলাই-চাংয়েংনবা হাক্তক্তা ইন্দ্রনা অর্জ্জুনগী লান্বা অমা চোংথোরক্লে হায়বা চিংনখি। মরম অসিমক্তা ইন্দ্রনা মচাগী

য়েরুব-মাইকৈগী পাঙ্গল ২য়েং তাননবা শর্বো শিনখি মহাক মশামক্তা ব্রাহ্মণ শারতুনা কর্ণনা সূর্য্যা নমস্কার তৌরিডৈদা কবচ কুণ্ডল নিয়ৈ। অদুবু খোদোক অসিতনা কর্ণ কুম্মাণ্ড মাঙফব্রি মশাগী মথৌনাতনা কদায় ফাওবা কাখৎলকপা ওস্বগে হায়বগী তাঙ্গা পীদবা য়াদে। ইন্দ্রনা নিয়ন্ত্রিডৈ মমাংদা সূর্য্যানা মমডদা লাকতুনা থোক্কবা। খোদোক অমম্বং মাগী ফগদবা খুডম ওাকপিরম্লবনি। লোয়া ফংজহৌবা লৌশিংসিমক্তা কর্ণনা চিংনবা লৈতনা কবচ-কুণ্ডল দান তৌখোকখ্রে। মহাগী মহুত্তা ইন্দ্রনা মাঙেন্দ শক্তি অস্ত্র পীবিরম্মী। খোখোক অসি কর্ণগী মপুন্সিগী অচৌবা লৌনম অমনি। মঙোন্দগী লৌনম তৌদুনা লৌশোকখ্রিবা অনিদু মঙোন্দা লৈরিডৈমখৈ মাবু কনানম্ম মাইখিবা পীবা ওমলোইদৌরিবনি। অদুগা মানা মহুৎশিন্না ফংহৌরিবদুনা ওমখিবা অমা শোয়্নবা। পাল্লুগনি, মানা শিজিন্ননীংবা মঙংদা। শিজিন্নবা য়াপনি, অসি ফাওবতনি। মাগী খোদৌ অসিদি থাইনা রামনা রাবণবু মহাদেব পূজা তৌহনবা মতুদা মাবু হাৎননবা সংকল্প মশামক্তা তৌখিবা, অদুগা পূজা তৌবিমল দক্ষিণা থরবু'দ মকংখিবা খোদোক অদুগুম্বনি।

পোকপগা কায়নখিবদগী খুৎলাই চাংয়েংনবা মতমদদা কর্ণ-কুন্তী খেংনরৈ। অদুক কুইখ্রবা মতমসি কুন্তীনা মচাবু কাউখ্রবনি ; অদুবু মপুং-মরৈ ফারক্লবা মথাম্বপাবু মমানা খোইদোক্লা নীংজবা হৌনশা—মপুং ফারবা কর্ণনা সভ দুদা য়াওরবদু উরগা কুন্তীনা মাবু কল্লক্কবা ওমখিদে। কল্লক মিহৌবগী ঈপোম্না নেমখিবমক্কদা কুন্তীগী থম্মোইদা অরাবা অমম্বং অকিবনা। তিল্লবা হায়কম খঙদ্রবা রাখল অম ফাওখি। মহাগী খুদম ওইনা মশাদা তুজুংবা ফাওখি। খঙহৌদনা রাম্বরকতুনা বিদুরগী খুজিন্দগী ঈশিং চাইদুনা লাইকন্নখি।

মানা পোক্লকপা মপোক অদু মুন্না খঙনহৌম্নবম্ম মাগা শাগোম্নবক্লিবা য়াগী কবচ-কুণ্ডল অদুনা কর্ণ অতাংবা মীওই অমনি হায়দনিঙাই ওইব্রবনি, অদুবু অরাবদি! সংসার অসিদি তুয়েলগী ঈহৌ-রকফম, রাংলবা-শেংলবা চীংদোল অমদি মঙোন্দগী কংলবা শেংলবা ঈশিংদুগী মগুণদুগী মরীদা কনা নম্ভ খোইনা হল্লুদে, মাগী মরূপ ওইরিবা হিদেন, তুংনফম ওইরিবা লম ওদুতগী য়েংদুনা ঈশিংদুগী মমিং থোল্লি ; শিজিন্নবা য়াই য়াদে হায়না লৈপ্লি। খোদৌ অসি কর্ণগী পুন্সিদম্ম খেক্লরবনি। দ্রৌপদী-স্বয়ম্বরগী সভাদুদদি—স্বয়ম্বরগী লীরুং অদু 'থাঙ্গৎতুনা চাং অমুক্কং য়েংলবদি" হায়বা তাঙ্গাদু ফাওবা ফংখিদে। দ্রৌপদীগী "সূত পুত্রগী ওকশমদদি লৈ হুকচরোই" হায়বা তেনগুম খোরবা রাহৈশিনা কর্ণগী খোনা'পূগা ককথৎখি।

পাণ্ডবনা বনদা লৈরিডৈদা মখোয়বু নোক্নগে-লংনগে নীংদুনা দুর্য্যোধন মাগী কাংবুগা লোয়্ননা মখোয়গী মনাক্তা লাবখি ; অদুবু কত্তবা মাগী প্রায়শ্চিত্ত ওইনা য়েরুবগী মথুত্তা তাখি। ইকাইবা নংখি দুর্য্যোধন মথন্তা শিজবনা ফরে হায়না চপমুংনা নীংখি অনম্বং মচিন্নম্ম হায়খি। অসিগুম্বা তাঙ্গাসিদা কর্ণনা মাবু থেমজিনখি—"নঙগী য়েরুবশিংসিদি নোংমত্তদা লোয়গনি, নঙন পাম্নবদি হৌজিকমকম্ম লোয়-শিনবা য়াই। নোংমা নঙনা পৃথিবী-পতি ওইবা হায়বদুদি ইশোয়—মশোয়দ্রবনি।" মরূপ অমনা অরাবদা তারবদা, পুক্নিং শোম্বরক্লবদা অতোপ্পা মরূপ অমনা তৌকম থোকপা খোদাংগী কয়াদা ময়েক লাখ্রবা খুদমনো!

পাণ্ডব বনদগী হল্লক্লে। কাংবু অনিহু তাইশিল্লবা য়াদ্রে। লাল তৌবনা মতারে। মতাং অসিদা মীশক খঙ্না কর্ণবু কোনশিনহৌননবা পাণ্ডবনা কন্ন' হোৎনরি। মহুগী পাউ পুহনা লাক্লিবনা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং কুন্তীনি শ্রীকৃষ্ণ পাণ্ডবকী চাম্নরবা মরুপ-সুচিংবনি। মানা কৌরব সভাদগী খোরক্লগা কর্ণদা হায়খিবা রাকমশিংসি চান্নবা শান্তি পাম্বা, মহুগী পাম্বৈস্ন অহিংসা অমস্তুং প্রেমতনা ওট-হল্লীংবা মীওইগী থুজিললি। মানা হায়খি— "পাণ্ডবনা অস্নুক য়াম্না অন্নাবা থাংহনা থাংনরক্লিবা রাজ্য'পুম্বা নঙোন্দা পুম্নকং কংথাক্কে, মখোয় মচিন-মনাও মঙানা নঙগী ননাই ওইনা সেবা তৌশগ্ন ; কৌরব কাংবু থাদোক্লম্মো মহুদতা কুন্তীনা পেঙগনি। অসি য়োরবদস্ন কর্ণ মশাগী ওইজবা থন্নগীদমক্ খন্দুনা মানা চুম্মি নীংহনা লেপখিবা ফিরেপ অহুদগী করিমত্তা নীংহল্লখিদে। অচৌবা রাজ্য-সম্পত্তি অমা লেম্না কংবদগী মরুপকী রাজ্য মাঙহনবনা মঙোন্দা য়াম্না লু ম্না থোকই। মানা তম্লিবদি— চুম্না অচৌবা রাজ্য অমগী মপু ওইবা নত্তে : মরুপকী লম্মন শীংবনি। শ্রীকৃষ্ণনা কনা থেমহনস্ন কর্ণ য়াখিদে, মাবু বিদায় তৌরগা দুর্য্যোধনগী তৌবিমন খঙ্বা উৎকনি হায়না ( লেংদনা ) পেপ্পুনা লৈহৌই।

মীওইবগী মন্না পুন্নমক্তগী মমাগী মরীনা মরুরে, মপুংফাবা পুমহেল মহেল্লে। পোকপগা কায়নরবস্ন নত্রগা পুন্সি লোম্বা ফাওববু লৈখিন্নরবস্ন কার অমুক হায়গনি। হান্না করিগুম্বা মন্না অমত্তবু লৈনরমন্ত্রবস্ন অসিদস্ন নত্তনা মীওই অনিহু করিগুম্বা চিংনিঙাই ফিভমমক ওইরবস্ন— "অনিসি মমা-নচানি" অসিবু হায়খ্রবদি লোম্নরে কন্নিস্ন মথাত্তাকম লৈতে। মানা কুমারীওইনা ফংজবহুদা ইকাইখিবনা মচাগী মফমদা কনা অরানবা লমচৎ চৎখিহনস্ন কুন্তী কর্ণ মমা মচানি। মৈতাম্না রাধে-ত্রিফাঙবা লৈম্নগদব মরীনি। কুইনা কাউথোক্লুববা মতুংদা কুন্তীনা মশাগী অমস্তুং পাণ্ডবকী কান্নবত্তা য়েংহনা কর্ণবু ইচানি হায়না থিরকই— মপান কয়ক্লবদা শাগৈ ঙাক্তনি, হায়বগুম্না মপান করবা কর্ণদা কুন্তীনা ভিক্ষা নিধা লাকখি। মানা হন্দকনির রবা ভিক্ষা অসিদি চুম্নগী ইচম চম্ব' পোৎনা হাপ্পুনা পেনহনখিবা য়াবা নত্তে, স্না-লুপ, মনি মুক্তানা মহুং শিনবা য়াবা নত্তে। মঙোন্দা অমদি মীওইবা থুদিংমক্তা তাঙনা থোক্লবা মাগী কবচ কুণ্ডল অহুদগীস্ন হেন্না মমল য়াম্নবা পোৎনি কুন্তীনা মঙোন্দা নিরন্নিবসি। কবচ কুণ্ডল অমস্তুং লৈরম্বা সম্পত্তি 'পুম্বা দান তৌথোকত্রবদস্ন মহাকনা মরুপকীদমকনি হায়না থাকচংহৌরিবা "মশামক" কুন্তীনা নিম্নরে। কমদৌনি !! ঐখোয় ভাবোক ওইরিবা অমাঙ অত্তোঙগী অক্লতা হোৎলিবা কাংবুত্তনা ঙকচবনি। কর্ণগুম্বা দানবীরদি মিকুপ অমা ফাওবা চিংনখিদে। কুন্তীনা কর্ণদা "নহাক ঐগী ইচা অহলনি, পাণ্ডব মঙাসি ননাওনি, নঙনা মখোয়গা তিন্নগা পৃথিবী পতি ওইয়ু, ননাওশিংসি নঙগী সেবা তৌনৌ, হায়খি ; মচা মঙাদগী তরুক ঙুরনি নীংহনা। অহুবু মমানি হায়বিরবা মাগী খোম্নাং-লম্মনদি তোঙ্গ্রবা মাগী লম্মন শীংববুদি পিক্লিবা মাম্নি মগক্তু উবমক্তদা কুইনা থকত্তরবা খোম্নাংনা ঈহৌখিবা, মাম্নি অমৃত মক্তনা মশাহু শারেপ কানখিবা অয়োকপী মমা মাধাগী লম্মন শীংবনা চামরক হেম্না কৈ। মপুন্সিহু পুম্মাক্ মাঙবা তান্নবদগী মীয়ক তিনবা য়ানবা শেম্বিরক্লবা মমা অহুদা হৌজিক্তা পম্হুংফম য়োম্নমদাইদা— "নঙদি চান্নবা ইমা নত্তে, ঐগী

অশেংবা ইমা অমা লৈরম্মে” হায়বসিদি কর্ণগুম্বা মীওইনা হায়গদবা নত্তে। রাজমসিমক হায় রম্নবদি কর্ণনা রাধাদা মীনশ্বা নত্তনা মমাওইবা খুদিংমক্কী মফমদা লৌনরনি। কুন্তীনা হান্না মচা ওইরশিংগী মফমদা লৌনখিবগুম্না [ মানা পোক্নশু ] কর্ণদি মমা ওইবীশিংগী মফমদা লৌনম-শিচং অসি চৎপা হৈতে। মাগী আদর্শদি মমনি. মঁনা নোংমা কুমিৎমুংবা মতমগী সূর্য্য নমস্কার তৌরিঙৈদা মমা কুন্তীদা যুধিষ্ঠির ভীম, নকুল, সহদেব, মচামরি দান তৌখি। কুন্তীগী মহাদগী তরুক-শুব চিনাব শত্রুদগী অর্জুনবু মাগী লাম্নাইদনক অমম্মুং মথাবুনা অয়োকপী মমা অমদি মরুপকীদমক থাকচৌই। কুন্তী করিস্ত উপায় লৈতহনা কনরি। হোরকপদা লানখিবা লমচংসিদি মীওইবনা পুন্সি সম্মা য়েংরন্নদা ফাওবদা থক চুমথোকপা শুনদে, হায়বাসিগী খুদম ওইনখি।

কাংবু অনিচু লালগী শাজোল তৌরন্নুনা কুরুক্ষেত্র য়াম্রে। নরমেধ যজ্ঞগী মশক লৌরগদৌরিবা যুদ্ধ যজ্ঞ অসিগী মৈদি দুর্য্যোধননা হৌগৎলুরনি, মহুদা মানা শরুওইবা পুরোহিত ওইনা থল্লরিবাস ভীষ্ম দ্রোণগী মথংদা নহালক্নগী কর্ণবুনি। অদুবু হন্দকী লুবনা তাম্না অসিদম্ন অহলশিংনা মাথু ওইনখিরে। ভীষ্মনা নাবু “অর্ধরথ” হায়খিবে। অসিদগী হেন্দোক্লনা— মানা লুনা থক্কখিবা ‘অর্জুন’ অহুমক্তম্ন লাম্বা পাবা য়ারোই অদুম্না মথোইশীক্লগা ভবিষ্যদ্বাণী তৌখিবে। ইফোং ফোংনা অপমান তৌখিবসিমকম্ন মাহাক ফনা য়াম্না নীংহন্নবদি য়ারবনি, অদুবু কর্ণদ মাপা অত্তনা লোখনখিবা য়েংবা “ভাগ্য” গা অত্তনা লাল খেংনহনবা লাকপনা মাত্রা তৌরনদাইদা অমঙ্গল পীরকপা অসম্মু মাগাদি স্বভাব অমগুমখ্রে। অদুম ওইনমক কর্ণ মীনি, ক্ষত্রিয় গুণ চেনবনি মাগী অথাং কনবা মগুণনা অসি য়েংরক্লবদম্নু অহলশিং অদুদা থোইদোক্না থোগল-লোল মাক্ক কায়দবা রাজম্না দুর্য্যোধনদা অম্নমনা হায়খি— ভীষ্মদি মীথুদিংমকপু করিম্ন থোশাদবনি, অহলগী মমা লৌবদ হোনৈ অহু য়াম্না অহল ওইরবা মীদি অশাংগা পাংথক ওইরবনি অদুনা মথোয়গী মরাদি লোকফদে। ভীষ্মনা হিংলমথৈ গ্রহাক শাকনবা লাল তৌরোই। মানা শিন্নগা পাণ্ডবকী মহারথীশিংগা লাম্বা পাহনা অকনব লাল থেংনগনি।

লাল চংলমদাইদা নীংবা কায়বা য়ারবা খুদম ফনা খেংনহুমকপু কর্ণ মরুপকী য়াইফনবা খুদম শীনবদা মপুক্লিং করিমত্তা লৈথুপ লৌকোই তৌখিদে। মহাভারতকী লালজাওসিনা খুদম ওইনহুনা “অচুম্বা মশক তাক্লবা” নত্রগা অরানবা কাংবুবু অচুম্বা কাংবুনা শোয়দনবক মাইথিবা পীওন্নি,” হায়বসি উৎননবা হোৎনবমক্লি তৌইগুদম্নুং লাল হৌরদগী লোয়বা কাওবা মীওং অনমক অচুম্বগী ফিরেপ্তা কায়দনা লৈখিবদি নত্তে। রাজম অসিদা কর্ণস্ত অকনবা শকক মাখি। মথুত্তা খুংলাই পাইত্রবা চহি নৌরিবা অভিমন্যুবু হাৎননবা হোৎনবা য়াওবা, কুন্তীদা দান তৌখোকপ্রবমক্তদা ভীম অমম্মুং যুধিষ্ঠিরবু শিব মচেৎ থাকন থাক্ক থারকপা অসি পুম্নমকসি অচুম্বা ভাকপগী মপুং ফারবা ফিরেপ নত্তে।

লুর লুরবা মতাংদা খুদোংথিবা কয়া কয়া খেংনবত্তা নত্তনা কৌরবকী অকনবা কয়া লোইশিন-খ্রবদা শল্যনা কর্ণগী সারথি ওইবা তাখি। অদুবু অরাবদি! মাগী মতেং য়াম্না পাংফম থোকপা, অমরোমদা হায়রগা মাতনা শরুওইনা লাল মাই পাক্লগদৌরিবা সারথিহুনা মডোন্দা করিমত্তা

তেংবাংবিত্রে ; তেংবাংবিবদি লাইরক্লনা পাণ্ডবকী ফনবক্লুম তৌখ্রে। ইফোং ফোংনা—"মাবুদি অর্জ্জুননা পুমহেল হেল্লি, কৃষ্ণনা সারথি ওইরিবা অর্জ্জুনবু নঙনা কৈদৌঙৈদহ মাইথিবা পীবা ঙম্মোই" হায়রিরে। অসি য়োরবা ফাওবদা করিমত্তা নীংহন্নবা তৌদনা মাগী তৌগদবা মথৌ মপুং ফানা পাংথোক্লবা হোৎনবসি কর্ণগুম্বা মীওইগী থোদৌনি।

কনাগুম্বা মশাগী মথৌনাতনা পুন্সি লমশাঙ্ চৎকনি, অাইবং ঈপাক লানগনি হায়না হোৎনরিবা মীওইনা কন য়াম্না খুদোংথিক্লনম্ অমানবা নক্রগা অথুপ-অয়োনগী পাম্বৈ থক্ শিজিন্নদে! মশা কন্নবনি হায়ক্লনা মমান্নবা নক্রগা মতোন্দগী হন্থবা মীওই অমত্তগী মতেং লৌদে। কর্ণ লম্মী অসি কায়দনা চৎলি। তরাতরেৎনি চনবা ঙমিং অহু কর্ণ পুক্নিং হকচাং অনিমক পুমচোক চোকথরে। সারথি ওইরিবা শল্যনম্ অয়াকপা ৱাহৈ কম্নানা অশোকপদা থুম মোরোক চাইশিল্লে। অসিদগীম্ হেন্জোক্লুনা মহাক্না কর্ণগী মাঙননবা অর্জ্জুনগী ফননবা দোলাই খুৎথোদা থোম্বনি। মরম অসিনা কর্ণ অর্জ্জুনগা লান্থা পাবদা নোঙ্গপ্ তৌরে। অকনবা অনিহুগী কল্লবা লালফমহুদা পৃথিবীম্ নিক্লা খাংলে। তানঞ্জাসিদা অশ্বশেননা কর্ণগী তেনদা তুমিন্না য়েপ্পুনা অর্জ্জুনবু লোয়নননবা হোৎনখি। মানা মমা হাৎখিবগী লম্মন শীংগে থোরাংখি। অহুবু কর্ণ খঙ্হৌদবা অমদি মাগী মিয়ম-মন্ত্র য়াওখিদবনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রথ অহু খোঙপাক্লা নমথরক্লনা অর্জ্জুনগী মকোকমক্তি কলহৌবা ঙমখি অহুগা মাগী ম্নাগী লুহুপ্তি কনবা ঙমহৌম্রে। লাকচৈদা নীংহুনা অশ্বসেন অমুক হল্লক্লুনা কর্ণদা হায়ররে "ঐহাক অর্জ্জুনবু লম্মন থুম্বগা লোয়ননা জয় তৌরুরগে, নহাক্না তেনজৈসিদা নিয়ম মন্ত্র শোন্দুনা ঐবু হাপ্লগা কাপপু। কর্ণনা কল্লবা মাগী হৌনশা ওইরবা ৱাহৈনা হায়খি—"অশ্বসেন, ঐদি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী মতেং লৌহুনা জয় ওইবা পামদে, অর্জ্জুন চামা হাৎকনি হায়হুনম্ ঐনা কৈদৌঙৈদম্ কনাগীম্ মতেং লৌরোই। নহাক শাওগন্নু।"

ঙমিংনা চায়থরকপা অমম্নুং পুমতা তাখিববু খঙহৌদবা কনা য়াওগদগে? মহাভারত লাল জাওগী নাকপাক য়ারিবা কর্ণনা মরাঙ্গ চায়থরকপা অমম্নুং পুন্সিগী অরোইবা ৱাহিপ তানখিববু খঙ্হৌদবা কনা য়াওগদগে? পরশুরাম অমম্নুং মথন মাঙ্খ্রবা ব্রাহ্মণগী শাপ, কুন্তী অম্নুং ইন্দ্রদা দান তৌখিবা অমদি শ্রীকৃষ্ণগী খুজিল-থোৱাং ময়ামসিংনা কর্ণবু জয় তৌননবগী পাম্বৈ হায়বদি শগোল, রথ অমদি খুৎলাই ওইনরগা অর্জ্জুননা চুম্নগী জয়-পত্র থেৎলবা সারথি ওইরগা কর্ণগী অকনবাগী ওইবা পুন্সিহু পৃথিবীজিদগী চীংথোকখিবনি। পৃথিবীনা ফাজিনখ্রবা দোলাই চাকাহু ফুকৎলিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী খুজিলদগী অর্জ্জুননা কর্ণদা খুৎলাই থাখি।

ভাগ্য অমদি পুরুষার্থ অনিগী অকনবা লালথেংনফম ওইরম্বা প্রকৃতি অমদি বিকৃতি অনিনা তত্তনা নৈহৎপিরবা "কর্ণ" হায়না খঙনরম্বা হকচাং-পোলাংহু খাদোক্লমগা মপুংফারবা মঙাল অমা মথকলোমদা হাইগৎখিহুনা সূর্য্যদা তিনখি।

—

# গান্ধারী

লৈবাক অমগী মথক লৌরিবা তেঙ্গানবা অমিদা লাক্লিবা মীওই খুদিংমক মাগী মাগী উংকরবা অঙ্গাগী মঙাল্নিংকু উংনম্লগা মতম হেক লোইরগা লোইনা হয়রি। করাগুম্বা মীওই অমত্তনা রঙ্গ-লংদা— লাক্লাক্লোইবরগী লৌইবা ফাওবা লৈবা য়াদে। করাগুম্বনা মফমদু পুনকন কন্দুনা থম্মু রাসে মরমদি লৌলাগী ধোর (স্বভাব)গী মথক লৌখিবা তাইবংপেম্বা মপুগী খুজিল থোৱাং মচুংইম মা মীংদা খুপ্লকপা থোৱাং অংতা মপুক্পানা পাংথোক্লম্লগা মফম অদু তুংদা লাক্লরবা মাগীলমক পাংথোকলরবনি। মতোংদা খুলিবা মতম ডাইহান্দুনা মানা হেংগা লিদাবগী মখ ওইরা লেংদু মতৌংচানা উংলা ওইলিবা মীরু মচু য়াম্লবা কলাকার কোইনি। অসুমবা মীওইর পুন্সি থমনা উংলা মতিক চাদনা আপা অদু মপুং ফানা উংলিবা মহাভারতকী শান্নবা লমনাইদা অমা ওকক হাপিরবা বিদপ্লবম ওইরবা তুলানি। মাগী চরিত্রদদি লেখকনা পোক্তপাকা থাদোক্লিঙ্কই ওইবা শাক্তক ঠাওদন্দ্রে। খরদং উংনিবিসিদি কিন্নিডাবই ওইনা মপুন্নি

মহাভারত হেক ফাক্লোকনা কৌরব পাণ্ডব হায়না লৈ-চা তারগবা অতিরিগী মীওই লৈং মরমাংশিং লৈবকনদা অওইবমক হায়রবদি — দুর্যোধননাচিংবা কণ্ডবা কাংলী মমাদি তারদিংলী? ক্লরগা পান্ডরীবু হাঙ্গাইবগুম তেখি; কনাগুম্বনা মাঙ্গোন্দগী খাশ্লপ তম্নোকনা রগী মতৌকাপা লং থোইগুম্বগুং গান্ধারী দুর্যোধননাচিংবগী মমা ওইদুনা কণ্ডবা কাংলী মখক লৈরম্ব মনম মুংলবা লৈনা ফক্রবা মফমদ হোত্নমম্পু মখুণ থক থাংদোক্লগুম্না গান্ধারী মপুংফান মঙ্গল ওইগী লম্ অয়ুম ওইগনি। হেক্তিক রাহং অমা লাক্লিরদি অফবা মমানা অহুক ফজ্ফৈবা মচানিং পোক্লা? ফজিনদে? হায়রমিনি। মতিক এখোয়না হায়নাংবদি অফবা মমা-মপানা ফওবা মচাশিং পোক-পগী খুমম কয়ামকম পীনিডাই লৈ। মমামচুগী মখক্তা গান্ধারীগী থাদোক্লা অমনা মহৌশাগা নাম্না পোয়রবা মপা-মমানা পোকপা মচাদি অয়াম্বা পোকনমি। গান্ধারী অমসুং ধৃতরাষ্ট্রদি মপুংফাবা ওইনা মমিংবা শংশংনা উক্রবা, উক্রগা খড্বা মতৌক্রবনিন মখোয়না খল্লিবা রাজলগী পরাং খুদিংমক থক তক তক্রবা লৈতে; মরমদি — মীওইবনা মুন্নদাং অমম্বদা অয়াম্বা মতমদা অফবা রাজ্য থন্দবা থোইদোকা ফজ্ফংত্রবা রাদিডাই ওইবা রাজ্য লোমদতা থেংনা। লৈশিনবগুম মী ওইবগী য়াম্না মরু ওইবা ইন্দ্রিয়শিংগী মহুদা নানা য়াদ্রিবা— মিং হায়বসিনা মউপ্রবদা। অতৈ অতৈ ইন্দ্রিয়শিংগী মাঙ্গংনা ফংলিবা লৌশিংসি করিগুম্বদম্ভ মপুং ফাবা ঙমদে। মপুংফাদ্রবদা অমসুং মিংনা শং-শংনা উক্রবদা মী ওইবগী রাজলগী ঈচেলদা অমোংপা কয়া তাবা লোয়ত্রবনি। মরম অসিমক্তনা ধৃতরাষ্ট্র-গান্ধারী অনিগী মচাশিংসি ফও-ফজ্রবশিংগী পা-দম্ ওইররিবনি।

গান্ধারীগী মপাম্লোনগী মরীদা মাহাকসি গান্ধার [কান্দাহার] দেশকী সুবল নিংথৌগী মচা-নুপীনি, হায়বসিডং নত্তনা মাগী মমা অমসুং নহা ওইরিবী গান্ধারীগী মতাংদা মহাভারতনা করিমু লৈনদে। মাহাক লাই য়াম্না নীংই, মতুগী মহয় ওইনা মতৌন্দা মচা চামা ফংজো হায়বা বর পীবিরম্মী, চাম্বা অসিনগা ঐখোয়না তায়।

ভীষ্ম অমসুং বিদুরনা গান্ধারীবু ধৃতরাষ্ট্রগী মৌ ওইনবরা হৃত থারক্কনা হায়খৈ। পোকৃপদগী মমিং পুমতাং তাংলবা মুপা অমদা মপানা মাবু থাজবিরে হায়বা খঙবদগী ভারতকী সতী কয়াগী প্রভাবনা ফিদা লৈনমগুম চুশ্লবী গান্ধারীসু মমিংকী শুংডাইব'পুপ্পা বাক্দান তৌগ্রবা মপুরোইবদা কৎ-থোকখি। কয়ারক থুপচিল্লবা ফিনা মমিং পুন্সিন্দুনা পুন্সিচুপ্পা লেনখি। শকুনিনা পোরক্কনা হস্তিনা-পুরদা ধৃতরাষ্ট্র-গান্ধারী লুহোংখি। মশক মতৌ ফজরবী গান্ধারীনা মাগী ফজরবা লমচৎ-ব্যবহার অমসুং মুন্নাল-লোল হৈবনা কোনুংগী অমসুং শাগেগী মীওইশিংবু পুকচেল-থোয়জেল তিম্মনা লৈমিন্নহল্লম্মী অমসুং ময়ামহুগা য়াম্না পুকচেল তিম্মনা পানমিন্নখি। নিংথৌকোন্দা হৌরক্লগা নিংথৌকোন্দা মহয় য়ানখি।

অয়ানবতা তৌহুনা লেনগনি হায়রিবা কা'বুগী মরক্তা অচুম্বতা পামজহুনা মহুগী খোল্লাও তত্তনা লাওরিবা মীগী ফিরেপ য়াম্না লুই। মৈরক্তা লেপ্লগা মৈশা ফাওদনবা হোৎনবগুম্বনি। গান্ধারী অয়ানবনা স্বভাব ওৎজরবা ময়ামহুগী মরক্তা লৈহুনমকপু মখাগী চেৎলবা মতনি হায়হুনা মখোয়গী মায়য়োক্তা রা কয়ামরূম চিংনবা লৈতনা হায়দোকই। সত্য অমসুং ধর্ম্মগী মীচংলোমদতা মতম লৈব-খিবিক্তা লেপখি যুধিষ্ঠিরনা জ্বারদা থাদোকপিরে হায়হুনা মথাল লৈজব্রবী দ্রৌপদীবু হন্না হন্না ইকাইবা পীবা, অমত্তা ডাইজরবা মফি ফাওবা লাক্কনা চৌংবা অমসুং শকুনিগী খুজিন্দগী জ্বার হন্না হন্না শান্নহুনা পাণ্ডবপু অরা মৈরক্তা লংশিনবা অসি পুম্নক গান্ধারী য়াম্না শাওখি। মাহাক্তা মপুরোইববু ফনা লুনা লাইগুম্ন। নিংজহুনমকপু মাগী অমকপা লৈত্রবা পুকচেল অমসুং মপুরোইবগী মফমদা নামা য়াফম থোকপা গুপীগী থৌদাং অহুনা মচিন্না থোক্লা হায়বা তাখি— "ইবুংঙো দুর্য্যোধন অসি পোকপদসু ফও ফত্রবা থুদম কয়ামরুমগা লোয়নন ফাওরকই; অমঙ্গলগী মশক ওইরবা গাধাগী খোল্লাও লাও-রকই; মাহাক পোকপা মতমদা মাইকৈ শংসি লম্মৈ চাকপগী মতৌগুম চাকই হায়রনথি মরম অহু-মক্তা বিদুরনা মসিবু থাদোকখিনা ফগনি হায়খ্রিবহুনি। মানা ডসি ফাওবদা তৌরক্লিবা ফত্রবা থবক-শিংসি নীংশিংলুরগা মাতনা মৈ ওইহুনা কুক শাগেগী নশক ওইরবা বন অসি তুম্না চাক্লবা তারে হায়না চিংনদবা ওমদে। ফত্রবা নচাশিংসিনা হায়রকপা রা খুদিংমক অয়েৎপা লৈতনা য়াবিরুগম্ম। মখোয়না হায়রকপা রা খুদিংমক্তা মুম্ন খন্থরগা পৌশিন্দ্রবনি ঐখোয় মতনা মরম ওইহুনা শাগে 'পুম্বা মাঙ-হনবা তারগান।" মপা লৈজদ্রবা পাণ্ডব অসি খঙনা খঙনা অরা মৈরক্তা লংশিনগম্মুসি। হৌজিক্তি পাণ্ডবকী মপা-মমা হায়রবহু ঐখোয়না ওইরবনি, মখোয় খুদিংমক মপুকচেল অমত্তা ওইনা ফজে, মখোয়না দুর্য্যোধন হোয়দা কল্লক য়েংখিবগী ওইবা কারগুম্বা লম্মন অমত্তা খুম্লকনি হায়বা নীংদে। স্বভাব ফজরবা কাংবু অসিবু শাওহল্লুবা লাল্লি। ঐনা হায়জরিবা রাশিংসি ইবুংঙোনা থোইনা হেন্না খঙবিরবা ডাক্তনি, তাঞ্জাগী ওইনা ঐনা খরদং নীশিংজবতনি। ঐখোয়গী ফত্রবা ইচাশিংসিদা পাউতাক পীবদি চানবা নঙদা ঈশিং চাইবগুম্বনি। মাগী ফত্রবা মরমচৎ অসিবু চুমথোকপা ময়াত্রবদি দুর্য্যোধন অসি থাদোকথিবনা ফগনি। পাণ্ডব কাংবুনা ঐখোয়বু য়াম্না লুনা চাম্ন তৌই। হৌজিক্তি মখোয়গী মপাস্ব লৈত্রবনিনা মখোয়সিবু অপোকপা নচাশী মতৌগুম্না খনবিকম থোক্লে। রাখল-থেনবিগম্মু, বিদুর সঞ্জয়নচিংবা সত্বগুণ চেনুবা মীশিংগা মুম্না তান্নরগা থবক তৌহোঞবদি অরা খুভম্

কয়ারক থেংনবা শোয়দ্রবনি। ফজ্রবা মীনা রাজশক্তি পায়রবদি লৈবাক্কী অমসুং নিং.থৌ মশামক্কীসু মাঙ্ ননবতা মওই। গান্ধারীনা মপুরোইবদা হায়খ্রিবা ৱাশিংসিনা— নুপী অমনা মপুরোইববু মতম মতমদা কমদৌনা পুক্নিং খৌগৎকদগে অমসুং মচাশিংবু কমদৌনা লমজিংগদগে হায়বথুগী মতিক চায়বা গুণশিং মতোন্দা লৈ হায়বা নিংখিনা ফোংদোক্লি।

অয়াম্বা নুপানা নুপীদা অচেৎপা ৱা হায়দে। য়াম্না চেকশিনবা ৱা তাম্নবদা মখোয়বু থক-হৌক্নদে। মতাচায়োইদবা লৈরবদি মখোয়বু তাব ফাওবা তাহন্দে। ৱা অসি হিন্দু শাস্ত্র অয়াম্বনা য়াই। মহাভারত মশামক্তসু রাজ ধর্ম্ম ভাকপদা ৱা অসিবুসু পাম্না রাজ-মন্ত্রণা তৌদা য়াওহলোই-দবা মীশকশিংগী মরক্তা নুপীসু অমনি হায়না য়ারি। অহুম ওইনমক লুরবা রাজমন্ত্রণাগী মতাংদা অনকবা শরুক য়ারিবসি— মহাভারতকী নুপী অনি দ্রৌপদী অমসুং গান্ধারীনি। থৌদৌ অসিনা গান্ধারী নুপী-লক্তগী থোইদোকপা গুণ চেল্লি, পুক্চেল চেৎলি অমসুং নীতিদা হৈশিংই হায়বা তারব-মক্কি। শ্রীকৃষ্ণনা কৌরব-পাণ্ডব "সন্ধি" তৌননবা শিল্লকই। মশামক্তা পাউ অসি পুথুনা কৌরব সভাদা লাক্খি। রাকম অসি কুপ্ন নৈনরবদা অহল শারিবা ধৃতরাষ্ট্র সঞ্জয়নচিংবনা দুর্য্যোধনগায়বু কাইনবা ওয়ক্তুনা গান্ধারীদা শীন্নখি "নহাক্তা নচাশিংবু তাক্তুনা শাগৈ-মাওতাক্তনবা অমুক্তা নিংখিনা শিল্লু।" মপুরোইবনা শোন্থরক্লিবা মতৌথু উরগা গান্ধারীনা মতোন্দা হায়খি "মপা-মমা খুদিংমক মচা নুংশিবা ডাক্তনি তৌইগুম্বসুং নুংশিরিবথুগী মওংথু থজিক্তং ওন্নখিবদা মচাশিং অথুগীত নত্তনা মখোয়থুপা হেক তিম্নরুরিবা খুদিংমক্কী মাঙ্ ননবা মরম মখোয়মক্তা অহুমওইরিবনি। মগানা তৌরিবা চক্রী খুদিং কাইদনা ইল্লিবা মমা-মপানা করম্বদা লেমজনফম ওইগ্রবগে? ফজ্রবা মচাশিংথু শোয়খিবতা নত্তনা— মখোয়গী ওক্তবা মরমচংনা মপাঙ্গল ময়েংতারক্লবা মপা মমাথুসু হন্না হন্না অন্না খুফম থেংনবা শোয়দ্রবনি দুর্য্যোধনসি ফত্তে হায়বা খঙ্ন খঙ্না মতোন্দা রাজ্য ভার 'পুম্বা শিন্নক্লবনা হৌজিক কয়াদা খুদোং থিরবা! রাজ ভোগনা ময়াই কাখিনা দুর্য্যোধন অসি ম মৎ তাংলবনি, অফ ফত্ত খঙ্দ্রবনি। হৌজিক মাবু মাশাগী ফজ্রবা স্বভাব অসিদগী শেমদোকপা য়াররোই।"

মচানা থোইনা হেন্না নিঙাইচাওরগা য়াম্না ওক্তগা মপাদি অতোম অয়েম্দা লৈথোকখি, মমনা অন্না-মখাতানা লাল নংহৌই। "সন্ধি" তৌনসি হায়নবথু— সভাদা য়ানখিদ্রবামক্তদা— গান্ধারীনা দুর্য্যোধনবু থেম্বা হোৎনখি "ইবুংঙো, গুরুজনশিংনা হায়রিবসি ইল্লু। পাণ্ডবকা সন্ধি তৌরগা মতম কুইনা লৈরগদবা বদনাম অসি কেক্লবা তৌ। রাজ ভোগ তৌবা হায়বসিদি থাঙ্গৈশেংবমক্তি অন্নাবা মৈরক্তা চংবনি। মসিগী থজিক্তং শাফনবা হায়ববু প্রজানা য়াম্না চানবনি, অথুতদা নিং.থৌ অথু কয়াথোইনা অশান্তি ওইদে। যুধিষ্ঠির হোয়দা লম খন্না পীথোকখ্রগা মখোয়সু মথুক্তা শান্তি ওইনা লৈজশনু; মখোয়না শান্তি ওইনা পানবথু উরগা লৈবাক্তসু নখোয়বু থাগৎনগনি। গুরুজনশিংনা হায়রিবসি ওচুম্বমক্তি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুন অনিনা মিচং অমত্তদা লৈরবদা মখোয়বু কনামত্তনা মাইথিবা পীবা ঙম্লোই। ধর্ম্ম কায়গনু, ধর্ম্ম কায়রবদা নুংঙাইবা থক য়ারোই। পাণ্ডবপু লোনমথুনা হন্না হন্না য়াহনখিবথু য়াম্না লাম্লি; অথুবু মখোয়না "সন্ধি" তৌনসি হায়রিবা তাঞ্জাসিদা য়াহৌরবদি

লাল্লুরিবর্শিংদু পাগা অদু থরগী মথৈদি থোক্কনি।" গান্ধারীনা মচাশিংদা পীখিবা পাউতাকশিং চানবা শান্তি পাখা মখা অমনা মচাশিংবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংনীংবগী মপুং ফারবা ফিদমনি। অদুবু অয়াবদি ফরবা অমৃতচুম্ব কওবা পাত্রদা হাপ্লবদি মাগী মহি-ময়াই'পুম্বা পুমচম চম্মি, গান্ধারীগী মমল নাঃত্রবা পাউত্তাকশিংদু দুর্যোধনগী মনাকোং হেক য়োবদা মাগী মহি-ময়াই' পুম্বা পুমচম চম্মি।

খাম্বদা ময়াত্রদুনা দুর্যোধন লাপচ'বা তারে। মানা মমাদা নিতিমক্কী লাপচংলমদাইদা—"ঐহাক য়েক্কবা লাম্বা প জক্কগে, মঙ্গল আশীব্বাদ পীনবিয়ু" হায়রে। মচাশিংদু খাম্বদা ময়াত্রে হায়বা খঙলবদগ্ম অচুম্বগী ফি'রপ্তা চেংনা লেপ্পবা গান্ধারীনা—"ঙবুংঙো, ধর্ম্ম কায়দনা ংথলিবা মীদুঙনা মঙ্গল ঙইবানি; জয় ঙইনীংসবদি ধর্ম্ম খক কায়গনু, অধর্ম্ম খাদোকউ;" নিতিমক্কী অসি হায়না আশীব্বাদ পীখি। দুর্যোধন অসি অত্যাচারীনি, অয়ানবতা হৈনৈ ময়ম অদুনা অসিগুম্বা মীশক্তা রাজ্য-লম্মাগা থ তাঙ্কন থক ঙইবা য়বোই হায়বা গান্ধারীনা মুন্না খঙলম্মি।

ধৃতরাষ্ট্রদা হেক থাজবিশিখিবদা গান্ধারী পুক্নিং-হকচাং অমত্তা ওইনা মপুরোইবগী থোঙ্ঙল লৈতথরপানি। সতী শনা হোদোক্কম্বা আদর্শশি অদুগী নাকল অমত্তা ওইরবস্মু মপুংফানা নামা যাদেথবানি। মহাওন্দবা মাগী মাগী তোগদবা থোদাং মপু ফাওনবদা "পুন্সি মহয় য়াল্লে" হায়ঙনবা চল্লগনি। মিংয়োং অসোমদা গান্ধারী পুন্সি মহয় য়াল্লবীনি। মানা মথাখিত্রবদা চপয়ুংনা নীংথ্রবদা ডুলোং কানাপদগী নাই পারি ডাই লৈগদগে? অদুবু লু'ববদি মংখায়না মাই পাক্কপ্রবম্বু, ফনা অয়ানবা কোঙ্গাই তৌ'খদুনস্থু মুপী খু'দিংমক্তা থুংলম্মবা "মচাগী মৈ" অদু অচুম্বতগী য়াতাফম ওইরিবী গান্ধারাগী থংম্মাইদম্ব লৈরম্মে। পাণ্ডবতা শাপ তৌরগে থোরাংলুববু ব্যাসদেবগী পাউতাক্ ইকাই-খুম্নরদুনা হাপ্পন'খ। শশাওবা হৃজিন্‌বা মিংয়েংতবা য়েংখিবদা যু'ধিষ্ঠিরগী ভান্ত্রানবরবা মখু জনশিংগি কেন্‌গদবদগী মুশিন্দুনা খাংখ মনাও মরিনা লোরুনা থাংহোই।

খিঙেল তাহবা ঙম্‌দদুনা নাচিখোংদা তাইনৈ। গান্ধারীনা কৌরব কাংবু তাইনবা ঙম্‌হোত্রগা শ্রীকৃষ্ণরোমদা তাইনখি "কাংবু অনিসি থম্‌থেংনা য়েংখিনয়ক্লবদস্থু—নঙ্‌না পাম্নবদি মখোয়বু ইরাঙ্গ লাঙ্গনা থাম'জনবা ঙম্নম্‌গদবনি। অদুমক্‌ নত্রবস্তু লালজাওসিমাক্ত থোক্তনবা করিগুম্বা খুজিল অমা তৌবিরম্নবদি ঐথোয়না মক্তম কুইনা নঙ্‌গী লম্মন তোল্লম্‌গদবনি। অদুবু হিরম্‌ অসোম্‌দা নঙ্‌না করিমত্তা থোশাহোত্রে। ঐনা ইপুরোইবগী সেবা তৌবদা করিগুম্বা অমকুপা পুক্‌চেল্‌ অমত্তা লৈখিদবমক ওইরবদি, নিংখিজরবী মুপীশিংগী মগুণশিংদুগী করিগুম্বা মরিক্‌ অমত্তং ঐঙোন্দস্নু লৈরবা থোক্লবদি ঐথোয়না ঙসি ফংলিবা অয়াবসি যদুবংশ তুম্না মাঙ্‌খিদুনা নখোয়স্নু লেপ্পমক কংবা ওইশনু। যদু শাগেগী মুপীশিংগী তেংথাখোম্না অতিয়াসি ঙসি নিল্লিবা অসিগুম্বা নিন্‌শনু। মপাঙ্গল লোল্লবী, করিস্নু তৌনিঙাই লৈজত্রবী মুপীগীদি অসিগুম্বা য়াহৈশিংসি নত্তনা করিদি হায়নিঙাই লৈগ'নি? গান্ধারীগী ইকাইখুম্নবা উংপা পাউখুম্‌দা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—'ভরতবংশগী মীওইশিংস্নিদা তুংদা থোক্লগদবা

খঙ্বা কয়াস্থ য়াওরিবনি অহুম্ ওইনমক্ মশা মশাগী তৌফম্ থোকপা শিস্থা ঙাক্পদা মখোয়’ পুখ্বা “বীরগতি’স” ফংনখ্রিবনি। মীওইবা মাগী মাগী নোংদম্খোন অহুতনা মশাগী তুংগী ফিরেপ ওমজবানি। যংবংগী তুংগী ফিরেপস্থ হায়না লেপখ্রবনি। অহুবু হৌজিক পীবিরিবা ‘অভিশাপ’ অসিস্থ মাঙ্ফত্রবনি।” ফনা মতিক্ মগুন লৈহুনস্থ শ্রীকৃষ্ণ গান্ধারীদা পাউথুম্ অসি পীবা নত্তনা করিদি হায়নিঙাই লৈগনি?

গান্ধারীনা যুধিষ্ঠিরবু ধর্ম্ম কায়ত্রবা মচানি হায়না চেৎনা খাজথিবহু ইকায় কাংদনা—যুধিষ্ঠিরনা মাবু মথুংনা ফংনা স্না-লুপা কয়া কয়া দান তৌহনখি। শিখ্রবা মচাশিং অমদি অতৈ মীওইশিংগী কর্ম্মশিং মনিং থুংনা তৌহনখি। মতৌ অস্থম্না গান্ধারী মতম খরদা ওইরবস্থ অকবা মচাগী মতেং ফংলহুনা মুংঙাইনা লেনখি। রাজভোগকী অরোয়বা শরুক্ অহু ফংলবা তুংদা গান্ধারী ধৃতরাষ্ট্রগী মতুং ইন্দুনা মরিস্থবা আশ্রম ধর্ম্ম ঙাকুবা বন চৎখি।

বনদা লাইনীংবীগী পুন্সিনা খা তরুক্ লৈরয়গা গান্ধারী মাগী সতী শরীরহু লম্মৈদা কংথোক্খিহুনা কুবের-লোক্ য়ৌনা মপুরোইবগী তুং ইগ্রখি।

বিশ্রাম।

---